# থাজবা

( সমাজিক নাটক )

[ইং ১৯৪৮ দা এরিয়ান থিয়েটর হোলদা অনিরক হন্না শান্নখ্রবা]

ইজবা :—

শ্রীরাহেংবম তোমচা সিংহ

শগোলবন্দ, মেংহৈরাং ময়ুম লৈরক

ইম্ফাল ।



[ মমল লুপা ৩·০০

# ৱা খরা

"থাজবা" হায়বা লাইরিক মচা অসি ঐগী কলমগী ইহান হানবা থৌনা চাংয়েংবনি। শোক ১৯৩৮ দা ইবা হৌজবনা ১৯৪১ দা চাওরাকপা অমা লোইরদুনা লানগাইনবদা কোইপু পুদুনা চংলি। লাল মনুংদা কুঞ্জমালাবু ইজখি। অদুবু তোইনা শান্নখিবা অদুগা ছাপা নম্বা হানবদি কুঞ্জমালানা হানখ্রে। শোক ১৯৪৮ দা এরিয়ানদা লীলা অসি ইহান হান্না উৎলি। য়াওবিখিবা মী পুমনমকনা মানা মানা মতিক থোকপা হৈশিংবা উৎপিখি। নৌনা লৈখিদ্রবা মরূপ শ্রীলোংজম বাবু সিংহবু ঐনা থোইদোকনা কাওদবা, অপেনবা ওইখি। ছৈজদা মাহাক্না তৌবা ওম্বা, হৈশিংবা, পুকনিং লুপ্পবু মপুং ফানা ফোংদোকলম্বা নংদনা লৈখিদবসি ম্যামনা নিংঙমদবা, পেন্দবনি।

মণিপুর সরকারনা তেংবাংবিদুনা লাইরিক মচা অসি ফোংদোকচবা ওম্বসিগীদমক ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি।

তোমচাসিং।

# মীশক

নুপা—

| | | |
|---|---|---|
| মনিহার | — | ছাত্র অমা |
| ব্রজমনি | — | ,, |
| গৌরহরী | — | পাখং অমা |
| বুদ্ধ | — | ,, |
| ইবোচাওবা | — | ,, |
| কাহ্নাই | — | ,, |
| অমুবা | — | ছাত্র অমা |
| চাওবা | — | ,, |
| বোকুল | — | লরাইগী নুপা অমা |
| কালাচান্দ | — | বাবু অমা |
| চন্দ্রহাস | — | ,, |

নুপী—

| | | |
|---|---|---|
| রাধে | — | ইশৈতোংবা নৈশাবী অমা |
| ইবেয়াইমা | — | নৈশাবী অমা |
| বিধুমুখি | — | রাধেগী মমা |
| পোৎয়োনবী | — | রাধেগী মনে |

# থাজবা।

---

১বা মতাং অহানবা উৎপা।

মকমদি লমীনি, চুংথিলগী পুং অনিরোম তাব মতমনি, রাধে ফনেক গুলাবচূপী অকোইবা অমা শেংনা ফিজিল চনবা ইরকি অমা ইরি। লিকজোন খুজিনঙিংব শিরি

বুদ্ধ কৈজেম শেংনা ফ পুময়াং ফিরেল। নিঙাইবা লৈতব মচিন মোপাঙুম রাগি শাজনা ……

রাধে— তাদ হৌমনা করি করি হায়রকই।

বুদ্ধ— ইনে— রাধেবু কাং শন্নবা অমুক্তা য়াওহনবিয়ু হায়রবমু থবক য়াম্না চিনবরা হায়রুনা হংব অতুদা মশানবু যংনি হায়রা থাজদে মশাদহুম অমুক্তা হংউ হায়রকই - অতুদা ঐনা মশানবুদি য়ারে ইনেগী রাতনি হায়রবদা মশানবু য়ারবদি থবক ফনা 'চল্লি হায়রুনবু য়াওহন্দবা য়াবরা— নখোই খাইনা চুংশিংবিদ্রবদি ঐনা মাবু য়োকপা ঙাকশনবা কদাইদগী ঙমগদগে নখোইনা অফ ফত্তা পুম্বা য়েংবিগদবনি—হা— অতুম যৌবিগদবনি হায়দুনা পুকমেন পাওমেনতনা শিন-নরবই।

রাধে - অদুদি য়ামনা লুনা তৌবিবা তা রদনা ?

বৃদ্ধ— ঐখোইদি নহান মথৈস্তু ইচন্দ ইচনগুম য়ামনা লুনা নিং-জরিবনি। কদাইদা শোইথগদগে হাঙ্গৈদুনা য়ামনা ফজনা শেন্নগুরিবনি। অদুদা ইবেমখোইনদি অচৌ অশাং ডাক্তা সঙ্গ তৌবনিনা ঐখোইগুম্বা মী মচাবু থোইনা খনবিদবগী রাতনি।

বাধে— ও অদুনদি ঐনা তৌবিমস খদবা তারেদনা !

বৃদ্ধ— ঙসি কাং শান্নবা নেকপা য়াবিরিবা অসি ওস্তোকনা লাইবক ফগ্রবনি। ঐখোইস্তু ঐখোইনা ঙম্বা মকম অমদা শোইদনা লমন শিংগনিয়ে।

রাধে-- কাং শান্নবা য়াওবগীদমকপু লমনশিংবা চংবরনে ?—কনাস্তু লেজদবীনি খনবিদুনা সুংশিথিযু।

বৃদ্ধ— ইবেমা ঐখোইনদি মীখোং হুক্তবা, মীথাম্নদবা মীনিনা নখোইগী ইনেনা কথা লেংনাদন্নবা হোত্রা তৌহনবিংদে— অদুনা পংলাক লাক্তবনি। ইনেগী কাইদাস্তু কয়া মপামদে অদুমকপু নহাক্কী কান্নগদবা মতাং থোকলবদি ইচনগীদমক শিবা তারবা ফাওবা চেস্নোইদবনি শোইদনা তাকলকউ।

রাধে— হোই তাদ— লাইবক ফবনি।

বৃদ্ধ—( হরাওনা, ফিংলপনা ) ইস— মণিহার নং কদাইদা চংলিবনো ?

( মণিহার চংলকই )

মণিহার—ঐ ডাগঘরদা চিঠি অমতং থাদক্লবনি। নহাক্কা করি লমদনো ?

বৃদ্ধ— শিদনি এলাংবম লৈকাইদা পোৎলান্নবী কাংশান্নবা অমা য়াওবা চৎলিবনি। এগী ইচন রাধেনা অচিনরা পুশা হুন্দোক্তুনা কাং য়াওনবিগীদমক মুঙ'ইবা কোংদোক্তুনা য়ারি শারমইবনি। ইংেম্মা রাধে, ঐগী মরুপ মণিহারদি লাইরিক লাইগু থবায় য়াওবা অহল লমন চংখোনবা মচানি ঐখোইগুম্বা মী নত্তে।

রাধে— হোয় তাদা — মনম মুংশিবা অমা নমলকইদা —

বৃদ্ধ— শিদগী তোমাল মপানবী অসি কন্নাদা ফজনা শাৎলবনো মশিগী মনমলা।

মণি:— ঐভোন্দসু লৈহাও য়াওরি মসিগী মনম ওইরমগত্রা ?

বৃদ্ধ— বা—পাথং মশা ন'নবা হায়রবু লৈহাওকা য়ামনা পুন্নিবা পোৎনিনা—থবক অরুবা লৈহোবরা ? ঙ'সিদি কুম্মৈ য়েংবা ওইনা ঙ'হাক কোইথোকউসিদনা ঐস্রু ইথম্তা মঙাইরে।

মণিঃ— থবকতি থোইদোকপা অ'চনবা লৈতে অদুবু ঐনা লাকপা য়াবরানে।

বৃদ্ধ চৎসি হ'ইরিবা অসিনি। রাধে ইবেমা নহাকসু অমুক্তা তৌ'বয় ইকাইরিবা হায়বদু ওইরমাল্লে।

রাধে — চৎপনু য়'রবদি লেংউসি করি তৌবগে ঙসাইগী লৈহাও হায়বা অদু শমতা নিজগে।

মণিঃ— লৌবিয় ফুরিৎথাওদা হাপ্পনিনা ইতেকপু তেকলমলগত্রা থং-দেনে। (লৌথোকতুনা পী)

রাধে— (ফজবা অমা থল্লগা) ও! লৈহাও লৈরেননি মনাপা লোইনবা য়ামনা ফজবা পুমবুম শাৎপা লৈনি কদাইদগী থীরুবা লৈহাও ওইবিরবনো ?

বৃদ্ধ— পেনা শকপনা শকথবা থম্বনা লৈরাং শক থাবগুম লৈরাংগী পারি পুরি থাদ্রবদি চিনবা য়াদবা তারিবরা ?

রাধে— য়াইদা চুম্না হায়জবনি ! ( মশমদা পুনশিল্লি । )

বৃদ্ধ— অছুদি চৎনা চৎনা অসুম রারি শারসি—

মনিঃ— লৈহাও অসি ঙশাই মখৈদি য়ামনা রানা ঐগী ফুরিৎথাওদা থাংলমলবনি হৌজিক্তি য়ামনা হরাওনা তনৌ তনৌনা তেকথৎচরে। অমুবা শমজোই মরক্তা হায় হুমতুনা শান্নজরে। মতম কুইনা কাওররোইদবা কল্লকনবগী শকতম ওনথরে। ঙসি অসি ওঙ্গোকনা থাজ-ওইজদবা য়াম্মনা লাইবক ফবা মুমিৎ অমনি। পুনসি অসিদা তোইনা থোকলোইদবা, ঐনা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা, উজনিংবা শকতম অমগী ফজবা রসবু চুপচবা ফংবা মুমিৎনি !

বৃদ্ধ— হোয়নে হোয়নে কবি অথোইবা, রসসাগর, নংনা চুপালবা রস অছু করি রসনো ?

মনিঃ— হৌজিক মণিপুরদা, লাইরিক লাইগু, মণিপুরগী মপান্সা তমলুবা মীশিংন, মৈতৈ মুপীগী ফনেক, ফীজোল অসি ফজদে শারিনচিংবা শেৎপনা হেন্না ফজৈ, হেন্না কৈ হায়তুনা ইলাং লানরি। কাংবু অমনা শারি মান্নবা হায়তুনা ইন্নফিনা কোইনা য়েৎশিন্দুনা ইল্লি। অছুবু ঙসিদি তাইবং পানবদা চাংথোকচবা য়াবা, তোপ তোপ্পা, মৈতৈগী ওইবা ফজবা শকতম ঐনা উতুনা পেঙ্গরি। বসন্তগী ফজবা মতম অসিদা মীসু ফীজোনসু মহৌশাগী নিংথিজবা অসিদা অমতা ওইনা তিন্নখিবগুম উরি।

বৃদ্ধ— রাধেনা শাবা জগোই অমুক্তংদি উহনবা তারেদনা। ইবেমা টিকেত অমতং অমুক্তা পীরকউ মনিহার অসি অমুক্তংদি উহনসি।

মনিঃ— হোয় মাহুস্থ লাইবক ফবনি। হৌজিকমকস্থ জগোইগী মশক ওইবা শাজৎ, খোংথাং, হায় হুমলিবা কিজি কিনাবু য়েংহুনা পুকনিংগী পেন্নবা অহুমক মওইরি।

রাধে — খোং থাংহুনা চৎপা অসিমক য়ামনা রাইচিনবা অরাবা ওইরকলে। ঐ ভুং অমুক থংজগে মাং থাহুনা অমুক চৎপিয়ু।

মনিঃ ঐদি য়েংবা চৎচবনি। অহুগা মীবুস্থ লুমশিনজনিংদে। শক ফজবনা মাং থংবা তুংয়ান ফজবনা তুংথংবা হায়নৈ।

রাধে- ম'ইগোং য়'বা অমুক ওইবিয়ু ঐনা ভুংইগুবী অমুক ওই জগে ইকাইথীবী ওইজবস্থ ফংহনবিয়ু।

বৃদ্ধ - মাং থাহুনা চৎপদা কনাবু কিবগেনে ইবেমা। পীকই হায়বতনি নবুং লৈরিছৈদদি করি অমতা কিগনু। য়ৌবু য়ৌরে অসোমদা চংলসি।

[ কানহাই, ইবোচাওবা চংলকই মাথোই অহুমনা লেংথৈনন মরি মরি চংখি ]

কানহাই—ইবুঙো ইবোচাওবা বাবু! হৌজিকী ইবেমা অহুব রাধে নত্রনে? হায়ফেৎ উহৌববু য়ামনা মাল্লিদা।

ইবোচাওবা—হোয় মাল্লি তাদবু।

কানহাই—শকথংনদবাদৌনা কনা অমতা ইকৌ কৌনদনা লেং থৈনদ্রবা

চৎনরিবা অসিবু করিগীনো করম্বা পেন্দবা মুঙাইনজবা লৈনবগে ?

ইবোঃ— হোয় কোদেদনসে তাদবু. কনানা খংগনি তাইবং মীগী পুকনিং—

কানঃ— অদুগা ইবুঙোনা কৌবিদ্রিবনা করিগী ওইবিরবনো ?

ইবোঃ— বুদ্ধ হায়বা শক্তা অদু য়েংনিংদবা।

কানঃ— ও! মুপীমচা লৈশাবী অদুবু হান্না কৌরকউ হায়বিরিবা— ? বারু কাইদাদি ফনা অরাংবা থাক্তী কাইদানি। ইস য়ামনবু মুঙাইরমমোইদা করি করি খল্লমমোইদ্রা ? ঐসু তিং-ঙক মাইওকনরিগৈদা কোবা হেক ঙমহৌদ্রেনে। ঙশাইগী গুলাম ত্রেন অদুনা য়ৈবদা মিৎ অসি তরংদা অসুম লাক-লবা— অসিদা কাংশান্ননি হায়বা অদুগী ওইররিনি ঙাহাক অসুম ভাবক ওইবা লেংউসি হায়ত্রা ?

ইবোঃ — ভাবক ওইবদি ইকাইরেদা তাদ কাহ্নাই।

কানঃ— ফরেনে অদুদি লেংলসিনে। ( কাহ্নাইনা চৎলি, ইবোচাওবা লেপ্তুনা লৈহৌই ) হায়মা ইবুঙো! লৈবিহৌরবদি করি তৌবিরবগে ? হৌরেল হল্লকপা মতম চানবা অদুম ঙাইনরগা লোইরে।

ইবোঃ— মাগী বুদ্ধ হায়বা য়োং ককনাও অসি রাশি তিন্নদবা হায়বদুরা ওস্তোকনা মুংশিখিদ্রেদা— নোংমা গুগাইরুদুনা লৈ-বাক কুম্মে ওইররনি।

কানঃ— মাগী হৌনবী নাওচাওবা অমুক হৌগৎলকলেদো— কৈদৌবগে ইবুঙো ঐখোই অমুক য়ামনা লৈরিবা অসিবু ইয়াবনা

ভৌরকপস্ত্র ময়েংবিয়্—মণিপুর অসিদদি ইয়াম্বাখোইস্থ ফনা মঙমজরবনি হাযত্রুনা মরৈজরিবনি মাগুম্বা অঙাং পেতরা অত্রুগীদমক রা ওইনা খন্দুনা পুকনিং রাইচিলহনবা করি কান্নগদগে ?

ইবোঃ— লৈমা য়েংইভৈদা খুন্থ কাঞ্ছ হাযত্রুনা করি নত্তবা মুপীমচা অমগী রাখন্দা উ.ত্রুনা লৈখিত্রুনা পু.ঙ্গী ত্তৌকম থোকপা পুম্বা অরেম্বা ত'হওন্নবা ওইনা খনম্ব্রবনি।

কাহ্নাই—বারু ঙ'ঙবরি -রাধেনা থাওইবিদ্রবা—মাঙোন্দগী হেনবী লাক্ষ লা'ক্ষ লৈবিদি—রাঙইনা খল্লুদবা মাদনি মাংজবা ত্রুইবু দে'ল্লাই ত্তোংত্তু হাযরগা চোংথজপ্রবদি অত্রুমঙাই।

ইবোঃ— অত্রুদা মীনা ল্যাকচখিবা হাযবা অত্রুম'দ ইকাও কাওবা য়াদনা লাইমন ঙইত্রুনা লৈহৌবা ত'রবনি ;

কাহ্নাই—অত্ৰ' হায়জরিবা—য়'বে ফরে য়াত্রে ফরে—মতৌজসত্তু হায়রগা থ'দে'কপীগদরা মঙ'ই মানা হুত্তুনা চেনগদবা কদাইদনো—হেরা ইবুঙো য়ামনা য়ামনা রাখল তৌবিখ্রেদা শক্তা রাৎপরা শেনথুমলা রাৎপরা শঙ্গদা রাৎপরা—চূড়াচান্দ মহারাজগী মচ'ইবুঙো নত্তে হায়বা মঙাইদনা গব্রানেকো ক্যা জরুরত হৈ চলো ফুর্ত্তি করো—

ইবোঃ— বৃদ্ধ হায়বা শক্তা য়োং ককনাও অত্রুনস্থ ঐগী ইমাংদা ফল্লত্রুনকা মমাই অত্রু থুগাইববু—

কানঃ— অত্রুবু কোম্না মতম চাবদা ভৌসি—ভৌসি হায়বা পুম্বা ইয়াম্বা ভায়ারিনি। হুনচাং অসি হাপোই হাপোইরে—পুকা অসি

মথক মথা ওল্লে খজিকতংদদি চাশিন থকচিননবা তৌ-
রুখিসি।

ইবো:— তাদ কাঙ্গাইগী হৌনবি নংহৌররেইদবা মতম্থু মঙাই হেক্তা ক্রক ক্রক্ক তকশিল্লকপ কৈদৌবগে হৌরেন খরা খেংখ-প্রগম্‌ অতুমঙাই। মী অউবনা উখ্বগা করিনি হায়গদগে? ঙসিগী থবক পুম্বা লোইনশা কাম্বরনি।

কান:— মীনা উরগা মাংই হায়খিনি হায়বিরিবরনে! মৈতৈ অপংবগী মাংই শংই অসি লাবিংম্ন হকচাং মাঙই চাকখাও পংলিকা হায়ছুনা মী কিনবা পংহায়তা হায়-জিল্লিবনি থাজবিরুম্ন য়ুথকপা সাহেবসিং অসিনা মৈতৈ য়ুথকতবদগী কয়াদা তেনখুবনো শিংবদা হায়ম্বু মশা ফবদা হায়য়ু, শক্তা চুদ'দা হায়য়ু, মথৌনা ফবদা হায়য়ু, মথোইদগী করি হেনবা ঙমই।

ইবো:— এ সাহেবনা য়ু থকই হায়ছুনা থকপীরিবা রা ওইরে। সাহেবতি য়ু থকলগা শোয়োক্তা ওত্থুনা থরো থরো ওন-বদি অমুক্তা উবিরিরোইনে?

কান:— অছুদি মীশক মীশকনা পুবনি ইয়াম্বু কদৌদৈ জান মাংছুনা নত্তা-নত্তুব কজোই কমাং ঙাংবা ত'বিরবগে?

ইবো:— হোয় তোয় হৌজিক্কি চুড়াচান্দ মাহারাজম্ন লৈত্রেদনা য়ু থকপা শ'জাবগী লৈবাক ওস্নোকনবা কন্না হোৎনরসি। মুপী মুপা খাক্তনা য়ুঙাওবগী লৈবাক ওইনবা হোৎনরসি।

কান:— অছুনিনে ইবুঙো তো হায়রিদৈমক্তদা চণ্ডাল পরেং অমস্থং থুংওরে। লাইরিক তমলিবা হায়বত্থুরা মপা মমা ওমলিবরা?

লাইরিক থরা হেক য়েপশিল্লে করি খুদদা কারিবনো থংদে নোংভানবগী চাকওল চাহুনা হেক মথোকলকই। মাখোই-সিগুম্বা নিংথৌশিং অসি ভাক্তা ভাইরকলবা মতমদা মণিপুর অসি মুভাইরক্কদবনি। থবক কৌবদা গুনিংখিত্রবা মপা মমা শায়বা ভাক্তা ভাইরকলবা মতমদা মুভাইরক্কদবনি।

( অমুবা চাওবা চংলকই

অমুবা—চাওবা নং কয়া লৌরকই ?

চাওবা—ওইখো অমুক্ক য়েংখিগে ( ফুরিং খাওদগী পৈশা অচোইবা থী ) লুপা অনিদি শমাল্লে হায়

অমুবা—মীনা লক্কচবু থারবচ নং ক্লেক্তা থুককংলি কলেজ্জা লৈতে হায়বা।

কানঃ— মাং তাকনবগী মশক ওইরবা ইচিল ইনাও পুমনমক নয়াম্বনা কৌর্ক্ররম্মে। ভাসিদি ধাকা ওইনা চংথবিরকপরা, ইয়াম্বদি ফ্রান্সতা তারে ভসিদি ইনাওশিংগী তুং থরা ইনক্তগে।

চাওবা—ইযাম্বা শাগুন কনা লাৎকদগে ( ফুরিৎ খাও খিংই )

অমুবা—চাগেদা তামমু শামু ফাওবা পীজবা ভম্বনে।

কানঃ— ইবুঙে ইবোচৌবা বাবুসি ইচিল ইনাওশিং ময়াম চংহুনা অমুক্তা শাত্তনা পীসিসে- ইবেমা রাধে অক্তনা কৌবিবদি লাইবহুনা মিৎচিনা ফাওবা য়েংবিরম্ত্রে হায়হুনা হুমাই হুমহুনা লৈরেসে।

চাওবা—থুক-থুক রাধেনা থৌওইবিত্রবী থরাই চাকপী-

অমুবা—হ চাহুনা শিদোকপী হিংউহুনা কান্নত্রবী ( ইশৈ ওইনা )

চাওবা—কদোঙৈ পুজরকউ হায়বগে—এখোইনা হীংলিবা অশিবু

অরেম্বদা হিং'লবোই খনবিব্রনে ? ঐখোইবুম্ব মরূপ ওইনা মখনবিম্ব্রদা চাকলেম ম্বরেম চাবা মীতোকচাক ওইনদি খনবিগম্ব ।

অমুবা—ঐখোই অম্বুক ম্বাম্বা লৈরিভৈদা কনানা লোইরং খোংনাং ওইরবা মতিক লৈবগে, লেংলসে, নচন ইবেমদো অপাবা মুম্মিক্তা নখুবাক্তা শিন্নজগে মীম্ব জীবনি খরম্ব মথা-দোকপীম্ব মান' পামজবা খরম্ব অতুক মতোজসম্ব'

চাওবা—খংজরে, ঐখোইম্ব লৈলা মজম্ব ক'ত্থু উরবদি শে'রোক্তা অমুক শান্নিদ্রবম্ব ম্বাজরনি লেংলসি।

কাহ্নাই—ক্লোয়নে লেংলসিনে ( ময়াম চংত্থুনা পুত্থ-1 চৎখি )—

( মতুংদোমদগী বৃদ্ধ, মণিহার, রাধে চংলকই )

বৃদ্ধ— ঐখোইবু কদোমদা হুনসিগে কৈশমপাংথেং লানশিন্না খ্বাইবমবন্দ থে' লানসিরা ?

রাধে— হৌজিক সন্ধ্যা অসি কৈশামপাং থোং কাওপ্তা লেপ-লমগদবা মহ ঃত্থু—

বৃদ্ধ— ইচনসিদি অংগীদি নংুং ম্বাওরিদনা

রাধে— ভাদ নংনা এবু কাং শান্নব ম্বাওহল্লিব অসি ওনখোকনা ইকাইজগ্রে চেকচৈ কাপ্পা কাওব, হৈত্তব ঐবু—

বৃদ্ধ— হৈবু হৈমনগ্রে ইচন্দগী চেম্না ৎবা কনা ম্বাওবগে ?

রাধে— পাঞ্জন পোরক্তবা 'সনদি মুঙাইত্রা ?

বৃদ্ধ — হুন্নবম্ব ম্বাওগদবনিদো থবক শংদ্রেকা তৌরকম্বকো। মণিহার করম তৌসি হায়বগে লৈহৌরগে হায়বরা রাধে অসি অমুক্তং থিনজিনমিন্নকসি হায়বরা

রাধে— করি অচিনবা লৈবিবগে ? হোয়দা লোইনদুনা চৎপা ইকাই-
বিগনিদা, ঐখোইদি পোকফম শাংনফমস্ত ফংচদে—শিনফমস্ত
মীনা মীনোক চংবা শিনফমনি, লাইরচুথবা মচানি—মুমনি-
হায়দুনা পেংশং অমদা ঐখোইদবু ইয়ুম ওইবগী অদুক
তঙাই ফদনা হুপ্পিল্লিবনি। মীনা চানিংবা মফম নত্তে।

মনিঃ— মরু ওইরিবস য়ুম নত্তে ফিজেং লতেং নত্তে পারী পুরী
নত্তে মরু ওইরিবদি পুন্সিবু খোইজং খোইদাবা মপান
মরা তংবা রাধন পীনবা থমোই ফজবগী রাতনি। লাইবক
ফবা মুমিং অমদা নহাকনা শকপা ইশৈ তারখিগনি নহাকনা
শংবা জগোইস্ত উরগিগনি ঐগী পুকনিংবু থুমহৎলখিগনি।
উন্নদি ভসতা মঙাইরি অদুবু মতম কুইরব পুকনিংগী
অপাম্ববু পীরিব চান্নরবা মরূপ কুমনা পুকনিংদা কাওরি।
লাইরিক লাংশু তমলবান হায়দুনা থরা হোৎনরি। ভীল-
হোল তালহোল লাকপা ভমত্রবস্ত থোওইদদুনা তৌরিবনি
হায়না খনবিগস্ত ঐবুস্ত কাওথোকপীগনু।

রাধে— ( মতেংমতা শোক্লবা ) ভসিতা উন্নরবস্ত পুকনিংগা পুক-
নিংগা উন্নরে।

বৃদ্ধ— সিদগী মনিহার নং জগোই ভাকপা হাপলগদবনি লাইরিক
লাইস্ত তম্বগী রাখল আদা লাপনা থমখো তাইবং মী
ওইরকপগী আশা তৌরুরস্ত। ( মরি মরি খোকখি )

---

১—বা মতাং অ'নশুবা উৎপা।

## রাধেগী য়ুম মাংগোল

নুংথিল নুমিদাংরাই।

বিধুমুখি—( ভরোত্তা লংতুমদগী লং হ'ল্লা ) লুপ্রেদকো ভৌগদবসে, করিবু শুদুনা পানগদনো—ফী শাই মররারিগীদমক শাবিবা মতাই—ইশৈ জগোই ভৌই লৈবুং য়াকাফম মওই—লৈফম চাফম মথংদে। শুরম চৎলমদি থংদা- পোৎনা চৈনা নোংমা নোংমগী তাংশিল্লকই জগোই ইশৈ য়াশুরিবনি হায়দুনা ইচানা চনাং ইনব মখৈ চৎচবা শাই, শেৎভনদি য়াদা চাদ-বদি য়াদা শেনদি হৈক্রে মন'দা য়োম মনাতিকনফমদি থংদা নুপানহা পানবা য়ুমদি নত্তা অমা লাকএ ফৈস্মে অমা লাকএ ভাংলৈ মীগী মথৌ'শৎলমগত্রা অনাঅয়েক অচেৎ অকোম অতুক লৈরমগত্রাকা থনবিবা নত্তে। মতিক থোকপা ভৌরে ভৌবঙম্বী চাতু'রি, লৌনিং চানিংবী মথায়বা অমা লাকএ নেনে অমা লাকএ দেদে ভোকত ভোকচরগে হায়বা লৈফম হেক থংদে মীগী মতমগী মমন'দি পীনিঃদবা করি হায়নো ভাইবংমী ওইদুনা হিংগদবসে। লংফৈ ইফৈদা অতুক চৎসে মচা য়োন্দুনা চারে হেক মহায়বীবা রারবনিনে রারবা ভাইবংমী ওইনা হিংবসি রারবনি। তু হা'য়রিভৈমক্তদা অমা অমুক ফাওরকলে।

বিধুঃ— ইবুঙো বুদ্ধ লাকইবরা ?

বুদ্ধ— ইনে অসুম কোইথোরকপনি।

বিধুঃ— ইয়াবু করমনা পাল্লিবগে ?

বুদ্ধ— ইনে, পংলৈ লৈবা হায়বদু তারে—লাইরিক তম্বা তোকপদগী খরা কংঙাওনরি— থবক অসি মতা অমতা ইচা চাত্রি।

বিধুঃ— হায়মা ঐগী ইচানুপী অহুবু কদাই য়েঁাপ্রবনো মরা মখোল অমতা তাখত্রে। ইবেমা রাধে ! নবুংগী ফীদা অমতং থাঙ-নেসে—

বুদ্ধ— ফৈদা ইনে, ফৈদা, ঐগীবু করি ফীদানো. ফমনিংলগা অমা ঙোক লেংহুনা ফমলগা লোইরে।

রাধে— ( মোরা অমা পুথোরক্লনা থাই ) তাদা শোমদা ফম্বীয়ু—

বুদ্ধ— ফৈদা ফৈদা অদ্ধানিদা—

বিধুঃ— হায়মা ইচাগী কোক অসিদি তুম্মুরিমাল্লেনা—ঐদি কৈরোই লৈকাইদা মমান্নবগীদকা কোইথোকখিত্রা খল্লমই।

রাধে— তুমথোকইরে ইমা থেংদোকপ্রবরা ?

বিধুঃ— হোয়দা থেংগে থেংজনসু কনাগী মনাইনো। নোংম ফাদোকসু পোখাত্নুনা লৈথোকপা হায়বত্নু মঙাইদনা। ইমাসু কৈথেল ঙাহাক কারুখিগে।

বুদ্ধ— ইচনসু থবক খরা কোমলবরনে ?

বিধুঃ— করিনো ইচাগী থবক অসিদি ইশৈবু তম্বা চৎপনে, জগোই তম্ববু চৎপনে, লীলা য়াওববু চৎপনে, ফীবু শাবনে, মোজাবু লোনবনে ইচানা ভৌদবা হৈতবা থবকপু অমতা লৈদি-ত্রে। মী অমমা শুগে হায়না হেকমক মখনপ্রবদি পোখানিঙাই মতম লৈতে। ইচাথোইদি তম্ফা খুদোপ য়াইওইবনে।

বুদ্ধ— শকনা ইংবনে, তৌথোরকপনা চংখোনবনে, শেন্থী শাবীবগনা ফবনে, মণিপুর অসিদদি শাংলেদনা ইচনবু খংদবা লৈশিন্নক্কে। অসিদগীদি ভারত শাংনা ফাওদোকনবা হোংনরগদবনি। মীনি হায়ত্নুনস্থ মী পুন্নমক চপ মান্নবা নত্তেদনা। মরোল ইরোল ফাওনদবা, চালচলন তিন্নদবা, দেশ পুন্নমক শমজিন্নবা ম্নাবঃ হায়বা অসিদি কলা বিদ্যা আসতনা ওইবনি। অমুক্তং পৃথিবী অসি থুংনবা ফাওদোকহল্লো। নচান্নপী শকহেনবী ফজবী অসিগী মপান্দগী মণিপুরগী জগোই ইশৈ পৃথিবী অসিদা অমুক্তা ভালহনবিয়ু। ঐখোইদগী নত্তনা ভারতপুম্বগী মমাই ওইহনবিরো। তো ঐখোইদি অসি ফাওবা আশা তৌরিবনি অদুবু হায়রুরগা রাজাও ডাংবা তাতুনা অরেম্বদা মাংতুনা তোক্কনি হায়তুনা হায়দবনি।

বিধুঃ— মান্নি মান্নি ঐখোইনদি ইতিক ইপা ওইত্রেদনা। ইচাদি লুখ্রাবী মচানিনা অদুক রাংবা নোংমদোন লাম্বঃ আশা তৌবা ডমত্রেদনা। মতম অমদা মতিক মথোনা লৈবা, শক্তি চাওবা, মরাইবক লৈবা মানা তৌথোরকপা ভারেদনা। অদু অতৌদ লাইবু লাইরদা ইয়াবু করি থবক লৈবগে?

বুদ্ধ— চুমনা অস্থুম কোইথোরকপনিদা চুরুট ম্নাওরি অমতং থকউ সে ইনে।

বিধুঃ— ঐখোইনদি পীথক্তুনা ইয়া কোইরকপদগী থকপা ভারবরনে।

বুদ্ধ— য়ামনা লৈবাক মচা তাবিগ্রেদা—

বিধুঃ— হোয়দা ইয়াদগী থক্তনবু কনাদগী থকলুগবনো? ( চুরুট কৌই চং ) ইবেমা ইমাদা শমজেং মিংশেনতুম অমুক্তা

পুথো়রকউ—করিনো ইয়াবু ইশুক শুকংনা উইদা (শমজেং মিংশেল পী হাংদি) করি মুভাইতগা নিংবা থুংদবা লৈয়বগে ?

বৃন্দ— ঙসিদু ইমানা ঙাংই অদুদা ঐসু চিন্দান পাওদায়দুনা পংখং খংনখোকউরে - অদুদা ইমুং মুংঙাইত্রদুনা অসুম চংথোরকপনি ।

বিধুঃ— মচা চাওরগা মপা মমাগী পোশ্ফম ওইবরা হায়বধু খংনচৈনদুনা খোইদৌ শাওগংহনবরনে ? মচা চাওনবা য়োকপা হায়বসি ফৌ শংবাই অমগা ঙা তুঙ্গোল অমগদনা চাওবা নত্তে। নিংথাগুবামক্তদসু মপুম থিংলবনি। শাওগমু ইনেনা হায়রিবসি, মপা মমানা মচাগী ফত্তনবা খনবা হোৌনদে। মচাবু মুমিং থা য়েংবগুম য়েংলদুনা মখোইগী ফননবনা লাইনিং ওইদুনা লৈরিবনি। য়াম্না তানিংত্রবরা তিক্রি খংপগুম থোকলবয়া ? শিংগদবমখে শিংলবনি নপাঙ্গল চাওরক্রবনি, ইমানা হায়বদা শীং কনবগুমনা কনগমু থরাইজাও আশাজাও ওইদুনা লৈথোকপা য়াদ্রে—ইমাগী মতেং ওইনবা করিনো ভোগদবা অমা পাইখংহন্নিংইনে। মীরা মীপাও পুদুনা হঙ্গং হন্দা চংদুনা লমশেন তুশেনবা ওইদুনা লৈবনদি মতমদা হৌখিদুনা তোকলগনি। ( ইমুংদা চংখি )

বৃন্দ— শিংগ্রেদকো খংগ্রেদকো মীনা খেংতোকপা ঙমদবা ঙাক্তা হায়দোকলকইদকো শিননিনে লৈবাকনা শোন্নরিবা অসি।

বিধুঃ— ( মফি ময়োল শেং চারগা থোরকই ) ইহে ইবেমা কোম্পাক অদু ইমাদা অমুক্তা পুরকউ ( রাধেনা পী, শেগাদা য়েপশিল্লি ) ইবেমা মৈখেত্তা ইমা হু হেক্তা হল্লকনি। মৈ মুং

থাগৎতুনা লাইগী ধুপ থাংমৈ কৎলম্মু। ইবুঙো থোকলসিদনা।

বুদ্ধ— ইনে ঐ ভাহাক ফমহৌখিগে ভাহাক লৈরগা মচৎথোকলগে।

বিধুঃ— ইবেমা ইমা চৎলেকো থুনা হল্লক্কনি।

রাধে— হোয় হোয় ইমা থুনা কুমল্লক্কনি হায়রগা কৈথেল লাইরেম্বীনা শাওতুনা থমই হায়বদাই।

বিধুঃ— হোয় হোয় অহল লমনগী রানিদনা— ( চৎথি )

রাধে— ভাদা ঐখোইদা কোইরকপদি করি পীজগনি

বুদ্ধ— পিজবিনো পিজবিনোকরি অমতা চাজরোইয়ে—নহান কাং শান্নবা চৎমিন্নবদা হায়নখিবা রাহুদি কাওররিনিনে।

রাধে— ( খগ্গতুনা ) করি রা ওইরবনো—করি হায়নখিবগে—

বুদ্ধ— ভো—ঐনা হায়বা নত্তেদা—

রাধে— অদুদি কনানা হায়বনো?

বুদ্ধ— কাওনি কাওনি করি হায়ন কাওদনগে গাড়ীগা গাড়ীগা চীকনচাইনবা চন্দবামথৈ হিয়াংথাং বোরমুক কুংনা লাকপ্রবা, থবকনা থুরক হাংখিদ্রবা মরক অসিদা করমনা নিংশিংবা ভমগদগে। কাওনমুশি হায়রম্বা লৈহাও পীরম্বা অদুবু—

রাধে— ইহেঃ, অতগী ওইরে, নোংমকাদোক উন্নবদা মীনা কাগী ভৌরম্ব। রাতা চাবী পংহায় হায়রম্বা অদুবু চান্নবা ওইনা থল্লুরিবোরে।

বুদ্ধ— ভো মানদি ঐভোন্দা ভাংবা শারিবা নভোন্দগী হাওমুগী হাওমু লম্বী কাগী ওইরমলে। ভসিদি নোংমাইজিং মুম্বিংনি মালাকে চৎথোকলমগনু হায়তুনা য়াম্না লুনা হায়রকই নংগা হায়া উন্নহৌবসে ওন্থোকনা মতা চাথ্রে—লৈপাক মমাংদা পুমশি

শিমিল্লরমগনিদা—

রাধে— তাদদবুদি পংহায় হায়রিনি অত্থবু নোংমতস্থ কোইপোরক্তে নোংমতস্থ উম্নদে।

বৃদ্ধ— হোয় হোয় হায়রুবা ঐতনা অরানবান। মহাকী আশাগা নংনা খল্লিবা অসিগা খরা লাপনরে।

রাধে— ঐনা খনবদি পুন্নম * আসি অরেপ্পান। অহল লমনগী পুক্রিং পেন্নবা লাইরিক লাইশু কন্না হোৎনত্থন মীরক তিনবা ওমনবা হোৎনবনা অথোক্টবান খল্লি।

বৃদ্ধ— পাওতাক ফজবা পীবিবনা পাওখুম পীবা ওইরেনে।

রাধে— ঐগুম্বনবু পাওতাক পীবা ইতিক ওইবরা? চুমনগী চুমনা পুক্রিংগী রা হায়জবত্তন। চিনফেন কহ্না পংতাং তাংলগা করি কান্নগদগে তোথোরকপা থবকনা মীগী অরেপ্পা তাক্ত-দবনি।

বৃদ্ধ— ইবোচৌব খোইদা ঐন করি করি পংহায় হায়রমইকা হায়ত্থনা তমশিল্লুরবদি -পংখৎ খৎনবরা কারিনো — বেরাবুদি লৈতেদা।

রাধে— মাঙেন্দদি করিগী তমগদৌরিবা?

বৃদ্ধ— হৌজিকমক্তি মানা শুপল্লিদনসে। শাওমুকো, চৎলগে, মাস্থ চান্নবা মরূপনি মমাই ভাক্তবা ওমদে—নহাকস্থ ইচননি নথোই ময়ামগী ফনবা লাইনংইবনি। নখোই ময়ামনা ফরগা ঐখোইস্থ মুতাইরবন

( বৃদ্ধ থোকখি - রাধে ইশৈ তংল তংলত্থন রাইরম তৈ — লাই থাংমৈ থাল্লি ব্রজমনি মনিহার চংলকই )

মনিহার— বৃদ্ধবু সোমদা লাকসমবরা ?

রাধে— হোয়, ফম্বা মথৈ যমলমলগা হৌজিক রাইদা থোক-শ্রিবনি।

ব্রজ— ও ইমাদি লৈবরা ?

রাধে— ফীদাদা লেংশিনবিয় হৌজিকমক্তি চৎথোকশ্রি।

ব্রজ— মনিহার বাবু ! করম তৌশিগে ডাহাক ডাইহুনা য়েংগদ্রা ?

মনিঃ— হোয়, বৃদ্ধসু থীবা ওইনা অসুম ডাহাক চৎথোকউথিসি হায়বরা করিনা ফগদগে ?

রাধে— তাদ বৃদ্ধবু থীবীবা খংগদ্রনে ? ইমাগীদি পংকুই কুইরক্রোই—করি রা লৈবিবগে ?

ব্রজ— ইবেমা ঐখোইগী অসি ইবেমবু ঈশৈ অমত্তং শকপীয় হায়জগে হায়হুনা লাকচবনি—অত্তুদা ঐখোইগদি খংনফাৎ চান্নফাৎ নত্তবা অত্তুদা ঐখোইগী মরুপ বৃদ্ধসু য়াওনা ডাংন-নবা হায়হুনা তৌজবনি।

রাধে— অত্তুগী ওইবিরবদি ডাহাক্তং ডাইবিরো ইমাসু মরাকলগনি। ঈশৈদি করিগী ঈশৈ ওইবিরবনো ?

ব্রজ— ঐখোইগী অসি ছাত্রশিংগী মিটিং অমগীদমক শৈহো অমগা শৈরোই অমগা য়ারগা মরক্তা অমগা অত্তুম খক্তং শক-হনজনি ই। ( ফীদাদা ফমথৈ )

রাধে— ঐখোইদ অত্তুক য়ামনা হৈজবা নত্তেদা—ময়েককাদি য়াও-বিরেদনা—

ব্রজ— হোয় ঐখোইগী—মনিহার বাবুনা ইবা ইশৈ ময়েক লৈজরে।

মনি— অত্তুদি ব্রজমনি বাবু বৃদ্ধ থীবা ওইনা ডাহাক চৎথোক-উথিবনা ফংলোইদ্রনে—

রাধে— ঐখোইগী অসিদা ভাহ'ক্ত কল্প। অসিবু য়ামনা হৈন্নবিত্রবন্ন ? সেবাকাদি করিস্ল তৌবা ভমজত্রে—

মনি— অদুগী নং৮দে মী পোং লাকলগা রাই পংচিন চিন্নশল্রা হায়তুনা তৌজবনি।

রাধে— ফম্নানি দবগী'দ ফাতুমা থম্বা ভমজদে—লাখা অমা লাক্লবম্ন লাক্‌বা শাবা হায়বত্নুনি—এ ইমাস্ন লাকপু লাকলে ( রাধে ইমুংদা চংখি—বিধুমু'খ, কানহাই, ইবোচৌবা চংলকই )

বিধু— ইবুঙো'খোইবু ক'র থবক্তী ওইবিরবনো তুমিন তুমিন চিকপক চিকপক কম্বীরমলিবা অসিবু—( বিধু ইমুংদা চংখি—রাধেনা ফক অমা থাক্ত—ইবোচৌবা কানহ'ই কক্তা কম্নই—বিধু থ'রকপা )

ব্রজ— ইন্দোন্দা ক'রগুম্বা অমতং হায়জগে হায়তুনা ভ'ইজরমলিবনি।

বিধু— করিনিনা ইবুঙো—হ'য়বিয়্ন।

ব্রজ— যাইস্কুলদা, চন্দ্রহাস বাবুগী য়ুমদা মণিপুর পুন্নমক্তী ওইবা ছ'ত্র ছ ত্রাশিংগী অপুনব মিটিং অমা তৌজগদৌরি—মসিদা ইবেমবু ঈশৈ খরা শকহনবিয়্ন নেকচবা লাকচরিবনি।

বিধু— অদুগুম্বা ময়ামগী সেবা অদুতা তৌজগে হা'য়তুনা লৈজরি'ব'ন। ইচানা মীমান্নদবা হৈজদবগী রাতনি।

ব্রজ— হৈবগী'দ হৈমনঞ্জবনি ঐখোইনা ইত্তিক ওইজদবনি।

বিধু— অফাবা অমা শক্কদবরা—অনৌবা ঈশৈ তমলগা শক্কদবরা ?

ব্রজ— হোয় শকপন'দি ঐখোইনা পুজরক লবা ঈশৈ ময়েক অমি শকপীবনা পামজরিবনি।

( ব্রজমনিনা চেশিং অহু লানশিল্লি রাধেনা ইমুংদা চংখিহুনা পাই )

বিধু— মুমিত্তি কৈদৌঙৈ ওইরবনো

ব্রজ— হৃংচিং মুংখিল পুং মরি ভাবদগী

বিধু— ইবেমা মুমিত্তি য়ামনা থুরে ঙমগদ্রনে—

রাধে—( থোরক্নুনা ) ওঝা লাকলবদি ঙমগনিয়ে অহু নত্রবদি—খংদ্রে।

বিধূ— অহুদি করম ত্তৌসি হায়বগে ইবুঙো—

ব্রজ— মনিহার বাবু করম ত্তৌস হায়বগে

মনিহার—ওঝা লাক্নুনা তম্বা ন.লগা ন.লে নত্রগা অকাবা ইশৈ-শিংগী মনুংদা খন্নরগা শকপীবা হায়বহু মতাইরেদনা—খরতদি ওন্না লাক্পীরগা অদুম শিন্নবা হায়বহু মতাইরে।

ব্রজ— করে অহু মতাইরে শোইদনবা শিনবিরো। খরতদি ওন্না লেংবরকউ, অতাংগী থৌদৌনি হায়হুনা থৌওইদনা তৌবিগনু অঙমঅথৌ খরসু ময়াওবিবা তারি। এখেইসু হুন্নরগে।

বিধু— কনি ইবুঙোখোই কনি ওস্তা হেক য়েংজরক্কে।

( ব্রজমনি মনিহার খোকখি )

কান্হাই—ইবেমা রাধেবু করম করম পানবিরমলিবা— কাংবু য়ামনা পানখ্রে হায়হুনা শোয়দা তৌক তৌরুবদা কাওদবা নৈ-ভেনে। হন্দক্কা ইশৈশিমসু কাওদোকহৌদবা য়াদেদো— করি করি রারি রাতাইনা করি শানরম্বগে ?

রাধে— করি রারিবু শারুগদগে তাদ— ইমা তাইবা ওইনা তাহাক্তং কমজরমবনি। য়ামনা ইকাই হংগোইনা অহুম মরোইনবিদা।

কান— ঐখোইবুদি য়ামনা মুংশিরমলরোই—চয়াং খোইরাংনরম্বনা য়াম্না লাওরম্বনা য়ামনা তানিংলমররোই— কোইদবগী অহুক তৌবনি— থীনকাদি ঙাংনমুশিকো।

রাধে— ঐনা থীনা হায় হায়বা য়াওবরনে—

কান— য়াওদে য়াওদে—রামাং য়ালহৌরিবনি। মুঙাইত্রবম্ব হেক্তা হ'য়য় হেক্তা লাকওই।

রাধে— ময়'মনা লাংশিন্দ্রব'দ ঐখোইদি কাকনা চেল্লেদনা।

বিধু— হোয়দা হোযদা ইচাসিদি মীনা মুংশিম্বনা ফাগি তৌবব্ অন্ডল ভান্নম্বনা চিন্দা পাওদাম্নবা হৌনদেদা।

ইবোচৌবা— ম'খোইগী ইশ অ'মদি শকপিবা তারেদনা

বিধু— চেং'ফ্লে ইবুঙো য়'রবদি ইবুঙো'খোইস্থ লেংউসিদনা ইকাইগন্ত্রা?

কান— চংপা য়'ইনা খোইনা ইকাইনিঙাই লৈতেনা

বিধু— অতুদা লোইনম্বনা চংপদা ইকাইগদবা অমা লৈরেনে।

ইবোচৌবা - ক'রিগী ওইরবনো ইনে?

বিধু— য়াইস্কুল ময়োনমক্তদগা ওইশিল্লে, তিল্লমগদবা মীতা অহুপা মফি মরোলমক্তা জুগোৎচাবা মীমান্নবা অমতা লৈজদে লোইনম্বনা চংপা ইকাইর'ননে।

কান— অতুগীদম'ক্তি ইবোচৌবা বাবু লৈরিদনা পকচগদবা, ফজগদবা, অমা খন্দুনা লৈরগা লোইরেদনা, খ্বাইয়মবন্দ কৈথেল্দা অম্বক য়াম্বা তুক'ন লৈরিবব্ ফিমা রাংপা লৈবরা?

রাধে - ইমা ফিজেৎ ভান্নবা চংপা নত্তেদা— করিগী মী লৈকাই কোইরকপা চেন্নগদগে।

কান— নাহানমখৈ ঐখোইনা ইকোই কোইদনা খল্লমইবা অসিদি—য়ামনা থাপনরমলবা রা ওইরে।

বিধু— হোয়নে হোয়নে লৈবু লৈবিরবদি লাইবক ফবনি মীঙোন্দগী লৌনিং চানিংবা ভাগজ্রা হায়রূনা ভৌবনি।

রাধে— ইমা ভাইবুঙোদা নাকোং রাইচিলহল্লুরমুদা—

কান— ইবোচৌবা বাবু হায়বসি মপা মপু মশক নাইবা, মণি-পুরদা ইনাক খুনবদা শীংথানরিবনি। তম্ফাখুদোপ য়াইওইবা লোঙ্গৈবগুম্বনি। নকোক্তা স্না য়োমখিগদৌবিবনি। করিগী অঙ্কক তয়াং তসোই তরাই তকোক খল্লিবনো? ইশৈহুম অমতং শকউ ভাহনসিসে।

রাধে— ঐনা শকপদি ভাগদবা মখৈ ভারে ভাদহুম অমতং শকপীয় ভাসিদনা

কান— ঐনা শকপা ইশৈ ভানিংবয়াই শক্কেনে

ইবো— অহু নত্রগা কী হায়বহু ঐখোই ময়াম চংতুনা লৌজিক লৈথোক উরসি হায়বরা ?

কান— হয়েং অয়ুক অঙনবদা ময়ামচংহুনা মচ্‌-মমেন অপাম পামদা খনবনা ফংলোইদ্রা ? ঐদি অহুমনা পামই।

বিধু— হোয়দা ইবুঙো হৌজিকমক হোবে হোবে ভৌদ্রবস্থ অহু-মঙাই।

রাধে— ইমা ওঝা লাকএ।

বিধু— ঐগী লাইবক ফবনা হেল্লেদনা রারম্থ হায়হুনা তমলে! ঈশৈ তম্বা ওইনা ভাব ভারেদনা—লেংশিল্লকউ ওঝা লেংশিল্লকউ। (ওঝা চংলকঈ ফমই) হয়েং নোং হেক ভানবদা ওঝাগীদা

লাকপা তাহনা লৈরমলবনি। হংচিৎ অঙাংশিংগী মিটিং অমগী ঈশৈ শকপীয়ু হায়দুনা লাকলমই। নচাগীসি অমুক্তা য়েংবিয়ু ময়েক্তা মাঙোন্দা লৈরবনি।

ওঝা— ফনি ফনি য়েংসি— রাধে কদাইনো ( রাধেনা পী ) ( ওঝানা ভংহনা শক্ক্না য়েংই রাধেস্ত য়াওই )

লাইট ওফ।

১বা মতাং— তগুবা উৎপ ।

## লম্বী থোংনাং মথাদা পোংকম অমা।

### মুমিৎ চাইথরকপা মতম ।

স্নাজাওবা— ( পোংয়োনবী লোকমাইদা পোং থাদুনা পোংয়োল্লি স্নাজাওবা মোরা অমদা কমই ক চাই ) ইবেমখোই মুঙাই-বদগী মুঙাইবা অসিদি তুমিন্না চিকপক কমদুনা মীগী মতৌ য়েংদুনা লৈবসিনা মমুঙ ইরেদনা শিদি। মুঙাইত্রদো ইবেমা!

পোংয়োনবী—হোয় স্নাখ্বা! তাইবংমীনা তৌরিবা অসি কনা অমা তুমিন্না চংখি, কনা অমনা ইলাং লাংই, কনাগী ইমুং মনুংগী কৈরোই লৈকাইগী, লৈবাক নিংথৌগী, শুকলেপ হেক লেপ্তুবা মথৈ ঙাংই। কনা অমনা মোন হন্থরদুনা ঐবু করি তৌরুগবনো হায়বা মঙাগুম চংখি— অঙাংনা অঙাং, পাখংনা পাখং, লম্বী অসি মী অতৈগী শরুক য়াওদবা মথোইগী মরম্নাই শুইরবোই নিংবা কাংবু অমা য়েংববু হৈরবদি কুইস্নগী কুইস্নমক্তনি। পোংমক্তা লৈরবাস কনানা হকোম কোমথোকই কনানা পেন্থরদুনা শিংনাদুনা য়েংই। কুপগ্রবা, কাংবু পোগ্রবা কাংবু মী হায়বসি জাং জাং হায়বদুনিদা স্নাখ্বা।

গৌরহরী—( চংলকই ) আকবর উপু অমতা পীবিয়ু ( শেল থাদৈ, পোং য়োনবীনা চুরুট উপু অমা পী ) এ স্নাখ্বা লেংশিনবিরমই চুরুট অমতং কানবিয়ুদনা ( পী )

স্নাজাওবা—চুরুট থকউরা ইবুঙো (লৌই, চমদুনা থকই) ইবুঙো গৌরহরি! নংবু কদাইদ চংলুই ।

গৌ— অসুম মরূপ মপাং অমতং উমজগে হায়ত্নুনা—

স্না— করম ভৌরি ইবুংঙো, তাদখোইনা করমনা পাল্লি।

গৌ— সুম ঙমননবা পংনেম নোমত্নুনা পাঞ্জরি স্নাথ্বা।

স্না— হোয়নে ইবুঙো। লাইনা তম্বা খরা মীনা তম্বা খরা হায়-বত্নুনি। ইবুঙো মৈতৈ পুরানগী রা হায়বসি অমত্তা হেক খেৎতেকপা য়াদেদা—"লৈশাবীগা মৌগা মশক খংনররোইয়ে" সিনিনে—হৌজিকশিদা শাইককপী লৈশাবীদি অঙাংবী য়েং-নবগা চপমান্নবেদো "নুপীনা ফি অমতা শেৎলনিয়ে" থইনদি লাই হরাওবদা শেৎলিবা অসুমনা ফনেক অত্নু ফজনা ফিজিন মান্নবা শেৎলপ খ্বাংচেৎ অমা অমুক মথক্তা শেৎলি পাংঙন নুপীদি হৌজিক ফাওবত্ত মতৌনরি— কনুইত্ত পুমংক তাক্লি। শোরোক অসি ফনেক মপান নাইবা, চীজ ময়েক, অকোইবী শেকনা চৎপা উশিল্লক্তে অমুক মুংদাংগী ফি পুমঙো ফনেক অমতং ইফরেং তুরেং কুপ্ত কাওত্নুনা হেক শেৎলে—শ্রী শ্রে ফত্রেং ফত্রেৎ পরা অম লাপলিদৈগী লাকএ হায়বা থংই। থাইনদি চৎপনী শউম খজিকতা থোকপদা রা থোকনৈ হায়ত্নুনা লাইগুরুনা রারি ভৌই।

গৌর— স্নাখ্বা পুরানগী রা অসি থোকপ্রবা মতমদদা হায়নরকই হান্নদি ইত্তা তাদে।

স্নাজাওবা— হোয়, হায়বদি পংহায় হেক হায়বিয়ে—'মৈবু ফুরিৎ-থাওদা হাপত্নুনা পুনরিয়ে" "ভমু চেদা য়েকলনিয়ে' ভৌরি-বসিনি ইবুঙো মৈথেৎককা থোরকইবসিনি।

গৌর— হোয় ভৌবগী'দ মীথৈ ঙমু উখিদ্রে পোরোমঙাক্তা মঙাইদ্রে।

পোং— ইমাইপেমা অহানবা পোরোম থোকনরকপা কান পামনবনা মাহা ওইরিবৈ অতুদদি তঙাং তঙাংলদুনা করাম্ব কজদ্রে— কোইথি হেক থিনরদুনা পুখ্রিদা য়োকনরমইবা অতগদি হিংচাবী ওইরমলে কনাগী ঙা মচা অমত্তা লৈবা ঙম-খিদ্রে। হৌজিক্তি অমুক মহৈ মহৈ কাদোকনরকইবা। হৌজিক খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা মৈথৈ ঙা থোকখিদ্রেদনা ময়াং ঙাদমক মঙাইদ্রে।

মা— অচৌবনা মচা য়োৎপা হায়বসি মঙাইরেনে। লমগী যম্না মচি শাংই হাযদুনা মৈথৈ অসি মীগী মপোক্তা মপামদ্রে। মীরৈবাকী মোত কাংদ। মীরৈবাকী মী লুনা কিনা ওম্বোকনা পামজনা লোইনদ্রে। শেইরোই মতম অমদা মৈথৈ লৈবাক অসি ময়াং লৈবাক ওইরকখিনি। হৌজিক পুরাম্না হায়রি জাতি পুম্নমক একাক'র ওইরকনি। পুম্নমক ঈশ-চফূ তিম্নরখি'নি শুম মথং মথং ওইরকইবা আসমঙাই। পুরাম্না হায়রিবে ইবুঙো "নোংপোকা নোংচুপকা লান শোকননিয়ে মনিপুরদা হনতেকম ওইরনিয়ে "শিংগাপন কাইরবা পোলাংথোক্তা ফি ফৌবা লোকপা নংঙোইয়ে। "ক'না হৌবদা লেংলে' হীংগনিয়ে। হৌজিকপু থাগীগা জাপানগা লান শোকনরি হায়বদাইনে ইবুঙো ?

গৌ— হোই শোকনরি হায়রিবাসিনি স্নাখ্বা নোংচুপ্তুনা সাহেবথোই ফ্রান্সথোইগা জর্মনগা শোক্ত র হায়রিবসি'ন স্নাখ্বা—

সনা— ভো নোংপোকা লান অসিগা নোংচুপকী লান অসিগা

অ'নসি হেক শমজিল্লরকপদা পৃথিবী'শি হেক মরোইরেদনা মনিপুরদমক চিখহৌবা য়াগত্রা হায়বা।

গৌর— লাকপবু তারব'দি মিৎকুপফৌবা পোৎনত্তে এরোপ্লেন্না মিৎকুপ্পা হেকমক পাইশিল্লকদ্রনি।

পোৎ— কোইরেংগৈদা এরোপ্লেন তাকম শাগনি হায়রুনা বর সাহেবনা লম য়েংলমই হায়রুনা অত্নর'ইগী মীদি লৌউফম লৈতবা তারে হায়রুনা য়'মনবু য়ানরে হায়।

গৌর— হায়দি মণিপুরদা চীং ময়াম অসিনা এরোপ্লেন তাবা য়াদে হ'য়নরব্রনিদো করম তৌরগবা ?

স্না— ইংগসি'দি মখোইগী দর্কারবু লৈরব'দ চী'থক্তস্থ মরাইনা তাজরক্ননি। সর্ক'র হ'য়ব'দ ল'ইনিনে

পোৎ— হে'য়নে স্নাখ্বা, ইরাং মত্ত' অসি পুকনিংথুম ইরাং লাংত্ত। পোৎনা চৈনা তাংশিল্লকইব।

স্না— গোবিন্দগী লৈবাক'নি মানা কনবা হায়বত্তনি। থাইনা ইবুধৌ ইবুডো কার্ত্তা মাহারাজনা শ্রীগোবিন্দদা মণিপুর অ'সি কনবিয়ু হায়রুনা যজ্ঞ কৎলমই হায়বদ'ইদো। "য়োৎ- খোক লান তৌরনি," "তে'গে'ল অহুম খোকলনি." "কোল্লা খোকপনা জয় ওইনি"। "দূর্গ'না নোংম'ইজিং মতোন্দা লেপ্তুনা থাংশাং হায়গনি মমিনা য়োবা মকম মখৈ ভুমগনি" লৈমরোক্তা লোৎলগা হিংগনি। "ক"না হোবা হায়বসিনা ক'রিনো লৈমরোৎ হায়বনা কদাইদনো ? খোকল খোকলরগা থবা হায়বত্তমগুাইরে।

বিধুমুখি—( বিধুমুখি চ'লকই পৈশা থাদৈ ) ইনম্মা কাছু মতপ অমতং চাখিগেসে। স্নাখ্বা লেংশিল্লমইবরা ?

স্নাজাও—ইবেম্মা— নিংথেমচানি হায় হায়হুনা রারেম ভাংহুনা মীগী মতো য়েংহুনা অস্সুম লৈথোকলমলিবা অসিনিদনা।

বিধু— ইনম্ম' কা অছু স্নাখ্বাদা মতপ অমতং হান্না কংল্সে ( পৈশা থাদৈ )

স্না— তৌবিরুন্নু, তৌবিরুন্নু, ঙসিদি দ'ন চাবদা শিব তারে ইচনদি অহল ওইর ওইরগা থোইনহুম ফত্তরেনা—লাপনা উববু শককা খংউদ্রেনা—শমজিদি—পৈত্তক তৌরহুনা, হায়- বরনে ক'রিনে, লৈ নাচোমনা নাচোম—সত্য মৈতৈ লৈবাকী লেমজনফমনি হায়বা

বিধু— ইমাইপেমা স্নাখ্বা ইবুঙো করি দশানবো স্নাখ্বা থেংনররিবা অসিবু।

স্না— সত্য পকচগ্রবনে – ঙসি লম্বী অসিদা চৎগ্রিবা মুপীসি ফন' মযামগ্রে হায়বা ভতুবু ইচনগুম্বা কনা অমতবু য়াঙ- খিদে হায়বরানি। ফিজেৎ চাকচান' লুরিবা বাশকা শকপনা নুংশিখিবা অভাংবনিনে। ইবেম্মা বিধুমুখি যুগকী হায়বার অছু অমুক্তবু হায়মু ওম্লোকনা হেকমক মপকচগ্রে।

বিধু— থোইনা পকচগনি হায়হুনা ভৌবা নৎচদেদা মনখিগদবা দেহেনি - মাই থুইগ্রিঙৈদা অছুক ভৌবা শা'রিবনি স্ন'খ্বানা লংনবা অসিদা ইকপু ইকাইজরেনা।

স্না – লংনজবা নত্তেনে ইবেমা – ওম্লোক্না পকচগ্রে—যুগ অসিগী

ঙথোক্লা ফজগ্নবা হায়বনিমা। মানা শকনা মোহোর ওই-হুনা নৈবনিনা তৌথোরকইবা মথৈ ইপকন্তা পকচপ্রবা মীনা ভমজনিঙাই ওইগ্নবা হায়বনিম.—থাইনগী নাইন হায়বা অহুদি হৌজিক্তি চৎনরক্কেদো ঐখোইস্থু তৌরিবা অসিনি থাইনগী নিংথৌমচা ঐ মঙাইরে হায়বা অহু চৎ-নব্রহুনা তৌরিবা অসিনি। ফজৈ ফজৈ যুগকী হায়বার হায়য়ু, ইবেমা হায়য়ু।

বিধু— হোয়নে স্নাখ্বা লেংবু লেংলসি - মী ইনম্মা অসি পোৎ পেপ্পবা শীৎপা তারে।

স্না— হোয়দা কুইরেদা—ইচম্মা হায়রিভৈসিদা চৎহৌবনা ফরেদা ফমমে মু গুম্না হায়বহু তাখ্রে। অহু ইবুঙো নংদি কমদৌবা

গৌ— সিদা মরূপ অমা লাকইয়ে মাগা উন্নগে হায়হুনা

স্না— ফরে, ফরে, ইবেমা ঐ চৎলে হায় ( স্নাজাওবা, বিধু, চৎখি )

গৌ— স্নাখ্বা অসিস্থু ঙাংইদা - মুঙাইরিদা—

পোৎ— আশিনি ইবুঙো মনাইস্নুপী ইনম্মাশিজ অহুনা শিবমথৈ নোম-হুনা থাকপা—স্নাখ্বানা চোইঙাং ঙাংহুনা কাংজৈবুং ফমহুনা পানবা।

বুদ্ধ— ( বুদ্ধ চংলকই ) হায় গৌরহরি নং করি তৌরমলিবনো?

গৌর— ঐ থবক অমা চৎলুবনি - অরাপ্পদা মী মচা অমা ফিং ফাং চোংঙহুনা চৎপা উই অহুদা নং ওইরম্না য়াই হাই-হুনা ঙাইরমইবনি।

বৃদ্ধ— য়েংউ হায়বা ঐখোইগী গুণসে তোপ তোপ হেক্তা তাবনি হায়বা হা—হা—। ওঘোক্লা থাজদনা উমরেদা ভায় নংদি থবকসি ওম্নেক্ক কল্লা নোমলমাল্লে নমাইকাসি কাহৎলেনা —য়াম্ন মুশিল্লে।

গৌর— নংবু করম তৌরিবগেনে ভায় ?

বৃদ্ধ— লাইরিক তম্না তোকইদনী মফম মরাং থংদে লাইরবা মচা চায়বা অসিদি হা· করিস্ন গতি লৈতে চপ্রাশি পিয়নস্ন ওইনি দবগুম তৌ।

গৌর— ওইনিংলবস্ন ফংপোৎ নত্রেসে—মীওইবগী পুন্সি অশিদা লাইরিক তমলিডৈ মতম থরা অচুতনি পুকানংগী মরাং কাঙবা চাইবসি অচু লোইখিবদগী লোইরেনে। সংসারগী পোৎলুম অমত্তা পুদবা ঐখোইগুম্না লোইনা চপ মান্নবোই নিংবা—

বৃদ্ধ— অচু করম তৌসি হায়বগে কদোমদা চৎসিগে—

গৌর— করিনো ননা চানিংবা অমতংদি লৌদনা—

বৃদ্ধ— লৌজৎরেই ইবুঙো লৌজররোই। চুরুট অমতদি থক্ত; ঐদি মনিহার অমুক্তা খিরুগে হায়চুনা থোরকপনি।

গৌর— করি তৌগদৌরিবনো মীগী মচা অচুমস্ন শেম্বিরগেরা ? তৌবিরুখিন্নু করি তৌবগে ইবুংঙো লাইরিক লাইশু থরা মতমখিসন্নু মপা মমাগী ফীবম ফরিবা মশাস্ন শেম্বা মথোক্কদৌরিবা মীনি।

বৃদ্ধ— নখোই ঐখোইদগী ইরানং লাও—মখোই মুঙাই য়াইফবা মচা-শিংসিস্ন থর লান্নংহুন্নবদি কদাইদগী মীন্নুংশি থংলগদগে ?

নারদ শান্তনা কুম্মৈস্ত থরা মরেংত্রবদি পুং কুনমরিবু করম্না থবক অমতা য়াওদনা লেনগদগে—মাংবগী মাংবা কনাগী মরূপ মপাং লোইনবা পুমলুপ।

গৌর— নংগী মতম লেমবা হোৎনবদা মীশি থরদি লোইশিনবা তারিনে মাহাশয়।

বৃদ্ধ— এখোইগী অদিদা রম্ভামুক যজবী অমা লৈরিয়ে অদু হেক উবদগী লাইরিক্কা তোকলবনি তুই অঙাওবদোনা চৎতুনা লৈরবনি।

গৌর— অদুদা নংনা মৈ অদু মুখখিনি হায়বা অসিগী রাবিমনপ্রভুনা দী হৈজিনগদবগী নথো ওইনা হোৎনরিবা নত্রদো—

পোৎ— কননোনে ইবুঙো এখোইগী রাধেবুরনে?

বৃদ্ধ— হোয়নে হোযনে—ইবোচৌবা হায়বা এমাং লৈকইদা লৈবা ইনাকখুনবা মচানি ঐদি হায়তুনা ফুত্তনি রলা অমা লৈরিবদাইদো—মনা লোরগদবনি হায়তুনা তৌরিয়ে—অমুক্তং মকেক মমৈ খঙদবমথৈ ঙাওতুনা চেলহনগে—মকোক লৈবাক তনা অমুকতং খুকমহনগে হাযবা অদু হেক নত্রিবা মথৈদি মা থাবরোইদবনি।

গৌর— অদুবু নংনা উমদোরিবরনে?

বৃদ্ধ— উমদ্রবদি ইমিং হোংদেক্কে মী নত্রেদন।

পোৎ— হোয় হোয় মু শিবা লৈবিদৈদা মুংশিথোইবা লাকই হায়বা রা লৈ। অদুবু ইবোচৌবা হাযবা অসিদি শেললে থুমনে যুম অসিমা পুমপু পুত্নদা লৈরবনিদো—পুকমিং লেপ্তবা, মিৎকী ইরাংনদি থুগাইবা উমলোইদা ইবুঙো।

বৃদ্ধ— হোয়নে হোয়নে ওমই ওমদে হায়বা বৃদ্ধগী ইভিকস্ত্র অমৃক্তং য়েংউ হায়বা। ইবোচৌবগী শেল্লা ওম্বরা বৃদ্ধগী শরৈনা ওম্বরা-- মিংথিংনা য়েংউ।

গৌর— ফরে ফরে ন না থোকপা তৌ ঐদি মনিহার থিবা চৎপকা য়াওজরোই মখোইগী ফাদরনা ঐখোইনা মাংহনবনি শোই-দনা মহায়রগদবনি।

বৃদ্ধ— মাংভোইদা মাংঙোইদা মানা হেন্দ হেঁগিল্লকলগা কোক হেক থুগাইরগা লোইরে।

গৌর— মুঙ্‌ইদকো হে নারদ! হে পণ্ডিত! অহুগী শরুক শেন ধুম তাম্নবা করিনো থবক অমা পাম্নবা হোৎনৌ— খোংবান ল'ল্লুম্বা ওইহুনা মী মাংনবা হোৎনরগনু।

বৃদ্ধ— হা—হা——মুঙাইদকো ইবুঙো—ভাব ওস্তোকনা তাবিরে-দকো—নখোইগুম্বা মরম ওকপা শেন থোকপা মাদগী নৈহুনা চাগেনে ইবুংঙো—নিবিরোই নিবিরোই নিনকা হায়হুনা কিরুম্নু।

গৌর— হোয় হোয় খেপ লিংহুনা ক্ষিপ্রি জাগ্রী তৌহুনা হেক হিংও অহুনা ইপক পকনরগনি। মী অচৌবা হায়বসিদি সিপাইনা নাক য়েত্তা শংলগা চৎকদবনি।

বৃদ্ধ— মাগুম্বা থানানা ঐভোন্দা করি তৌরনি থানা ফাগে হায়-হুনা লৈরিবনি।

লাইট ওফ

১বা মতাং ৪শুবা উৎপা।

মিটিং তৌফম—মতম মুংথিল।

চন্দ্রহাস বাবুগী য়ুম।

শংগোই জগমহন অচৌবা অমদ।

মেজ চৌকা ফুল য়াশ।

চে—নচিংবা:

ইবেয়াইমা- (ইবেয়াইমা বকুনগা লাইননা শেম শাত্তুনা লৈ) তাদ ওসিদি ওইথংব মিৎলু অসদা ওন্থোকনা চেংগ্রেদা টকাইবা নংগদৌরিবরা করিনে ?

বোকুল—করি ইকাইববু নউগবনো উচনাসাদ—খংনচ নবা মরূপ মপাং ময়াম উন্নত্তুনা মুত্তইবা মতম ওটবসিদা তৌরিনি।

ইবে— তুমিন্না লৈথোকপাদ ফজ্জন্ন লে- লংবদি অসুম ময়াওরবা হায়বত্তুনি। মৎ চেংবা অসি ইলেপ হেক লেপ্তেদা করিবু থোকলগদৌরিবনো ?

বোকুল—ওনতৈনবা য়াখল তে বিরুরম্ভু—মী ময়ামসি অমুক লাকনরে ঐখোইস্তু থোক্তুনা উন্নরুর স।

ইবে— মুপী মচাগী ফমফম শিনবনা ঐনা ওইবতারেদনা হায়মা য়াথেম্ব থুংবু থুংলরেদনা (থুনা থোকথি মাইকৈ অমদগী ব্রজমনি মনিহার চংলকই—মাইকৈ অমদগী য়াথে, ইবেয়াইমা, ওঝা, যন্ত্র খোংব য়ৈবা ময়াম চংলকই মনিহার ব্রজমনিনা চেনাচিংবা থমই)

রাধে— ইশৈ শকপগী ফমফমদি শোমদা ওইরসি— শোমদা লেং শিনবিরো।

ব্রজমনি—ইকাইখুম্নবদা মতিক চারবা শ্রীযুক্ত কুঞ্জকিশ্বর সিংহ বি,এ, মেম্বরব, সভাপতিগী আসন লৌবিনবা নিংশিংজরি।

মনিহার—ঐনা সেকেণ্ড তৌজরি।

[ কুঞ্জকিশ্বর আসন লৌই লৈপবেং হুকই মপান্দগী খুবাক খুরকই ]

কুঞ্জকিশ্বর—মণিপুরপুম্বগী ছাত্র ছাত্রীগী অথৌবা সভা অসিগী সভাপতি ওইজো হায়না ত্তকপীব। অসিগীদমক ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি। মুঙাইবা ফোংদোকচরি।

ব্রজমনি—প্রোগ্রামগী মতুংইন্না, সভাপতিগী য়াথং মতুংইন্না, কুমারী রাধেদেবীনা মন্নামগা লোইননা মিটিং অসিগী অহোবা ইশৈ শকপীনবা নিংশিংজরি। [ রাধে, মনিহারনচিংবগা লোইনা লেপ্তুনা ইশৈ শকই ]

## ইশৈ

য়াহৌরো হেংগংলো
মৈতৈ লৈমগী মপারী মমোমলোল ॥
অচেৎপা রাশঙ্কা লোইননা
খুজেং পাল্লোইনদুনা ইমাগী সেবা তৌরুরো ॥
মণিপুর কোংবী মিংলেনসে
সভ্যতাগী আকাশতা শজিক থবা ওইহল্লো।

ধূপ চন্দন্না থৌগল্লো
মুংশিজরবী ইমাগী মঙ্গল পূজা কৎলরো
চীকপকনবী লমদমসে বিশ্বপ্রেমগী হৌনকম
বিশ্বশান্তিগী ভুংকম লমদম ওইহল্লো ॥
মীওইবা জাতিগী সভ্যতাগী য়ুমকমদা
লেংত্রবা মিংচৎকী উরোং খিল্লরো ॥

কুঞ্জকিশ্বর— Next item—speach by Shri Chandrasekhor Singh B.A. on the topic—The studants' duty towards the welfare of the society. অাসিনিদনা

ব্রজ— হোয়—শ্রীচন্দ্রশেক্ষর সিংহ B A. বু ছাত্রনা সমাজগী কান্নবা করি তৌবা ভুম্বগে হায়হুগী মরমদা ভাষণ অমা পীবিনবা হায়জরি

চন্দ্রশেক্ষর— ( চংলকই ) ইকাইখুম্নকম ওইরবা সভাপতিজী, তিনবিরিবা ইবেমা ইবুঙোশিং ঐগী মুংশিজরবা ছাত্র ছাত্রি পুম্নমক! Student ছাত্র, Society সমাজ হায়রিবা রাহৈ অনিমকসি হনজিন্দুনা য়েংলবদি য়াম্না রাখল চংবা অরুবা রাহৈমক্তনি। মসিগী মরমদা ঙাংবা নৈনবা শঙোন্দা অরাইবা রাখল নৎচদে। শমনা হায়রবদা ছাত্র হায়রগা তমলিবা—ওঝা অমদা, স্কুল, কোলেজ, ইউনিভরসিটিদা তমলিবা অতুগা করিগুম্বা অককনবা বিষয় অমদা নৈনরিবা কুপনা থিজিল্লিবা পণ্ডিতাশংবুম্ব হায়বনি। Society সমাজ হায়বনা মী অমমমবু নত্তবা হৌনবী চৎনবী মান্নবা

ময়ামনা পুনশিল্লগা পুল্লপ পুল্লপপু হায়বনি। খুদম ওইনা মৈতৈ সমাজ, বেঙ্গোলী সমাজ অসিনচিংবা। সমাজ অমমমগী মরক্তা চাওখৎপা মতম, ফীভংগী মতুংইন্না অনেম অরাং য়ামন' লৈবা য়'ই কংগুম্বা সমাজ অমদা থবক ইনথাংনচিংবা হিংবদা ক'ন্নব। হাবম কয়াদা থাক য়ামনা রাংবা য়াই অতুগা লমচংৎ অম্দি পুক্নিং রাখগী থাকতি য়ামনা নেম্বা য়াই। অতুগা মথল অনিমক্তা চাওখৎপা ফজবা করিগুম্বা সমাজ অমদদি পুম্না ফবস্ম য়'ই অম্নম তৌতুনা সমাজ অমগীদমক ছ'ত্রশি'না তৌবা য়াবসে মফম মতমগী মতুংইন্না খেন্নবা য়'ই অম্নম তৌতুনা মনিপুর মক্তদা তমগী ফাবমগা চাংগী ফীবমগা, লুহইগী ফৌবমগা, ইম্ফালগী ফাবমগা, খুল অমগা খুল অমগগী মরক্তা ফাবম কয়াদা চপ মান্নদবা য়াই। মরম অসিনা ছ'ত্রশিংনা সমাজগী কান্নবা করি থবক তৌগদগে হায়বসি মফম পুম্নমক্তা চপ-মান্নবা রাফম থবক ওইদবা য়াই হায়বা তাই। ঐখোইনা শুপনা হায়রবদা সমাজদু মুংশিগদবনি। সমাজগী সেবা তৌগনি—সমাজগীদমক মীওইনা ওম্বা হৌনবা ইশাগী ওই-জবা পুম্বা থাদোকদবনি। ঐখোইনা লাইরিক তমলিবা অসি পান্দমফম অসি মুঙাইনা হকচাং র'দনা হৌংননবগী-দমক্তা তম্বা নত্তে হায়বসি কাওরোইদবনি। পাগল, লৌশিং জ্ঞান পুমনমক শিজিন্নদুনা মপুং ফাবা মীওইবগী পুন্সিবু তানশিনবগী মচাক অমনি হায়বা কাওরোইদবনি। ঐ ইশা ইশানা সমাজগী মশক নাইবা সেবক ওইনবা হোৎনবা

অসিন্থ সমাজগীদমক অচৌবা সেবা অমনি হায়বা লাল্লোই। ঐগী রাখন্দা হৌজিক হৌজিকমক মনিপুরী সমাজ অসিগী ফীবমদা ছাত্রনা তৌবা য়াবা থবক্তি ঐখোইনা স্কুল কলেজদা তমলুরিবা জ্ঞান অসি লাইরিক লাইশু তমদবা অহল লমন্দা থাইনগী রারি লাইরিক তাহনবগুমনা তাহনবা অমস্থং তম্বীবা যাম্না খল্লি। মী অয়াম্বা ইবা পাবা হৈনবা হোৎনরিবা যাম্না মশিনা ঐথাইগী সমাজবু লাইরিক লাইশু হৈবা, ঙৈ-পাণ্ড ইত্তা মতাংবা মী ডাক্তা থুনা ওইহনবদা মাত্তং পাম্না ওইগনি থাজৈ। মসি শরুগ, মতম, থৌনা চংবা থবক ওইবনা কদাইদা ফাওবা লাক্না পাংথোকপা ঙম্গদাগে হায়বা চমদে। তম্বা অমস্থং তম্বীবগা লোইননা ঐখোইনা য়ুমগী অনাদ মফম মফম অতুগী অশুম অশুম্বা থবক পুম্নমক শুমিন্নহনা, তমহনা, থবক্তী অশেংবা অরাবা খুদাইবা, অমাংবা মাংতবা, অরুবা অরাইবা, মুম্না থংনবা তৌংনফম লোক্কই। মখুদু নত্রবদি মতম অতুদা লৈবাক্তী ওইবা দায়ী অচৌবা লৌবা তারবা মতমদা ভাবনা শাবা থেগা লাইরিক্তগী ওইবা থবক্তা থাদত্রিবা অাম্না শিজিন্নবা তাই। শমনা হাইরবদা ঐখোইনা সমাজগী সেবা তৌননবগীদমক সমাজগী রা মদা তোংভাম্না লৈরোইদবনি। থম্ন অসি হায়রগা অস্থুমমক লোইজরগে। ( ময়ামনা খুবাক খুদকই )

সভাপতি— Cultural entertainment by the Students.

ৱাজমনি— শ্রীমনিহার সিংহবু ইশৈ অমা শকপীনবা কৌশিল্লরি—
মনিহার সিং মশানা লেংজবা ইশৈ।

## ঈশৈ

পুন্সি আশ'নি আশাগী সংসারনি।
লৈত্তে পুন্সি আশা য়াওদবা॥
থাজবা চুমলগা আশা থুংগনি।
ওইগনি পুন্সি অমৃত ঈচেল॥
নকনা লৈবা লাইনা কংবনি।
শোয়বা লাইরবা থুদোং থিবনা থনবনি॥
ভংতনা হোৎনৌ ফংনবা ভাল্লু।
থৌওইদবা তৌগন্নু নীংহল্লবা থাদোকউ।
কাইরবা আশানা হৃদা কংহল্লি
অৱানবা থাজবনা পুন্সি কেমহল্লি॥
( ময়ামনা খুবাক খুবা )

ৱাজমনি— মাননিয় সভাপতিজীনা লৈবাকী, লম্লাইগী ওইবা অরুবা থবক পুমনমক থমহল্লনা ছাত্রশিংবু মুংশিবিবা অমদি পুকনিং থৌগৎপিবগীদমক ছাত্রশিংগী মাইকৈদগী ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি। ঐখোইগী মুংশিজরবা ওঝা শ্রীচন্দ্রসেক্কর সিংহনা ছাত্রগী থৌদাং তাকপিবগা লোইননা সমাজ বিজ্ঞানগী মরমদা মঙাল অমা পীবিবগীদমক য়ামনা অপেনবা ফোংগ দোকচবগা লোইননা ছাত্রশিংগী মাইকৈদগী থাগৎচরি।

মনিপুরগী ভোমথিন ওইনা মমিং নাইরকপিবী কুমারী র'ধেনা মনিপুরগী ছাত্র ছাত্রী মমাঙবীশিংগী অপেনব পীবি হুনা ঐখোইগী মিটিং অসিবু মপুং ফাহনবীবগীদমক থাগৎচরি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিনা ছাত্রশিংবু লিচিং অমত্তদা চৎমিন্নহনা অপুনবা খ'ংথা অমত্তদা চাওখৎপগী লম্বীদা চৎমিন্নবা কন্না নোমর্বিরিবা মরূপ মপাং পুম্ববু অহুগা তিনবীরিবা ছাত্র পুম্বস্থ থাগৎচরি। মথং অসিদা সভাপতিনা মমল য়ামলবা র। মযাম তাকপীগনি। (খুবাক খুরকই)

সভাপতি— তিনবিরিবা ভদ্রলোক ভদ্রমহিলা, ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক মনিপুর হায়বসি মৈহৌরোনদগী হৌনা, পীকলবস্থ পীকনা মশাবু কঙ্কব' ওম্বা. মথোইদগী তোপ তোপ্প', মপুং মরৈ ফারবা সভ্যতা অমগী মপু ওইবা লমদমনি। সমাজগী মওংদ. লৈনাক রাখন থৌদাবদা—লানগী নিয়মদা খুৎশা হৈবদা—শাস্ত্রবদা—জগোই ইশৈদা- সাহিত্যগী মরমদা শিং থানবা য়'ব. থাক্তনি। হৌজিকী পৃথিবীগী সভ্যতাদা শগোল ক'ংজৈ—জগোই খুৎনা শাবা ফীরোল মনিপুরনা থোইদোকপা শীংথানবা য়াবা শরুকনি। অসিগুম্বা মনিপুরবু মত্তম পুম্বদা সভা জাতিগী মরক্তা অরাংবা থাক্তা থমনবা নাহা ওইারবা মনিপুরগী মচাশিংনা ঐখোইনা ইরৈবাকীদমক করি তোবা ওমগনো হায়হনা চোংথোরকপা উবদা মুঙাই-বনা হকচাং পুম্বা তুজুংবা ফাওই। ঐনা হায়গদা হায়ববু ঐখোইনা খনবত্তমক খল্লবা, রা ওইনত্তা পংঙাং ঙাংনবগা তোকথোকতবা—তৌগদবা থবক পাইখৎনবা হোৎনবা অমস্থং

পা.থে'কনবা তকশিনবা পামই। পৃথিবী অসিদা খোংনা চৎলম্বদগী শপে'ম্না, শামুনা, কাংখ্রোংনা, ইক্নিয়া, অপাইবা অম্নমনা নোংমা নোংমগী অম্নম অম্নম থবক পুম্বদা য়াংশিনবা হেল্লকলিবনি। ঐখে'ইনা পৃথিবী অসিদা চেনথৎলক'লিব' খোংজেল অসিদগী চিখ্রহৌদনবা খোংজেল মাম্নবা হোৎনবগী থৌরাং অসি খ্বাইদগী থাগৎনিঙাই ওইবা তৌজ্রবা য়াজ্রবা থবকনি। ঐখোইগী মনপুরদা কলেজ ইউনিভর-সিটিনচিংব' লিংখৎতুনা ভ'রতকী মফম কয়াদগী লাইরিক লাইশু তম্বগী মরমদা চিখ্রহৌদনবা হে'ৎনবদা নহারোলগী অচৌবা খোদাং লৈ। নহারোলগী পুকনিংবু অহনবা লৈত্তনা লৈব'ক্কী সেবাদা চিংশিনবিয়ু হায়না শ্রী.গাবিন্দজীউদা নিজরি। মসি হায়রগা লোইজ্জরগে। (খুবাক খুরকই)

ব্রজ— অহু ওইরবদি ক্লোজিং শোং শকনবা তৌহজ্জরগে?

প্রে— ফরে ইবুংঙো।

ব্রজ— কুমারী রাধেবু শৈরোই শকপীনবা হায়জরি।

রাধে— ( রাধে অমস্থ মাগী কাংবু )

## ইশৈ

ফাওরকলে ভসি তাইবংদা মঙাল।
কোকলনি অমম্বা 'রাবা পুম্বা॥
থিকপীরে প্রেমগী অমৃত লাঈজ।
হুমলরে শান্তি মালং ঈথকনা॥
লাইনিং হে'ৎলসি পুান্স থৌদাংদা।

ঙমজবা কৎথোকলসি ॥
পুরকসি শান্তি তাইবং পুনসিদা ।
থমসি লেংদ্রবা স্মৃতি চিহ্ন ॥

( খুবাক খুরকই )

সভাপতি— ঙসিগী মিটিং অসি লোইশিল্লে ।

( ময়ম্মা খুবাক খুই )

( প্রেসিডেন্ট থোকখি - স্টেজ মথক্তা মীয়াম ইলাং লাংনৈ ।
—ইবোয়াইমা, বিধু, মুখি, ইবোচৌবা কহুই চলকই )

ব্রজমনি— অতুদি মনিহার বাবু ইশৈগী দক্ষিনাশিবু করম তৌসি হায়বগে —

মনি— তরাথক্তুং তৌখিসি হায়নবু হায়মন্দ্রবরা ? ( তরাগী নোট অমা লৌথক্লুনা পী )

ব্রজ— ইবেমা দক্ষিনাদি ঙরাদং মমিং শুইনা তৌজগে পাখং শেন্থোক্তবা ময়ামগী থবকনি বাংলৈ বরা যাদেনে ইন্দোল

বিধু— যাম্ন যামনব্রে ইচাসিদি মশাগীদা শুইরবদি লৌদ্রবা কাওব যাবনি ।

ইবো— অতুদি এখোই মযামসু হুরবা তৌরশিদনা— ওঝাশিং লে লসে—

বিধু— ফরে ইবুঙো ফরে লেংলসি ।

ইবোয়াইমা— রাধে হল্লগেরনে ?

রাধে— ইবেমা ইমা চৎচরগেনে রারোবা য়াদেদো

ইবে— মুংশিবী নংগী ইশৈ অসিদি ওখোকনা পুকনিং হুনবগী মশকনি ।

রাধে— কদাইদগীনোদা ইবেমা হৈজবা পোং নত্তেদা লাইবক ফবী ইবেয়াইমা মুভাইজরিনিদকো।

ইবে— লাইবক ফবীদি নহাকনিনে মী পুমনমকনা নহাকবু শোন্ন-রিবসি কনানা কল্লকওইদগে ?

বিধু— ইবেমা ইমাখোই চংলগেনে।

ইবে— ফনি ইমা লেংও—করিস্থ সেবা তৌত্রেদকো—

বিধু— মুভ'ইরে মুভাইরে ইমাখোই য়ামনা মুভাইজরে—( ময়ামমক মরি মরি থোকথি বোকুল চংলকই—মনিহারগা মাইওকনৈ )

বকুল— ইবুংঙোন্ন চংলগেরা ? মী লোইনা চংনব্রে ভাহাক পোং-থাবা ওইনা ফমখিসিদনা উন্নথোক্তনা উন্নবনি। ইয়াম্বা চা-ক' লোল্লুখিগে। ভসাইদগী স্থপপোং পোথাবা ফংখিব্রে য়ামনা রারমথ্রপনি। চৌকী অসিদা ভাহাক্তা ফমথখো অন্নাবা পোথোকখিসি

ইবে— য়ামনা চংনি লমাল্লে চংহনব্রো'দা তাদ -

মনি— ঐবু চংহননিংলমাল্লে চংচরগে তাদ—

বোকুল—হেরা ভাইখোদা ইবুঙো চংকদবস্থ মরৈরে করিনো ঐ চা থুনা লোল্লকে, ইচিল ইনাও ঐখোই অমুক্তং থকমিন্নসি। ( বোকুল চংখি )

রাধে— ইশৈ শকপনা হৈ'রিবা—ইশৈ লেংবনা ফজরিবা—থবকনা য়ামলিবা মণিপুর অসি কোকথোং নারে। চহি কল্ল অমসী মমূদা অমুক্তং উন্নবা ফাওবদা চা কপ অমতং থকপিখো হায়বা য়াখিদ্রে।

মনি— চা পীথকনিংঙ্গনা ভৌরিবরা চৎখিনবা খৌরিবা অসিবু—

ইবে— য়ামনা থরাই য়াওনা হোৎনবা অঙ্গদা করিমক ভৌবা ঙম-ত্রবস্থ হায়ঙ্গনা কোইরাং লাংঙ্গনা হোৎনজরিবনি। মুপীনা উন্নিংই হায়ঙ্গনস্থ কোইনা থীরকপা ঙমজদবনিনা য়ামনা রানা ঙাইজরমলিবনি। লাইনা ভমঙ্গনা উন্নবা ফংলবা ফাওবদা কৌব ফাওবা কৌবিনিংদে। মুপা হায়বসিদি থবক য়ামনা চিনবনিনা—মরূপ মপাং য়াম্বনিনা উন্নদবা মী মথৈ কাওথোকপা ঙমইদো—ঐখোইদি য়ুমদদা অম্নম মরৈ-বনিনা - অঙাং ওইথৈগী হৌপ্রবা মতম অঙ্গতা থন্দুনা লৈরগা মুঙাইজবা ওই।

মনিহার—লাকনিংই হায়ঙ্গনবু মীগী য়ুমদা মরম লৈতনা পংলাক লাকপা য়াবরনে? চংলকনবা মরম লৈতনা লাকনিংই হায়ঙ্গনস্থ করমনা চংলকপা ঙমগদগে?

বোকুল—( অচা অথক্কা লোইননা চা পুশিল্লকই ) ইবুঙো চা থক-সিসে ( ঢৈবলদা থমই )

ইবেয়াইবা—( চানচিংবা লানশিন লানশিন্না ) কৈদৌরেঙ কনানা করি হায়রকপা য়াওবগে? লাকনিংবদগী পংহায় হায়বা হায়ব-ঙ্গনি। লাকপু লাকপীগে হায়রবদি মুমিৎ খুদিংগী থোংগাক্তা থোক্তুনা ঙাইজরমগে। চা অঙ্গঙ্গম অমুক্কা য়েংবিয়ু চিনিকা রাৎপরা?

মনি— ( থক্তুনা য়েংই ) য়ামনা ফাওরে চিনিকা চপ চারে।

ইবে— ভাদ বোকুল ঙসিদি কুইরে কুইরবা মরূপমক্তা উন্নখ্রে ওথোকনা মুঙাইখ্রে, ভাদনা হায়বা চুমলে। রাধে হায়বী

অহুনা লাইবক ফবী মুভাইজরিনিদকো হায়রহুনা থুং অসি কয়া পাইশিল্লমই মুংশিবননে ।

মনি— চা পীথকপীবসি য়ামনা মুভাইজরে তাদা— ঐনা ফমহুনা লৈবসে ইবেযাইমদা রাই য়ামনা চীম্লমাম্লে ঐ অমুক হন জরগে —

ইবেয়াইম – হ'য়মা –অভা.দৌনা তে ইনে—য়ামনা ফমহজনিংঙে ইমুংদা ভাহ'ক্কুং চংহুনা ফা ফ'ওবা হে'ংদোক্কবা মখৈ চৎথিনি হাযহুনা শংজরিবনি ।

মনি— ঐ'খোঙগুম্বা মীরেম্মু ইবেয়াইম নঙোন্দা মমল লৈরিগদবা অভং ওইরিভৈদগী খংনরমৃই, শাম্লরকই, চাম্লরমই হ'য়হুনা ম'গুমনা পুন্সিচৃপ্প' ওইবা য'বরনে ?

ইবে— লাইরিক হৈবা শঙ্গ তৌদা হারবসে— মীনা রা ভাংনবা ওম্বা নত্রেনা—

বকুল— অওইবম্নিনা ইবেমা মতমপুম্বা চপ মান্নবা নত্তে ।
( কপনচিংবা লোইশিল্লি পুন্সিনখি )

ইবে – মীচং যামনা ফরেদকো ইথস্ত' নাইত্তোম তাহৌরেনা অহু ওশ'ইগী ইশৈ অহু অমুক্তা তাশিদনা

মনি— ইকাইবা খংদহুনা পংশক শকপনিদা –

ইবে— হৈত্রবম্র ওশাই শকখিবহু শকউ অহুদি হৈদন—

মনি— হৈবা হৈতবা অচৌবা অমগী হুকুমনিনা শকচবা তা'দেনা অহুবু ওশিদি শকচররোই ।

বোকুল— ওসিদি চাকা পীজগ্রসিনা ইবেমা ।

ইবে— অওইবনি চাক্কা চ'প্রসিদনা ইশৈস্থ ঙসি শকলসি পুং য়ৈবগ য়াওবা প'মক্তদেদা --

মনি— তাদ ঐ হযেং অমুক লাকচরগে হুকুম লৈরবনিনা হীক তোকপা ঙমগদবা লৈত্রে।

ইবে— ত'দ ক্কা মতপ অমত্তা ইমাদা তপহন বরকউবা

বোকুল—ইমুদহুম ফমউরসিবা –প'বুংনস্থ হুংকৌই।

ইবে— (বোকুল চংখি) সিদা লৈ হায়রমত্রনে?

মনি— ভতু'দ ই'বেয়াইমা নংস্থ চংওনে—ঐ'দি ইকাইবা ত'রে।

ইবে— করিগীনো লুর নবদোনা তৌরিবা অসিবু –মাসি ঐগী ইন্নমনে — ঐনা ঐগী মরূপ মপাংগা লোইননা ৱারি ৱাতাই শাবদা ক'র অক'ইবা লৈবগে? য়েংও ঐ'স মোজালোনবা য়ামনা হৈ'রে—ঐনা লে'নবা মোজা স্নুয়েটর অমতদি লিং-শ্বাযুদনা— (বো'কুল চলকচ ক্কা ইবেয়াইমদা লানশিঙ্গি ইবেয়াইমনা মনিহ'রনা পী'শল্ল)

মনি— ইবেয়'ইমা হ'য়বা ঐগীদমক অতুক য়ামনা ৱারুবগন্থ ঐঙোন্দা পীবিবা ক্কা অ'সনা ঐবু চ'ন'ববগী অরেপ্পা প্রমান ওইরমন্থ। (ক্কা লৌই) ঐ শোইদন অতুক লাকচগে চান'ববা ৱাহৈসে মতমপুম্বদা কাওজরোই (থোকখি।)

লাইট ওফ

১ব—৫শুবা থৌংপা।

# লম্বী

## খোংনাংখোংগী পোংফম।

### মুংখিল মুমিং লৈথরকপা মতম।

মাজাওবা—ইবেমা!

পোংয়োনবী—মখা করি তৌজরকউ হায়বগে?

মাজাওবা—ইবেমা কা মতপ অমতং পীবিরকউ।

পোং— কনি মাখা ঙাহাক্তুং মোরাদা লেংশিনবিয়ু। অমুক্তা অনৌবা তপচরকখিগে।

মা— ( ফমথে ) ইবেমা ইচনগী অসিবু করম তৌবগে খরা কান্নবরা?

পোং— মখা শুফম চৎফম মতা চাদবা অদুদা জীবহিংনবা পংহোৎ হোৎনবা হায়বত্রনি। পোংফমগী পোংফমমক্তা মতাচাবা মুমিত্তা অদুক খরা মশিংপা।

মা— হেযনে ইবেমা উখোং খুদিংগী লৈরক খুদিংগী পোংফম মক্তা মঙাইশিল্লকগে। থাইনদি কৈথেল অচৌবা হায়-ত্রনা তোরমই হায়। মুংৱৈদা কৈথেল অচৌবা ওমথৎ-লকপা হায়ত্রনা ঙাহাক তিল্লমলগা হেক মফমই হায়। কৈথেল মমুংদা মুপা নাহাকামু চংহনদে—কনাগুম্বনা পোংচৈ লৈদবা য়াদ্রবমু মুপী খংনচাব্রবা নেকলগা লৈহল্লমই হায়। ঐখোইগী ইমা শীজখোইমক কৈথেল কারুবা কী মফম

মরাং থংদে হায়রুনা তোংঙান্না থমই। ইহে ইবেমা স্কুল ওম্বা মাংই হায়রুনা ওমগৌন্ত্রিবা লাইরিকনিনে।
( কা পী )

পোৎ— স্নাখ্বাসিদা লৈজরে ( পী, লৌই )

স্বা— জাতি পুম্নমক একাকার ওইরকনি ঈশিং চক্ ভিন্নরগনি হায় হায়রুনা হৌজিক অসিদদি অমাং অনেং জাতি জাতিগী রা অসি কয়া লৈশিল্লক্রে।

পোৎ— হোয় স্নাখ্বা ময়াং হেংচৈনগী চা থক্রবা ঈশিং অঙাওবা থক্রবা মীদি থাইনগী থান অরিবা ভারেদনা।

স্বা— হোংগ্রে হোংগ্রে লাইম হোংগ্রে মৈতৈ লৈবাক ইবেমা ঐখোইগী হাক্তক অসিমক্তদা চাল চলন লোনচৎ ব্যবহার পুম্নমক পুমহোং হোংগ্রে। ফিজেৎ চাকচা, লমচৎ ব্যবহার, করিনো হোংদববু অমতা লৈখিদ্রেনে। মতম অমদা ঐখোইনা অঙাং ওইরিঙৈদদি মুকনা, কাংজৈ, থাং-তা, করিনো হকচাং অসি হুমাংনা হেক্তা শুমথবনিনে। রাংথৈরাকপগী লাল হায়বদু ঐখোইবু পোত্থনা লম্ফেলদা চেল্লি হায়য়ে। ঐখোইনা চাওরকলবা ফাওবা পাবুং স্নখ্বনা লান লান্দা হেক হায়রুনা লৈগ্রবনিদো—

পোৎয়োনবী—( রাধে চংলকই ) হ'ইমা ইবেমা ইবেমা নংদি করিগীনো—করি চাগে হায়বগে ইনেগী অসিদি পোৎককা য়াওবা নত্রে— লোকমাইদ মঙাইরবনি। কা চাগে হায়বরা ?

রাধে — চানিংবগী নত্তে ঐ পৈশাকা অমতা য়াওদ্রে—য়ুমনি হায়রুনা

মীনা য়ামনা তানমনগ্রহুনা লৈবা ওমপ্রহুনা অসুম থোরকপনি।

স্না— ইপাগী পৈশা য়াওরিনা করি করিনো লৌনিংবতা লৌনা ইচাসিদি—নাহানদসু নমানা কা লৈহুনা পীজরমইনা।

পোং— য়ানি য়ানি স্নাখ্‌'—পৈশাগী রা লৈতে—মাখোইনা থাক্‌না হিংলিবনি। হয়েংদি কৃষ্ণজন্মনিদো লিকোন শান্নরে'ইত্রা?

রাধে— মখোই মন্নামনাদ লিকোন শান্নসি চাক চানসি লাংইবা—খংদে ইনে ইরিলিখংলি হায়হুনা মুংশিরোইদ্রা এনা তল্লিবা—

পোং— হে'য়নে।

স্নাজাওবা—থাইনদি জন্ম থোকলকপা অসিদা হি তোংলহুনা থরো চাবা চংলিবনি কা হায়হুনা ভৌরিবা হৌজিক্তি কন্না ভৌনখিদ্রে।

পোং— হোয় স্ন'খ্‌' থাইনদি লীকে'ল শান্নরিবনি হায়হুনা থাংমৈ মচা অমা থাল্লগা পংশান শ ন্নরমই। হৌকিক্তি ফীজংবু খনগংলকপনে—ওটলোকপু থানগংলকপনে— গ্রাম'ফোনবু ফা হুনা খোংগংলকপনে—তৌবা ঙম্বা সঙ্গ তৌবা মী নত্ত্রবদি লিকো'ন শান্নবা ঙম্বা নত্রে। জগো'ইরাস অমা লিংখং-পগা চপ মান্নদ্রে।

স্না— থাইনদি অহিং অ'থে'বদা— লম্বীচংপা মখোল ভাবা মীনা বাশক্কী ইশৈ শকলকপা কয়াদা মুংশিগ্রবা—বাশিনা অচুক খো'লকপনা কয়ানা চিকনা মুংশিগ্রবা। হৌজিক্তি রেকোর্ডকী ইশৈনি হায়হুনা লল ললনা রাই, চাইগ্রে—মাইকনি হায়-হুনা উতোন রাতোন্দগী লাওরকপনা কনাগী অশোল অনা থাংবা ঙম্বা পোং নংখিদ্রে। লৈবাক অসিদা লৈরে

হায়ত্নমডাইরে ঐখোইগী লৈবাক্তি নত্রে। ঐখোইগী যুগ লোইথ্রেদনা। অহল অমা লাকই হায়বগী লমজাইবা লৌখত্রে হায়রুছুনা কাম্রে মুভাইজরে ইবেমা ইবুং কাং-জৈবুংদ অদুক হরা চারুখিগে। ইবেমা ইপা চৎলে।

রাধে— ফনি, আজ্ঞা।

পোৎ— ফনি য়াম্বা ফান। থোকখি মাইকৈ অমদগী মনিহার চংলকই

রাধে— কদাইদনো? (ইক'তনা)

মনি— করি তৌরম্লিবনো?

রাধে— পোৎ য়োল্লবনি ফবিনা খিত্ত লৈবিরমই

মনি— এভোন্দা পীজনা চুম্বরা। ঐনা পীজবনা চুম্বরা?

রাধে— ঐনা লৈবনা চুমচ হয়রবত্ত-করি কারনো লৈব য়াবা লৌবিয়ু

মনি— হৌজিকমক্ত এভোন্দা ফবন ফরিব নবক্তা ম্বল শৎপা হায়নত্থু ওহারবানন। এভোন্দা পীজবনা চুম্বা ভাই মতম অমদা লমন শিংজগনদা।

রাধে— মতনা হায়াং কুম্মে ওইবা হাইবথুনি। ঐখোঙদি মরু খুনবিনবা লৈভবা—লু লুকথদুনা খনবদা কনা লৈজদবা উপায় লৈভবা জীবনি। চুম্না মুংশিজবগী পীজগদব। মডাই

মনি— ঐস্ল লাঙ্গৈরবী নভোন্দগীত চানিংই। তাইব পানবদবু নিংবা পুম্বা থুগলবা কনা লাইবক্ত ফবা পোকলগে? ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ফাওবা কংসগী কারাগারদা পোক'খ গোকুলদা

থৈজুনা নন্দগোপগী মচা ওইনা যগ শেন্দুনা চীং মান্দা বন জঙ্গলদা অচাং ওইরিবা তনৌ তনৌরবা ককচাংবা থাংগমদবা অৱাবা থাংখি। ঐখোই অমুক য়াম্বা লৈরিবদবু চিরবা মতমদা শিংগে হায়জুনা পাম্বোম তিংবিনবা রাৎকনি খন রা ?

রাধে— অতুতা কাওবিগনু—অতুতা শোইবিগনু শিরবা ফাওবা থুয়া ভূশিৎচগে।

পোৎ— হায়রিদেদা ইমৌসিদি—করিগী শিজকগবদনো লিকোন শান্নগনি হাংরিবসিবু ইবুঙো দ তাত্রিংরা ?

মনি — তাজাদ্রি—ঐখোইগী লেং চনবপোৎ নৎচদেদা—

রাধে— করিগী চন্দদগে—মপু ওইবিয়ু হায়জনিবনি

মনি— মপু ওইবমক ঙমদ্রবসু য়েংবতা ওইরবসু লাকপদি তারেদনা। পোৎ অসিবু কয়ামুক য়ামনা য়োনখগদৌরিবনো চৎখি-রোহদ্রা ?

রাধে— চৎলনি।

মনি— ঐবু থল্লমউ হায়বরা ?

রাধে— থিনবিদ্রবসু য়ানিয়ে।

মনি— অদু ওইরবদি ঐ চৎলগে থবক অমতং লৈরে।

রাধে— করে লেংবিরো ( মনিহার থোকখি )

পোৎ— কনানো, মমিং করি কৌবগে ইবুঙো অসিবু।

রাধে— মনিহার কৌই।

পোৎ— ও—খংঙে খংঙে।

রাধে — কৈদৌরবগে ?

পোৎ— নাহান নোংমা বুদ্ধ:খাইনা মাসিদা মাগী মরমদা য়াম্না ভাংনবা তাই। য়ামনা ফৈ হায়দুনা থাগৎনৈ।

বুদ্ধ— ( বুদ্ধ চংলকই লেপ্তুনা পৈথদুনা য়েংই ) খোইকম মোমোন নোকলিবী, মাইথোং মক লামলিবী, কুলৈকুচু লময়ৌবী,— শানৌলক্তগী তোপতেপ্পা, চীকনা পুকনিং হুরিবী, শরৎকী থাজবু ভমজবাগ! মিৎস্না থম্বাল অনিনা খোইখোইনবু য়েংলিবী -শকহেনবা অসিবু কনানো -

পোৎ— ইবুঙো বুদ্ধ নহ ক্তি পেনাদুম শকও থুনা ফাওগ্রনি।

বুদ্ধ— ইচনা মতৌ উরগা শিরোই নারোইদৌবোই নি ই। লৈবাক থুন্নবগী লৈশাবাদি চাহ অমগী মন্নুংদা য়াওশং অমুক্তং ওইজবনি। অদুম্ন চিথ নাম্ভহৌবা য়াওরিবনি। ইচনগীদি চাহ কুমলাং চুপ্পা রারা শংগু শগু করি লাংনো অসিদা থ কপারমলবা অসিনা।

য়াথে— তাদা বুদ্ধসে এরেঙে ন্দা নত্রবাদ ল নফম অমতা হেক লৈজ দ্রমাল্লেনদকো!

বুদ্ধ— রারেবরনে— ইগন্না রারৈরবদি ভা জররোইয়ে। করি লৈবা থোরক লবনো ... উপু অমতদি লৈবব উদন

পোৎ— এদি ইমৌদা নিরিবা মী অসি য়াম্মেনকো—

বুদ্ধ— ও ভসিদি সদাব্রত থাবিরম লবা রা ওইরে -এনা নিবসিম্ন লান্দেদনা মঙ্গল ওইবিয়ু নিংগা পুম্বা থুংবিয়ু। ভসি ইচম্না হেক লেপ্তুনা লৈরম্বা অসিদা খোংনাং অপৈবসিম্ন— পোৎকম শেগাইবসিম্ন পোৎয়োনবী হম্নুবী অসিম্ন পুমনৌ নৌহুনা

লৈরমলে। মুংশিংনা রিরি শিংলকপা অসিদা অপাবা ইন্নফি অসিগী ফিজি ফিনানা হায় হুমলিবা, অনৌবা খোংবোং মনানা ফেরে ফেরে হায়রিবা অমতা ওইনা ভিরশিনখ্রে লমলৈমগুম লমডানবী কনানা উশিন্নদনা চংথিবা ওমগদগে।

রাধে— ইনে চেন্দুনা হিংবা নত্তেনে— হা উরোক নমাংসু লাং নতুংসু তেল হায়দু ন। ঐ চংলগে

পোংয়োনবী—ইবেমা ভাইখোহৈ— নখোল মাইবী অসি লাকইও শেন্দুম হুনবিগে—ইমা মাইবী শামদা অমুক্তা চংবীরমউ (মাইবী চংলকই) অমুক্তা কমথবায় ঐগী ইমোগী শেলমিং অমুক্তা য়েংবীরমউসে – লাইবাও চুমনা ফাগুবিরমউ।

মাইবী—(মাইবীনা কম্মী শেনগাওদগী শেনমথাই পুখোরকই) কদাইনো কদাইনো থাদরকউসে -

পোং— সেসে ইবেমা সে নং থাদো—(রাধেনা পৈশা থাদে)

বুদ্ধ— পাম্মুইদা—হোয় হায় তাস তাসি—চুমনা ফাওবারকউ।

মাইবী—(মুরুম মুরুম শোল্লি) চীংউ মাহাদেব ইবুঙো ওগী লমদাং ওইবী পুকনি গী অমম্বা কোকচগে-- পুকনিং কেশিং ওইজগে চীংউব নপাও তকপায় নিজরিয় শিব মহাদেব ইবুঙো— (শেমথাই হুল্লি মুন্না য়েংই) ইমোম ইবেমা নংদি মিংচং চাওনা চংচৌও—লৈবাকনা শকথ মাইথংজোও হায়রিয়ে— (অতুক হুল্ল) পলেম ইবেমা তুরৈষ্টরৈ চেনবা অরাক অফোইবু লৈদা অথং অহৈ তাম্নোও চীংউ মাহাদেবদা চংজোও (অমুক হুল্ল) সমুদ্র ইরাং লঙ্কা মিংচং সন্দোকউ হায়রিদা।

লাইট ওফ।

১বা শরুক ভগুবা উৎপা

( মুংথিল মুমিদাংরাই )

## মনিহারগী রিডিং রুম

(মেজ চৌকী আলমেরানচিংবা লৈ, ফকলাংদা রালম্যেপ অচৌবা য়াল্লি। লাই অয়েকপা থেংলি )

( মেজ মথক্তা গ্রামফোন অমা লৈ )

মনিহার— ( মতে মদা ) কবিনো ঐনা ভৌরিবা অসিবু—ইবেয়াইমা [illegible]গী ঙৈশিংবা ব ঙাংনা—রাহৈ রাতা ফজবনা— মী খোল্লকা [illegible]কো [illegible]বম ফজবনা, লৌরি খোইরিবা লমচৎনা ঈশিং ঈং নগুন ভপলবী পুকচেলন।—হানৌ থীবা থোরকপী শক্তি [illegible] ইগুম ভুংকলনী নিঙোলগী মিৎস্না মপুং ফারবা হকচাং [illegible]ৎ খুদিনা, পুন্সিগী চহিনা খজিক্তা ঙাইরিঙৈ রারি ওই-হবা মতমবু অমূক নালহোননা নিংশিংহন্দুনা—মথোৎ কারকপা পাখংগী ভয়া অশাংইবা রাখলবু লাংভকনবগী ইরৈদা তাও-হাল্লে। নহ কস্ত নিংশি।লগদ্রা—নিংশিংদুনা ঐগুমনা রাখলগী চংক ইপোম [illegible] বমগদ্রা ? ওস্তোকপনি পাখংগী পুকনিং। মুংশি ঈথকনা য়ৈবদা রাখল চাংজৌনা থিংভমস্রে।

( গ্রামফোন খোই ইশৈ শকপা য়াওই। )

কলাচান্দ ( চংলকই ) মনিহার। ( খোংবা ভোকই-লেপথংলি )

মনি— করি ওইবিরবনো।

কালা— ফৈ ফৈ খোংউ খোংউ। নং চাক্কা অমত্তা চাদ্রে হায়বত্না নশা ওমদ্রবরা হায়দুনা হংবনি।

মনি — চুমনা চানিংদ্রদুনা তৌজবনি।

কালা— হয়া চাবা চৎলবস্থু কুম্মৈ ফিওং ওহাক য়েংলবসু থুনা শৎ হাঞ্জল্লকউ, থুল্লক লৈবক্ত চৎতুনা রারেম রাচোই ঙাংদুনা লৈথোক্কনু। অয়ুক ওন্তা হৌ-না হকচাং শেংদোক খোত্তোকলগা শাজেন ঙাহাক তেনা থাইনী অহন চানবা চীংথৈরোন শান্নবা হায়দুনা থংনববা অসিনি—দুন্না হৌবা ওম্না তুম্বা—ইংরাজী পাওরোদসু হয়নবা শতমস্তাই—লাই-রিক তমইদো হায়দুনা লাইরিক্তা কোন্দুনা লৈয় হায়বা নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অসিদ মী অমা ওইনবগী পুম্নশেম শেমগৎপা মতমনি। মতম অসিদা ত নশিলহৌবা অদুনা পুন্সিগী লন ওইগদবনি ফাইবক ফননা মরুম ওইদুনা কনানা ইনাক থুল্লকপা য়াই—কনানা চাশ্নবা ফম-নাইবা ওইরকপা য়াই—অদুবু মপুং ফাবা পুন্সি অমা লেনগে হায়রবদি মতম অসিদা শেমগৌবা নত্তনা ওইথোকলোই। মহৈয়ানবা পুন্সি অমা ওইরকনবগীদমক পুকনিং হকচাংবু রায়েন্দুনা নিয়ম অমগী মথাদা লৈগদবনি। পৃথিবী অসিমক নিয়ম অমগী মথাদ হিংলিবনি। মাগী খোংচৎ অসি কায়-রদা প্রলয় ওৌবা য়াই। ঐখোই ঐখোইগী ইশা অসিমক, উপাল, রাপাল চৎতবা জীবশিং, অদুগা অচৎপা জীব পুম্বা, লৈপাক পুম্নমক অসি অথুপ্পা কুপলবা নিয়ম অমনা অহিংবা ওইনা থমলিবনি। নিয়মশিং অসিগী ওন্নতৈনবা খোংচত্তা

অমাওবা থোকলিবনি। হীরম পুম্বদা ইথঙ মথঙবা করিগুম্বা হীরম অমদদি থোইদোক হেন্দোকপা জ্ঞান লৈব, মীবু পণ্ডিত কৌই। তোক্ক তোক্কবা থবক্তা পুকনিং থিংজিল্লু মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নরকলিবা অদি পুকনিং চবা খেন্নবদগীনি। য়াম্না তাবা, য়ামনা উবা—মীনা অথবা ওই। কয়া হোৎনৌ মতম মা হনগন্নু। মনিপুরগী মন্থংদা খ্বাইবা [illegible] হানবা ইংলেণ্ড অামেরিকানচিংনা মফমদা ভারতকী রাজ্যং লাইবিক লাইগু তমল্লবা—নিপা ওইনিংদ্রা। [illegible] তকচাবা [illegible] ওইবব [illegible] মীনা ইকায় খয়ম [illegible] কাউ থুমনশিবা মীতবা মশাগী অমদি [illegible]বরাক্কী সেনা তেম্বদা [illegible] ওই ক[illegible]গন্নু [illegible]পোকখি।

মনিহার—ইশানা ইশানী মাংলনবা অমুক হন্ন হোৎনজবোই। ইশাবু থাজনা যাবা মশেকচাবা নুপা অমা ওইহন্দবা য়াদে। ইথো থাদোক্লু কনাবু [illegible]কানতনা খোইরা খোইশাওনজুনা পুক্সিগী [illegible]তম [illegible]হল্লবাই

ব্রজমনি—( চংলকই ) লাইরিক য়ামনা কন্না ঐরাইবিবেদন রাকিংকা অমতা চংশিন্দ্রেদনা।

মনি— লেংশিল্লকউ—পোৎচৈ খরা লোইশিন্নরমলিবনি।
( ব্রজমনি ফমথে কালাচান্দ চংলকই )

কালা— ইবুঙো ব্রজমনি করম তৌরিবগে ?

ব্রজমনি—থোইদোকপা মতা চাদবা লৈজদে।

কালা— চুমনা অসুম কোইথোরকপনিদনা।

ব্রজ— হোয় পরিক্ষা নকশিল্লকলবা অসিদা সুম করি করি তাৱবা ওইনা লাকচবনি।

কালা— হোয়নে ইবুঙো নখোইগুম্বা ল রক লাইগু থরা থরাই য়াওবশিংনা থরা তিম্নবিরবদি এম্বো'কনা মুঙাইপ্রেদকো মাগী মকপ অ'সিনা জ'ং য'মমনপ্রতুনা ইপা'বু মফম থত্রে। অরেম্বদা ম'তুনা তে কপগত্রা হায়তুন য়'মনা কিত্রে।

ব্রজ— তুমদ হাঁপতনা হো'ৎনবা হায়বদুনি থুর'ইবুঙো—

কালা— হায়নে ইবুঙো ন'থা'ন্দনা মা ওইবৰ্তদা ইপাখোই মুঙাই জ'রবনি। থুয়া তুশিংনা শিগদৌরিবনি। লৈবাক'স্ত মঙ্গল ওইগদৌ'বিবনি

ব্রজ— মণিপুরদা কেলেঙ্ক লৈবা অসি এখোই লাইবৰা মচাগীদি ওন্থুরা থুদোং চ'খিত্রে

কালা— ফৈনা তম্বা অমা অ'ক'পগ'ন পাশতা নি দিনা ওইরকনবা লৈৎনৌ ইদা'সিদি। কালজ অ'বা তারবস্তু মণিপুরদগী প্রা'নসা'র ওইবিনবা লৈবো'ইদৌবিবনি। তারগীদি মণি-পুরদা হৌজক হৌক্কিক র'ং'পন অসি মথ্রে থাতুনা লেইবদ নাত্র। নবম অতুনা এখোঃ পুননকনা অগুম অগুম্বা মতে পা'নবা যাদ্রবনি এখোইদ্ত মীশিংসি নো থৎত্রি লননি মরম ঙাইতুনা লৈবা পা'মদ্রবনি।

ব্রজ— হোয় মম্বা ঐথ কম্না তোৎনজবা হায়বদুনি।

কালা— কম্না হে'ৎনগদবনি ইবুঙো (ইমুংদা চংখি)

মনিহার—(গৌরহরী বৃদ্ধ চ'লকই) শোমদা ফম্বায়ু।

গৌরহরী—লাইরিক ঔরাইবা কাঙ্গৈরবরা করিনো ইকাইরেদা।

**বুদ্ধ—** হে—হে— করিগী ইকাইরুদগে মাখোই লাইরিক হৈবা ভাকুনা ঐখোই ময়ামসি য়াওদনা পানবা য়াগরা ? হৈতবা ময়াম অসিসু অহৈবা অশিংবশিংগা তিন্নবগা খংলক হৈরক্লদবনি। মাখোই খরনা খংলগা খংদবা লাক্ষ লাক্ষ অসিনা মাখোইনা হায়রিবা মখৈ তাবিরোই মাখোই করি কান্নরে। মরাইবক্তু ম ফবনি। ঐখোইনা তিন্নবিবসে।

**গৌরহরী—**হেয়নে মাখোইনা ঐখোইবু খংহন্দুনা ফগংহনবা ভম-লবদি লেপ্টনমক্তা কান্নবা অতৃদা ঐখোইনা মখোইবু মাং-হল্লবদি ইরোইবা হৈবগা হেত্তবগা লুপ মন্নবা হাযবত্তু তাদ্রদো।

**বুদ্ধ—** মশা কননা [illegible] [illegible]কচাক্কিদনক্তি রারুরম্বুং। ঐনা খ[illegible] [illegible] [illegible] [illegible]না [illegible] [illegible]লগদবনি। মানবু মী মা হনবা [illegible] [illegible] [illegible] মশা মশানা শিঙ্গবনি। নিবান খা[illegible]র ভুমদ্রবা, শন্দু[illegible]ন [illegible]বা, [illegible]না মাংজবনি

**গৌরহরী** - [illegible] ইবুঙো ন[illegible]গা রা [illegible]দবগী শকক থুনপাক অ[illegible]গা [illegible]নবনা [illegible] [illegible]

**কালা—** ( [illegible]রকই । চুমই ইচাশা লৈবা[illegible] অমা চাওখংপা হায়বসি [illegible]া অমা নত্রগা খবা ফগংলকপগী রা নত্তে। মী অহুনা মরম ওইহুনা মাহাকনা লুচিংবনা মরম ওইহুনা ময়ামমক চাওখংমিন্নবা, হিংবদা শুব চৎপদা উপায় ওইবগীদমক অখোইবা লুচিংববু পামনবগী রাতনি। মাখোইবু লময়ানবা, লুচিংবা অসিনচিংবা কৌবতাই। ঐখোইগী লৈবাক অসি থুনা চাওখংনবগীদমক ঐখোই মশেল অঙম অঙম্বা উপায়

তৌনগদবনি। য়ুম হায়বা অসি য়ামনা মরু ওইবা অতুপ্পা ইহান হানবা তমফমনি। মরম অছুনা ঐখোইগী লৈবাকী য়ুমশিংসি চরাং খোইরাংনদবা, ইশৌলাংদবা য়ুম ওইহনগদবনি। য়ুম খুদিংমক লমচৎ ব্যবহারগী তুংনফম ওইবা মপুক লোয়রবা য়ুম ওইহন্নবা হোৎনগদবনি। মপামপু অচৌবা জ্ঞান লৈবা মফমদগী খোরকপা, ময়ূমদা হৌনবী অফবা লমচৎ পুম্বা তমলকপা—অফ ফত্তাগী জ্ঞান লৈরবা মীবু ঐখোইনা জাৎকী মচ হায়না কৌই। তৌক তৌরবা থবক্তা মীনা তরাই কেনাই লাকচবা ওমদবা জাৎকী মচাবু জাৎকী খুন্নু হায়দুনা হ যনৈ মথংদা মরূপ মপাং তিন্নবা শঙ্গদগী তমই। মাদ সমাজনা পীবা শিক্ষানি। মীয়োক মীচান ফজব সমাজনা মাপুন খুদিংনকপু অকবা কান্নবা মী ওইহন্নবা হোৎনৈ ওইস্ত ওইহল্লি। ঐখোইগী মৈতৈ সমাজদা থাইনদগী চৎনরকপা ফজবা কথা য়াওরি। মীগী মতৌ তমখাক হায়তুনা মীগী মতৌতা তমলগা ঐখোইগী লৈজরম্বা পুম্বা মাংহনগদবা নত্তে।

বৃদ্ধ— তো ঐনা ওশাই হায়বসিংহু য়াৱেদনা ঐবু অণ্ডাওবা ওইনা খনগন্নু— অহল লমনগী মনাক য়ামনা ফমলিবা জাৎনি। চাওখৎপা হায়সি য়ামনা পামজতুনা কম্না থীজিল্লিবা মীনি।

কালা— মীবু মুংশিয়ু, মীবু সনমান তৌ—য়েংথিবা অকিবা লৈতনা মীগী ফনবা তৌ নশাগী নগুণ হেনগৎপদনি ঐখোইনা ইশা ইশাবু সমাজবু হাৎলোইদবনি। হৈবোং মনুংগী তীলগুমনা

ঐখোইতমক পৃথিবী অসিদগী তোংঙান্না হিংহুনা লৈবা য়ারোই। পৃথিবীগী খোংচৎ খোংথাংদা য়াওহুনা হিংবা ওমনবা হোৎনগদবনি। ঐখোইস্থ ইশাগী ইরৌশিং, ইথৌনানা হিংনবা হোৎনগদবনি। মীগী থৌজান ঙাইহুনা মীনা পীজবা চাক-থাকনা—মীওইবগী সন্মান ফংদনা নামা শিহুনা হিংগদবা নত্তে। মী পুমনমক মাগী মাগী লম্বাদা—চৎলো—ইচাশা চৎলো তুবক ভু লাই চন্দনা লম্মখা ন। পেপু না লৈথোকলগনু (ময়ামমক ...াক্টাৰ

লাইট মুৎপা।

১বা শরুক ৭শুবা উৎপা।

## অচিকপা শরোক মনুং।

### মুংথিল মুখিদাংবাই।

**ইবোচৌবা**—বুদ্ধ হায়বা অসিবু ইনেখোইগা করি থোকনবিবগে?

**বিধু**— করিবু থোকনরুগবনো ইবুঙো—করি হায়বগে?

**ইবো**— ইনেখোইগী ইমুং অসি মানা ইশিন শিন গুমহেক তৌরদুনা ইথংহেক থংলদুনা অশিল মরাং এইনা তৌরদুনা কুম্মৈ মফমমক্রুদা লাকপে মানা মপুংহেক শাবদুনা—

**বিধু**— করিগী শুপলুগবনো ইয়াসিদি। মমাই পান্দবদগী ইথাইবা কয়া থাদবগী গৌরিবান প্রধান্না পাংখৈনা ফনা য়ামনা মহায়রে অদুবু চংহনবিদ্রমালে হায়বসি ইথং থংদে।

**ইবো**— ঐগদি ওন্থোকনা রাশি তিন্নখিদ্রে - নোংমদি শোইদনা থুংলনা মতারে—অদ কাহুইদি ওন্থোকনা শাংনবনি ইনেগী মংগ য়েংগী থুং থেক্রুনা থালবনি।

**কানহাই**—মাসি থাইনগী তুক্লা য়াননা হায়বদু অমুক্তং তৌব তাই।

**বিধু**— হোয় থংমন্দ্রদি থংনবা তৌবতারেদনা অদুগা ঐখোইগী থবকনা করি করি হায়নরবা করমনা তৌসি হায়রিবা—

**ইবো**— সুবদার সাহেবনা হায়বনা মুমিং মতানিমক জগোই উৎলু হায়রি মমল মকাপ লোইনরসি হায়হৌই। ঐনা কোম্না অমুক লাকলগে হায়জরমলে।

বিধু— ফরে ইবুঙো—ওঝাথোই—অহুগা য়াওগদবা মীপুম্নমক কৌরগা খন্নখিবা হায়বত্তুনি। মথোই মখোইগী রাস্থু ভা-থোকপনা নাকোং রাইচিনবা থরা মফগনি।
[বিধু—কচ্ছ'ই —ইবোচৌবা থোকখি-বৃদ্ধ গৌরহরী, মনিহার মরি মরি চংলকই]

গৌরহরি— কনা কনানো হৌজিক্কী কাংবু অহুবু।

বৃদ্ধ— মথোই অসিনিন্নঃ ঐগা মুকখাইনরি হায়বত্থু গুণ্ডানিকা হায়রতুনা শক্তা থরা অমগা লৈরিয়ে—ঐখোইদা গুণ্ডাব-কাদি য়াপোং নত্তে ঐখোইদা—মথোই অনিস্থু হনখ্রো ঐস্থু চংলগে। মনিহার নস্থু য়ুম য়োনবা হনজিনখ্রোকো। ঐখোই-লোইনখিত্তনা হজিলক্কে হায়গনি। গৌরহরী নং শোইদনমক ময়ুম য়োনা থরা খিঙ্গিলমউক্কো মহু ঙ'ওচৎ কৈচৎনরবনি। ঐ চৎলগেকো। (থোকখি)

গৌরহরী— ক'র তৌরিবগে নংবু ঙ'ওরেকা হ'য়তুনা মানা তৌরম-লিবা অসিবু চুমলবরনে?

মনিহার—হোয় ঙ'ওরেদনা শক ফজবীশিনা ঐবু পুমঙাও ঙাওহুন-বিরে।

গৌরহরি— কনা কনানোনে?

মনিহার— অমনা অচৌবা কীলা অমগী মপুনা পোকচবী—অরোনবা থোংদা নত্রবদি চংবা ওমদবা চেকশিন্না ঙাকলবা কীত্রাগী মমুংদা চংবগুম্বা—মুঙাই য়াইফবা, মীনা চংবা হংগোইবা কোন্দা

শাংচবিনি। অমনা তাকপী শংবীনবা লৈত্তবা ইংখোল লমহাংদা শাংপা লৈগুম্বনি। অমগী রাখলনা কুইনা লোইনরকসবনি অমনা লমজাও লমহাংদা হেলোক থেংনবগুম্বনি। অমগী রাখল্না ইরিক্তনা লৈবা ঈশিং ইরেনগুম্বনি। অমনা ঈশিং ইচাওদা পুক্তমদবা ইনোং কারকপগুম্বনি। ঋতু পুম্নমক্তা লৈমন চনবা লৈতনা পকচনা শাংলিবী—মখোং কারকপী ফজবা খিবিকনা তিল্লিবী শকহেনবী অনি অসিগী রাখন্দা ইশাবু নিংশিংজবা ত্তমদরে। মখোইগী রাখনবু থম্মোইন্দু দা পুনা পুনা শংহল লমনগী নিংবা থুংনবা—মরূপ মপাংগী পেন্ননবা ইশাগী চাওখৎনবা লম্বাঁদা চৎননবা ঐগী পাঙ্গল লৈজদরে। শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবী ব্রজগোপীকাশিংগী সমুদ্রগুম পাকচাওরবা মুংশি রাখনবু থম্মোইন্দু দা পুরম্ব তৌগদবা মখোৌ পুম্বা পাংথোকপা ত্তম্বগী থোনা ঐঙোন্দ, থাওজদ্রে।

**গৌ—** অদু ওইরগা অংগী নরোল অমা শেংউ ঐ নংখোইগী পাবুংদা হৌদোকে।

**মনি—** লাইরিক লাইশু তম্বস্ব লোইক্রিঙৈ—নিংা ংইবগী খোঁদাং অমত্তস্ব পাংথোকক্রিবা– অত্তাং ওইরিবা ঐনা করম্না লুহোংবগী রা অহল লমন্দা হৌদোকনি? মসি পাবুংনস্ব য়াগনি হায়বা থাজদে।

**গৌর—** অদুদি ঐদ তাওরিবনিদো হায়দুনা পুন্সি মংহনবদি ফব্রা?

**মনি—** মাখোইনা ময়ূম মকৈ পান্নখিদুনা অমুক হন্না রারি রত্তাই শারুবা য়াব্রবা মত্তম অদুদা কোকখিগদ্রা নব্রগা লাইমন

ওইনা লৈহৌদ্রনা অহোইননা অঙাওবগুমনা' চৎলখিগদ্রা রাখলগী পন নমথায়দ্রনা মুংশি ঈচাওনা থুমহৎপ্রবা থমোইদে ঈমুংবুং ওইদ্রনা মাংপ্রগদ্রা নম্রগা থোইনা লৈহাও চেল্লবা তাইবং পূকনিং ইংনফম অশংবা লৌবুক—বনকুঞ্জবন অমুক ওইরক্কদ্রা ?

গৌরহরী—চেল্লগা হাঁবা নভুর্বাননা লাইবকনা তমপ্রবা লম্বীদা চৎতুনা মতম মতমগী অরা মুঙাইবা মাইয়োকনবা হায়বদুনি।

মৈ মুংখিবা।

.বা শরুক ৮শুবা উৎপা

## রাধেগী য়ুম

শুমাং মাক্লোল।

( মুমিৎ তারকপা মতমনি মুংশিংনা লিরি শিংলি )
রাধে লৈ নাচোম অমা পাঙ্গৈরি হায়ফেং হায়ফেং মনম নমলি

### ঈশৈ

(ভসি' মুজাগী পুন্সি বসন্ত অমুকসিদা।
শিংলরো নামিবা কাইদ কাইদ হুমলিবা।
খোইথুমনা ইংলবা মশুগী থুংশেমদা।
তিলহল্লো মুজাগী থমোইগী ঈথকাসে॥
বসন্ত লৈরাংগুম ফুগাইনা শাৎচগে।
কংচগে মাওোন্দা মুজাগী থমোই লৈরাসে।
লেঙ্গগে পুন্সি শান্তিগী লৈকোন্দা।
পোকপগী মতৈ যাঙ্গগে পুন্সি তেল্লবীগী॥

বৃদ্ধ— (বৃদ্ধ মনিহার চংলকই ) করি ঈশৈনো ইচন্না শকপীরমলিবা অসিবু ?

রাধে— ও—চংবিরকউ।

বৃদ্ধ— তাবিনবা য়াওদ্রবদি ঈশৈসি য়ামনা মুংশি মুংশিনা শকইদনা—

মনিহার— মীগী ঈশৈ লোন্না তাবা অসিবু পাপ পুরোইদ্র।

বৃদ্ধ— রাধে হৌজিক্তী ইশৈ অহুবু মীগীরনে ?

রাধে— মৎচ.দদা

মনি— অহুদি ঐখোইগী ওইব ভারেদনা—

রাধে— ওইবিনি হায়রবদি ওইবিবা ভারেদনা

বৃদ্ধ— ঐস্তু হৈশেসি অমত্তদি শকেদনা ?

রাধে - শকপীয়ু করি তৌবগে ?

বৃদ্ধ— মনিহা'র নস্তু য়'রেদনা ?

মনি— যুম্নুনবু য়ারবাদ ঐগী করি বেরা লৈগদগে ?

বৃদ্ধ— ফরে অহু'দি ঐ শকলগে ( মনিহারগী মখুং পাইত্তুনা রাধেগী মনাক্তা চিংশিল্লি । ভম যেংওই ওন্নরে ( অমুক ওস্তোকনৈ থাবির চ হৈবগী মওদা )

## ঈশৈ

সব'লহী লহু'দ হুহেত্তুহা খেজন

বৃদ্ধ— ( মানমক হন্দোকাথ নেংকহ ) হায় মাসদ বসন্তগী ইশৈ নিনে ( য়.মন. ভ ব ভ'না ) অং.বংস্ত এওই নি র বে নস্তু কয়া থোঁওইদবগুম তে'ংনে নখে'ইগী ইনেনগা কয়া চংহন-নি নবসিনে ঐস্তু পাংভে'ই ভোইনা ল'কনিংদ্রে । মাস্তু পরিক্ষা নংশিল্লকপনে লৌথুপ কৌকোই য়াওদনা পুকনিংগী ফৈ'থ অমত্তদি লেংউদনা ।

রাধে— ঐনা করি হ'য়রগ. পেনগদৌরিশনো ? হুংনু মুংশিবিরবস্তু মুংবু মুংশি.বত্রবস্তু ঐদি য়.মনা মুশিজেয়ে । ঐখোইদি মুপীন পুংলোনগী মতুংইন্না জগোই শাজবনি ।

বৃদ্ধ— নংগী হৌজিকী জগোই ইশৈগী চথ্‌রবা কায়দা অসি মাদি কযা তৌহনবিংদে হাযরি।

রাধে— তদ ঐখোইদি লাইবক পংফ-ফনা পোকপা নত্তবনিনা ঐনা নিংবা পামজবা ভাক্তা তৌবা ঙমজদে। য়োকপী থাকপীনবা কনাস্থু লৈজদে। নোংমা কোক হোংদোকপা ঙমদবা ফীবম ফত্তবা শল্লগা মরান শিবিবা অসি পুকনিং য়ামনা মুংশিবা য়ান।

মনিহার—ফরি পুমনমক অসি থমখি স। ঐগী পাবিক্কা লোইত্রিবা ফাওবা লাকলরোই মরক ঙসিদা খুদোংশিবা থোকলগা বৃদ্ধদা তাকউ। ঐস্থু পংথেক ফংবগা লাকনি। হৌজিক ঐ চৎলগে বৃদ্ধ নং ভাহাক ফমহৌখো।

বৃদ্ধ— ঐস্থু থেনদোককেনা করিনো—রাধে ঐ চৎলে অমূক লাক্লে।

রাধে— ফনি তাদ হনবিরো। ( মনিহার বৃদ্ধ চৎখি—রাধেনা মপোৎ মচৈ লোইশিল্লি ইশৈ নেমনা ঙংই )

বিধু— ( ভাহাক লৈরগা চংলকই ) ইমা বৃদ্ধখোইহত্রু সিদা লাকলগ্রা?

রাধে— চংলকলমই ইমা

বিধু— করি হায়রম্বগে?

রাধে— করি থোইদোকপা হায়রমদে চুমনা লাকলম্বনি।

বিধু— ইবোচৌবদু থবক অমা চৎমিন্নরুবনি· অতুদা ভাতাক পন্থহৌরে থুনা লাকলবদি মুঙাইনিদা –

রাধে— করি অরুবা লৈবগেনে ইমা ভাহাক্তংস্থু চিকনা মপানসি।

বিধু— করিস্থু লৈতে চুমনা লাকহনবিংই হায়রবতনি। ইনাক হায়রা

থুনগদবা মখৈ খুল্লি। মশক মতৌ হায়রা মুপা ওইকী অসিমণ্ডাই মহৈ হায়রা। তৌরু-তৌরুবদা মতিক থোকপা মহৈ। লৈময়বদা বুদ্ধি লৌশিং থোকই। ঐদি কনবু খোইদাজে। হৌজিক হৌজিকমক্তি হাইকরিবনি। ঐগুম্বনা হায়ববু অমতা হেক তিকতোকপা লৈতে—অচোপ অরেম হায়বা থিদে। থরলুনা তৌবিয়ু মপুকনিং য়ামনা য়ারোরে।

( ইবোচৌবা কাহ্নাই চংলকই )।

য়াধে— এঃ পুন্সিবা তারেদা—

কাহ্নাই—করিগী ওইরবনো মতুংদদি নিংথৌদসু মপা চৈ হায়বা য়া লৈ তাহৌদবনিনা করিসু দোষ লৈতে।

বিধু— হৌজিক্তা ইবুঙোখোইবু য়োরকমগ্রে হায়দুনা শোন্নরমই অতুগী য়ানি।

ইবোচৌবা—চৈবদি নত্তেকো ইনে ইকাইজরেদা সত্য।

বিধু— করি য়ানোনে ইবুঙো হায়হৈদবা য়াবু।

কান— ইবুঙো ইয়াম্বদি ও সদি সিনেমা ওন্থোকনা য়েংনিংগ্রে য়ারবদি য়েউসনা ইবোচৌবা বাবু

ইবে — করি ফিল্ম ওঃরবগা য়েংবিনিংলিববু -

কান— পি, সি, ব রুবাগী শাপ মুক্ত" য়েংসনে অফাওব, অনৌবা কাকদাগী ফিল্মনি

ইবোচৌবা ইনে য়েংউসি হায়বরা ? – য়াধে য় উসদনা -

য়াধে - য়েংউসিনা ইমা - য়ামনা নুংশি হাপনৈ। "বাঙ্গার বধু বুকে ভার মধু, নয়োনে নীরব ভাষা" হায়দুনা তৌবা ইশৈ অতুসু শাপ মুক্তগী ইশৈনি।

বিধু— হোয় হোয় নংহুম লোইকরো—ঐদি কি ফাওবা হোংদোক্লি। তু হায়রিবৈগমক্তদা খুরৌচেনবা লাকএ—(বুদ্ধ চংলকই) ঐবুঙো বুদ্ধ ওইরবরা—ক'র থবক লৈবগে?

বুদ্ধ— (মোরা অমা লৌহুনা ফমই) হৈনে—থবক্তীদি লৈত্তে—

বিধু— ইবুঙো নংসে ওস্তোকনা তোইনম লাকপ্রেদকো হৌজিক্তা মঙাইরি—কান্নবা অমা লৈরবদি ২ফে—অহুস্থ নত্তা—নয়মদা থবক অমত্তা লৈজদ্রবরা?

বুদ্ধ— থবক হায়বদু মণিপুর পুম্নক থুংনবা চংতুনা শিংশিংনা খংদোকপব অসিনি—অসিদগী হেন্না কারি থবক তৌগনি। খংনিংবা হংবিয়ু।

বিধু— ঐখোইগী মুম অসিমক লৈয়মদ্রবদি ইয়াগী মতংসে লেনবা ওস্তোকনা রাপ্রগনিদা করিগুম্বা থবক অমতং পাঙ্গবা ঙমপ্রবদি নারান চাওনা ইয়াগীদমক খুরুমবিগে হায়বা।

কাহ্নাই—মীখোইনা ইকাইবা মথংত্রবদি হীদাক লৈবা রা নত্তে।

বুদ্ধ— কনাদা ওইরবনো?

কাহ্নাই—অদোমবুনিনে ইবুঙো—

বুদ্ধ— মী উশিন্দ্রিবা হায়বহুরা?

কাহ্নাই—ইবুঙো উশিত্তেনে—করি তৌগে হায়বগে?

বুদ্ধ— (ফুক হৌগত্তুনা) নরিন লৈরগা হেক্তা থোরকও। (কানহায়স্থ হৌগংনি)

কান— হায়—নখোইগুম্বা অঙাং পেতরানা ইউ উশিন্ত্রহুনা নচিন থীবা য়াপোংনত্তে ঐখোইগী পান্থোম অদিদি য়োংত্তককুম্বনি য়েংউ—মেংখাইয়ুরা?

বৃন্দ— থীনা নোইবা নখোইনা ফুটানি ত্তোবা য়াপোৎ নত্তে—
( ইবোচৌবনা কানহাই খামই রাধেনা বৃন্দ খামই )

ইবো— ফরেদা তাদকানহাই—ফজদ্রে—থৎনচৈনদবনা ফৈদ্রা—

রাধে— তাদ ঐখোইগী ইমাই খজিক্কুংদি য়েংবিয়ু— শাওবিগনু—
মুপা নাহা পান্দবা অত্তাকনহনবিগনু।

বৃন্দ— (ফন্মী) ইনেম্থু ফজদেনে—চংহননিংত্রগা শেংনা হেকমক মহায়মু
মীকা অমুক নেক্কুনা হোৎনত্রবমু— অদুম তৌরগা কিনিকাদি
খল্লুনু।

রাধে— করিগী চংহননিংদদগে মণিপুরপুহদি লাকপা য়ারগা—কৈয়োই
সৈকাইগী ইবুং ইপাদি করিগী চংলকপা য়াদদগে।

বৃন্দ— নচা মুপী ফজবাসি শেমদোকথিনিকা হায়দুনা কীবরাও।
অদুক তোম্বকাদি খল্লুনু।

বিধু— হোয়নে হোয়নে ইবুঙো খিত্তা লাকপীরনে—ওমজদ্রে।

বৃন্দ— হো অদুম হায়না শেংনা হেক্কা হায়য় ইনেখোইদা লাক্কপা
ঐবু শিগত্রা।

রাধে— তাদা খিত্তা ত্তোকলসি কৈয়োই লৈকাই মমাংদা ঐদি ওম্ভোক্কা
ইকাইজত্রে।

বৃন্দ— ফরে ফরে ঐ তুম্মিন লৈরগে ( বৃন্দ ফুক হৌগদুনা চৎখি )

কানহাই—ঐদি ওম্ভোক্কা য়েংনিংখিদ্রে হেক উবদা ফুনিংই।

ইবো— থৎনবগী রাসি অমুক পুমত্তোক ত্তোকলসি ওশাইগী অদুদা
হুঞ্জিল্লশি। রাধে চৎসি হায়রবদি থেংখিবা তারে।

বিধু— চৎশি হায়নত্রবনিনা চৎপা তারেদনা ইবেমা নকি হোং-
দোকলুরো —

রাধে— ওসিদি ত্তোকলসি -

বিধু— করিনোদা ইবেমা ইমামা শিনবস্থ থরা মইনসিদা— ( রাধে ইমূংদা মফিমরোল হোংবা চংথি ) ঐদি ঙসি য়াওররোই ইবুঙো য়াবনস্থ লোইরে—ঙাকা লৈরকই ঐ চাক থোংলমলগে অসিদা চাক চারসি—হংগোইগদ্রা ?

কানহাই—অপাৎপদা হয়িং থাজিল্লেদনা—হংগোইবগী রাদি খনবিরস্থ পীজবিদবগী রাঙনি ।

রাধে— ( মফিমরোল হোংবা লোইহুনা থোরকই ) ইমা শো য়াও-রবরা ?

বিধু— ইমাদি য়ুম শংলমলগে নংগী ভমে'খোইগা অতুম য়েংমিন্নরো —চাকা লোইহুনা থনমলগে

রাধে— ও—চৎলরোই হায়বা—( মরি ম'রি থোকথি )

বিধু— রাধে অসি ইবোচৌবদা পীবা মতারমাল্লে । ভুংগী লপীস্থ য়েংদবা য়াদে । জগোই ইশৈ হায়বসিদি—শক ফজরিঙৈ অঙাং ওইরিঙৈগী রা নি । ইশাম্থ ইরোমদোম—তু গী তাংজ-ফম য়েংহোদবা য়াদে ।

বৃন্দ— ( চংলকই ) ইনে নংনা ঐবু য়ামনা চংহনিংদমাল্লে—ঐ লাকলরোই । ঐদি নখোইবু য়ামনা সুংশিহুনা মীনা থৌওই উশিত্তবা লাকচবিবা য়াওগদ্র। হায়হুনা হোরৎ হোরৎলাক-পনি সিদগীদি ঐ লাকলরোই । ঙশিদগীদি খু গোইনগে হায়বরা ন'না ভৌনিংবতা ভৌ ঐ ক'রি অমতা শাওগ্ররোই । ইবোচৌবখোইহু চাহুনা থক্কুনা ইরৈ লৈরে—রাধে অমি

মঙোন্দা শিন্নরে হায়রুনা ভাই। ঐদি য়ামনা মুঙাইরম্না অঙৈবরা হংগে হায়রুনা লাকপনি। মশক মতৌনা ফজবনে ইনাক কৈরাকনা থুনবনে—য়ামনা মতা চাই হায়রুনা হরাওবি'রবনি ঐ কোক হেক কাওজিল্লকপা অত্তা ইনেনা শিল্লম্বা পূম্বা—কায়বা ত'রে খল্লুন্না শাওবনা লুতোন কাম্রুমাপ্রে য়ামনা ফরে ঙসিদগীদি নাথৈ শেংজরেদনা—

বিধু— নৈক ই কন'নো মীরাপা ঙ' নহুনা প ল্লিবা অহুবু ঐখোই মতুশে'নমানশোনব'দ পানবা ঙমমো'ইদৌরিন।।

বুদ্ধ—থুপকম্দা হনে কবিম্ন কল্লক্কবনিদা—মশ মশানম্ন য়ানজবা—ইনেনম্ন খোইদাজবা ময়' অমা ফংজরে হায়রুনা হর'ও-বি'রবনিদা—থুগাইক'গ মা'নবা শিল্লুপে হাযহুনা' লাকপা নক্তেদা মুং'শিদা ঙসিদগীদি র'ধেগী ইথৈ জগোইগী মখোল ভাখিদব ত রেদো—হচগী মুমিৎ শুপ্রেদনঃ—

বিধু— কবিনো হথৈ তে'বধু ফক্তে হ য়'বিবা র.র.? ফবু ফরবম্ন ফৎপু ফৎত্রবম্ন—জাব হি'নবা অমুম তৌবতারি ইথৈ তৌই হায়রুনা তাম্নবিদবনা তাম্ন'বিদ্রেদনা। ঐখোইদি যামনা মুংশিনা পামজনা লাই নিংজবা ওইনা তৌজ'রবনি। ইচানা শক শোনবা ভারগা পেঙ্গরিবনি। লাঈরবনিনা বৃন্দাবন্দা চৎপা লাইফম মযাম য়োঁজরুবমক ঙমত্রম্ন মাগী নাম শোন্দুনা ভাজতুনা শিজগে হায়রুনা নৈরিবনি। লাইবক থীহুনা ফংলোইত্রা হায়না রারিবনি।

বুদ্ধ— মুপীনা জগোই শাহুনা ইথৈ নোংমাই তৌহুমা কোইনা

চত্তুনা শেন তানবদি লৈবাকনা ফজদনা ঙাংনৈদনা—
অহুং স্থ মংক্তা নয়া ইবুঙোগীস্থ মমাই চোঙ্গীদনা—

বিধু— কনাগী মমাইনো চোপকদৌরিববে—ঐখোইদি ইনাক কৈরাক খুনবা—অচৌ অশাং মচা মশুকা পামজ লাকচদে ইশুং ইমান্নবা—য়ুম কোইহুনা লৈবিয়ু হায়বা য়াগদবা ঐখোইবু লুনা ভৌবিগদবা মীতা ওপামজ্জে।

বৃদ্ধ— হায়দুদা ইনে—ইনেনা য়াহুনা চেলহনগ্রিবা নত্রনে ?

বিধু— হায়মা—করিনোনে হায়রিবা অসিবু—ইচা সিনেমা য়েংনি থোকখিবদা মঙাইার—চেনগ্রে হায়হুনা অমুক পাওথোক-পীরবরা ?

বৃদ্ধ— কনানা থগ'ন হায়নরকইদনসে—

বিধু— ঐনা হায়ববু ইন্দহুনা—মশা মশানা মুঙাইগদবা য়েংজগ্র-বদি য়েংজগ্রেদনা—ঐস্থ ঐগী হিংবা ঙমনব নোমহৌবা—মপোক অসিমা থোং ককনরগা লোইরে—কৈদৌনি।

বৃদ্ধ— শাওমুকো ইনে ঐ চৎলগে—রাকুম্ব ঐ লাকলরোই—হয়েং কুইরগা অস্তুম মখংলক্কনি। কিহুনা তৌবদি নত্তে—ইনেগী নিংবা থুংজনবা হায়হুনা তৌর্বন। ( বৃদ্ধ থোকখি )

বিধু— হল্লো হল্লো ইবুঙো—ইয়ানা থবক অমতাকা কংজহুনা ঐখোইদা লাকপবু শংখিদ্রবদি লাইদা শিঙ্কা অমা চাওনা কৎকে। করিনো মানা তৌজবা শারিবা অসিবু—মমাইদি হেক পান্ত্র-হুনা হনচক ঙাচক হেক শারহুনা—মথৌ অমা পানগেদি হায়ত্রে—লৈরক কোনশাং হেক চৎলহুনা কোইনা লৈবাকী

পাও হেক পুন্থনা চংলে। মমানা মচা য়ারকনি হায়বদি খংজ্রে প্রশাদ পুখম পুখম পুশিন্দুনা লাংলে। অসিগুম্বা মীয়েম মীতোকচাক ময়াম অসিনা—লৈবাক অসি চেম্থরিবনি। অসিগুম্বা জাং অসিনিনে চেকপন মমুংদা শন্ত্রি তৌথুনা থমলিবসি।

( মৈ মুংথংপা )

১বা শরুক ৯শুবা উৎপা

ইবেয়াইমাগী য়ুম ।

জাতিকুপ্পী অচৌবা অমগী মথোং

থাবল ফবা অহিংগী অঙনবা মতম

ইবেয়াইমা — নোংখোং ফুইনা হৌরকপা নোংবু উরগা খোংগংলবী নোংগৌবা কৌবা চেকলানা মখো পোংনা খোংবগুম অনৌবা আশানা নিঙোনগী পুকনিংবু অমুক মাল হৌনহল্লি । নিংজবা আশা অসি থুংহনবা পুকনিং ইংনা পুন্সিংসি লেপ্পবা ফংগদ্রা ? নত্রগা নিংদোনতা পোমহনা নিংবা কাঙবা ইরৈনা চেক্তখিহনবা মতমগী ইচেন্দা কওশিং ওইহনা মাংলগদ্রা ? লাইবক্তা করি হায়না তমলমগবা ? মনা মনিন নাইদবা, পুকনিং ইশৌ লাংদবা, শান্তিগী মশক ওইবা, পুকনিংগী তুংনফম ওইবা মফম অদুদা পুন্সি অসি লেপ্পনবা ফংজবা নত্তানা নিঙোনগী থোইদোকপা অপাম্বা লৈজদে । ( ইংবযাইমা নেমলপনা ইশৈ শকই )

ঈশৈ

নুংশিবা অহিংদা লৈকোল থুদিংদা,
শাংলি লৈরাংনা লৈকা ফন্না ।।
নামিবা মলয়া নুংশিংনা হুম্বদা,
থোইনহুম হয়াওজরে লৈরাং ।।

( ইবেয়াইমনা ইশৈ শকলিউৈদা মনিহার পেপ্তুন তাৱে ইশৈ শকলকই )

পূর্ণিমা অহি নি সরৎ থাবননি
ইংলবা মলয়া মুংশিংনসু হুমলি ॥
ইংলবা মলয়া মুংশিংনা য়েবদা
থোইনহুম হেল্লে থমোইগী মৈচাক ॥
প্রেমগী ঙপাক্কা লমাঙংবিহুনা
মুংশি মাইথোংদো থমোইদা যেকলে । (বাবুসিংহ)

( ইবেয়াইমা মনিহারগা ইশৈ অম্মুক শকমৈন্নে )

ইবেয়াইম—কবি থবক্তী ওইবিরবনো ?

মনি— থবক্তি থোইদোকপা লৈহুদে

বোকুল—( চংলবই ) ইবুঙো হৌজিক লেংলকইবরা থোল মাল্লি নিংইনে—ইবেমনদি ল'ক্তে হায়হুনা হেক শোল্লিনা—করিগীনো অম্মুক কুইনা কুইনা লাক'ত্রবদি ।

ইবেয়াইম—থংদ্রেদা তাদা মী মথেং পানবনিনা এথোইনা পান্নরুবদি ওমদা—মোরা অমত থাক্সিসে থবক লৈত্রবসু ঙাহাক ফম্বদি য়াইদনা

বোকুল—লাক্তুবস্ত লাক্তে হায়হুন পংশোল মশোল্লি । লাকলবসু হেক য়োৎকপগা থংনবা মহৌই

ইবে— তাদ এনা হায়রিবা অসিবু কয়ামুক লাল্লবগে ? মুংশিহুনা লাকপনি থবক লৈহুনা লাকপনি হায়বদি থংহৈনা ।

বোকুল—হোয় মুংশিজহনা ল'কইবনি। শোমদা লেংশিনসিসে।
(বোকুল চংখি কা অমা থোং হাংদোকলগই)

ইবেয়াইমা—শাওরিবা হ'যবহ ওইরম'সে রাকা অমতা ভাংদেনে—বর শারিবা হাহবহুরা করিনো—মোনশাওবা ওইনা তৌরহবা লৈমিন্নবা রাগ্রবা মীতা ওইনা তৌগদৌরিয়ে। ভসিস্থ চাক্কা চাখিদবা য়াদে ঐ সেবা অমুক্কা তৌজগে। কয়ামুক য়ামনা সুবা থবক লৈহৌবগে?

মনি— (নোকই) তাইবংপ'নবগী থবক পুম্নমকপুদি ন না ভমলহনা থোকলবা অমা ল'ক'ন হ'হহনা লাকলবনি।

ইবে— ঐনা করি তৌগ্রবগে ফত্তবা পুমনমক ঐভোন্দা থোংবিবা তারিবসিবু?

মনি— নহাক্কী নরান অমতা নত্তে। করি অমতা তৌদনা অহুমক ভমলবনি অহগা ঐনা হংবস্থ থুম্বীবদি য়াইদা?

ইবে— এঃ করি হংগ্রবগে?

মনি— এম, ডি, ইউ.গী সাবিত্রী সত্যবান য়েংলুরবরা?

ইবে-- ঐনি অমুক্কা য়েংউ'দ্রে, লীলা য়েংবা লাকইবরা?

মনি— য়েংগদবা লৈরবদি ঐস্থ য়েংবা য়াওখিসিরা হায়বত্তনি।

ইবে— প'বু'দি চংথে'কখিবদগী হ'গ্গুলক'ত্র—নাহানদি চংনিংলবদি চংলুসি হায়বনি ঐনা কোম্না চংলগে হ'য়হনা লৈতৌরবনি।

মনি— মতা চাত্রবদি ফরে।

ইবে— ইমাদা হায়নরগা য়াপ'নিয়ে। ভ'দ ভাদ·(বো'কুল থোরকই)

বোকুল—করি হায়বগে ইবেমা

ইবে— ইমাদা লীল। য়েংব, চৎনিংহ – চৎলুব য়াবরা হায়ত্রনা অমুক্তা হ'বরকউ ।

বোকুল—ঐভোন্দদি ভশাইনা চৎনিংলবদি চৎলু হায়না অদুগীনি চাক: এস্তনা থোংহৰসি। ( বোকুল থোকখি )

ইবে— অত্তমকপু অমুক্বা হায়রুচো— য়ারবদি হবানিদা চৎলসি ইনানা চাক থোংহৌরসনু। ভ্রামা অসি য়েংবা হৌরুরবদি পংয়ে হেংনিংস হায়ত্রনা ঐনা ইচৎ চৎত্রব'ন। ক'রগুম্বা মতমদা অর'বা লীলা উরুবদা অতুম হেক র'ত্রনা লৈরত্রনা অন'বা ওই অত্তনমু অয়াম্বা য়েংদ্রবনি। সাবিত্রী সত্যবান হ'য়বা লাল অ'স থ'ইনগী ৱারিদা য়'ওব, লীলানি। থোংনমু লাইনগী ( ংবুগ' য়েংমিন্নব' ত'রেদনা।

মনি— সাবিত্র' সত্যব'নগী র'বি অসি মহ'ভারতকী বন পর্ব্বগী মমুংদা য়'ওবা র'রী'ন। পঞ্চাল নিংথৌগী মচানুপীগী থাংজমদ্রবা অর'বা উবদা রারবা যুধিষ্ঠিরগী মতৌ উবদা মার্কণ্ডেয় মুনিনা যুধিষ্ঠিবগী মফমদা লিবিখি।
মপুরোইবা নিংলবা সাত সাবিত্রীনা থাংখিবা অৱাবা ফং.থবা মু ভাহবা থুবম— মহাক্কা মমিং শোনবদা পাপ কোকনবগী মশক ওইবা, পুন্যগী মশক ওইরবা পুন্সি ৱারিমু মচা থায়ন লীবিখি।

বোকুল— ( চংকই ) ইবেমা চৎপা য়ানি হাইহোই—পাবুং লেং-লকলগা ইমাসিনা হায়নগে হায়। নংগদবা লৈরবদি ইবুঙো মনিহাইরমু চাক চ'মিন্নপ্রো—নংদবা তারগনা হোরেল

শোইদনা চারদবা য়'দে হ'য়। খোবু মতা চাত্র-সু সুম থোকপ্রো হাযক্নৌই

মনি— ঙসিদি ঐ চাজর:রাই মতুংদা অমুক চাজগে হ'য়তুনা ইখা· সিদা হায়রমসি। (বোকুল থোকখি)

ইবেয়াইমা — ৎপা ভাববনিনা ফীকা হাংদোকউরগে ঙহাক্তংদি লেংশিনবা ত'রেদো—

মনি — চৎমিন্নবা তারেদনা ঐগী য়ামনা লাইবক ফবা নুমিৎ ওই রেদনা ঙসিদি।

ইবেয়াইম — ঙ'সেতা নত্তে পুন্সি চুপ্পা লাইবক ফবা ওইবিয়ু। তাদ তাদ নহাকপু খরা রাৎলিবরা ? থোরকওদনা—

বোকুল— (থোরকই) ইবেমাসে ইমানা লুপা তগ্না পীরকই (নোট অমা পী।

ইবে— ফুরিৎখাওদা হাপ'চিলগেরা— ফরে ঐগী বেগতা হেক হাপলগে

(ইবেয়াইমা চৎখি - চন্দ্রহাস বাবু সুংজাওবা চংলকই)

চন্দ্রহাস—ইচ কনা কনা চংবগে : বোকুল! হায়মা নংদি কদাইদা চৎকদৌরিবনো ? সুখ্যাগী খুদোং অমতা হাল্লমখোদনা।

বোকুল — লাল্লা য়েবা চৎসিদা হায়তুনা ভৌজরমলিবা (চংখি)

চন্দ্রহাস — সুখ্যা খুদ'দা লেংশিল্লু। কনানো শিদি ইবুঙো মনিহাররনে ?

মনি— হোয় পাবুং।

চন্দ্র— ইচাদি ঐখাইগী শোমদা চৎথোক লাকথোক লকখিদ্রেদনা

মনিহার—ইচেবেমা লৈখত্রবা অতুদা সুঙাইতহুনা ইলাক লাকচত্রে।

পাবুংখোইগী সিদাস্থু চংলক্কবা কুইরবনিনা ইকোইকোইরে।

চন্দ্র— করিগী হংগোইরুগদগে ইচাসিদি নয়মগুম্বনিনা! ইপাদি মুপা পোকচদবনিনা মুডাইতেনে। করিগুম্বা হুকহাক অমদা মুপী হায়বসিদি কাম্লবক্তে। লাইরিকনা কদাই য়োঁরবগে?

মনিহার—মেট্রিক থাজগদৌরবনি।

চন্দ্র— ফবে ফরে চহি মরিনডা হায়বসিদি খংহৌরোইদবনি চহি পন্দনবা শিবমথৈ হোৎনগদবনি। কালাচান্দ বাবুদি মরাইবক ফৈনে। নিঙোনগী মপা ওইবসিদি য়ামনা পুকনিং মুংশিগ্রে। (বোকুল হিদাক পুহুনা থোরকই) মখ্য খুদোং কাল্ল। পুংবু তরেৎ তাগদৌরে চৎকদবা লৈরবদি চৎলোদনা টিকেট ফংদহুনা তোকচগনিহৈ। (ইবেয়াইমা থোরকই) আ-ই-ইবেয়াইমা নংসু থৌরাং লোইরমলবোরেকো—ফরে ফরে—চৎলুরে। চংলুরো—শেলকা য়াওরবরা?

ইবে— লৈরে ইমানা পীরে।

মনি— পাবুং ঐ হপ্তরগে।

চন্দ্র— ফরে ফরে হল্লো—লাইরিক্তি কল্লা হোৎনদবা য়াদেদো।

মনি— হোয় পাবুং। (বোকুল-ইবেয়াইমা-মনিহার থোকখি)

ম্লাজাওবা—ইবেমা অসি বাবুনা পেকখিনিদনা ওস্তোকনা চংখোনগ্রেনা—অক্ষক চাওরবা নচা ইবেমা লৈ হায়বসিদ ঐখোইদি খংদেদনা!

চন্দ্র— হোয় মখ্য—কবম করমনবু পানবিরিবগে?

ম্লা— মথোং চাবা নত্রেদা বাবু— চহিনা য়ামশিল্লকলে—লাইগ

লাঙ্গৈররে—ঐদি আদা—বৃন্দাবন্দা কুঞ্জবাশি ওইহ্নুনা লেম্নু-রগে হায়না খঞ্জরবনি অহুদক্তা অঙাংশিংনদি আশোমদা মাহাত্মা গান্ধীগী অন্দোলোন তৌরিবু হায়বনে, লান নক-শিল্লকলেবু হায়বনে কদাইনো কদাইনো খল্লিডৈদা শিবনবু হানবরা করিনো খংজ্রে বাবু ইবুঙো। অহু বাবুগী নঙা ইবেমদি থাজ য়েংগুবা হায়নশিংনবা লৈবিরবরা?

চন্দ্র— হায়বদি পংহ'য মহ'য়রৈ—অহুদা ঐসা অঙাং পংওইওইনা থাজয়োগুবা পামদহুনা অসুম মরৈ'র স্নখ্না।

স্না— অসুম তৌবনিমা বাবু— ঐখোইগী কৈশামপাৎ অশিদা থোকচোম মচা অমা লৈরিয়ে—লাইরিক্কাদি অহুক মফজবা ককোক মথংকা ওইজরহুনা বৃত্তিকা ফংক্কে জোনস্টোন স্কুলদা তমজবনি। মচানা আশে'মদা মমুংলোমদা লাইরিক লাইগু তস্ব। চৎপা তারবদি খরা অহুক উপায় তৌবিবা গুস্বা কনাগুস্বা ইবুঙো ইবেমশিংগী মচাসিং অমতং ফংলবদি হায়না য়ামনা আশা তৌজবা—করিগুস্বা বাবুগী আশাগা অহুক মপা চানগদবা লৈরবা—চানবিগে মুংশিবিগে হায়বগী রাখল অহুক লৈবিরব'দি মখোইগী অহন লমনকা থাজরকে। ঐগীদি য়ামনা নকনবা সমবন্ধি অমসু হেক থোকলে।

চন্দ্রহাস— ফনি স্নখ্না ফনি খন্নসি! ইবুঙো অহুদি করি ক্লাসতা তমইবা

স্নাজাওবা— নচাহ্ কুমশি মেত্রিক থাজগনি—মমিংদি ব্রজমনি কৌই।

চন্দ্র— ব্রজমনি হায়বা—

স্না— হোয়— বাবুনা অস্তমনা ফগনি হাযবত্তম খংবিরগা তৌজো হাযবা অদু অত্তম হোংনজগে—

চন্দ্রহাস— স্নখুনা খংবিরিবা অসি মঙাই ঐখোইস্ত খোইনা লিখংপগী না লৈজদে—ইপৌ পৌবা পোৎনি—নোমা অফবা মুংমৎ অমদা পংনরাগন য়েশি মাগী লাইংকি ভস্বগী হায়না অত্তুদ—চচা থাবু থাজরবস্তু থাবু থংজদ্রবস্থ— মশানবু শেস্বা খোকপা ওইরবদি অওস্বা খরা হেক মপাংবা য়াই। মৈতৈ মচা লাইরিক হৈবসি য়ামনা দরকার ওইরিবনিনা অভম অওস্বা পাংনরিবা অসি মঙাই।

স্না— অত্তুদি ঐবু অমুক কবস্বা মতমদা লাকচৌ হায়বগে?

চন্দ্র— লেংশকনিংবা মতমদা লেংলকসগা লোইরেনা—

স্না— অত্তুদ ঐ হন্নবা তৌজবগে—য়ামনা মুঙাইজরে।

চন্দ্র— খুদোং অমুক শলংগুবগে।

স্না— ওকচরে ওকচবে—পোখানবা তৌবিরো ঐ চুকধকা য়াওজরে। চৎচরে চৎচরে—( থোকখি )

**Interval**  মৈ মুৎলি  বিশ্রাম

.বা শরুক ১বা উৎপা

# কা অমা

## মনিহারগী লাইরিক ঔরাইফম

## মুংথিল পুং ৫ রোম তাবা মতম

মনিহার— ( য়ুমদা লৈবা ফিজোল্লি তনান তনান য়ামনা পুকনিং হয়াওনা লাইরিক ঔরাইবি। )

ঙাসদি—অমকপা লৈত্রবা—অনৌবা—মুঙাইরবা আশাগী মঙাল অমনা, হৈরাং লৈবাংনা লৈতেংলবী - বসন্ত ঋতুনা থৌগল্লবী—অমকপা অকবা লৈত্রবী - মালেম লৈমগুম—ঐগী থমোইনা মকা লামজ'র। নোংনা লাংকপ থিকপ্রবা অনৌবা উনা য়ানাদা অমেংবা মুমিৎ মঙাল্লা য়বদা--য়ামনা তপনা ইনা হুম্বা মুংশিংনা মনি মুক্তাগী লৈবাক ওলহন্দুনা তাইবংপানবদা অনৌবা জীবনগী রস পীনবিবগুম ঙসিদি চিংনবা—লাংতকনবা পুমনমক কাকচরহনা মপুংফাবা থাজবগী তু নফম ওইবা পুন্স অমবু লেনজনা ফংনবা,—অহনবা পোত্থাবা লৈতনা নোমনংগী ঈহৌ অমা ফাওরকলি। মহাক্না লোইননা চৎমিন্নবদা, লৈ মন্নবদা ইশাবু অয়েম্বা চীংলেম্বা মওংদা থমজনিংই মাগী সম্মান ঙাকচনিংই। মসি মাগী অকনবা থৌইনশিল্লি। মহাক্না পীবা পুক্নিংনি। নিংথীজবী মনিপুরগী মতিক মঙানবু তাইবংদা উৎচবা ঙম্বা মচা ওইজনিংই। লৈবাক অসিগী মঙ্গলগী দমক পুন্সি অসি কচ্চনিংই।

ব্রজমনি— ( চংলকই ) য়ামনা পুক্নিং মুংঙাইনা লৈবীরমখ্রেদা—

মনিহার— লেংশিল্লু করম করম তৌবিরিবগে ?

ব্রজ— মুঙাইজরি। টেষ্ট একজামিনেসন লোইখিবদগীদি অমুক্তা টঙ্ক থদ্রেনে—ঐদি নারম য়েকলমগদ্রা হায়রুনা চিংনজরুবনি। য়ামনা মুঙাইজরে য়ামনা হরাওনা লৈবিরমখ্রে।

মনি— হোয় তাইবং মীগী পুক্নিং হায়বত্থু ওইরে। অমুক নোংম-দোন লান্দুনা পাইখৎলুবা অমুক সমুদ্রগী শুরুং মনুং অমুক য়েৌখিবা।

ব্রজ— চংথোকত্রবনিনা ল'ইরিক্তি ফনা লোইনিরবিনি।

মনি— কদ'ইদগী'না হৌজিক্তা পাগদবগী তয়ারি তৌখৎচরি।

ব্রজ— ওাদ্রক অসিদা ঐদি ওন্থেকপা অমা তৌরে। পাম্বম্থ কয়া পামজদবনি; ইকাইবম্থ ইকাই—অত্থু অংল লমন্না কয়া হেক্তা তকশিল্লকখত্নুনা হকতোকপম্থ ভমদ্রে। করম তৌ-শিংগ হায়রুনা তানজগে হায়রুনা লাকচরিবনি।

মনি— হায় হায়রিব্রি লুহোংবগী রা ওইরবর ?

ব্রজ— হাথ মান—অত্থু করমনা থনবিবগে ?

মনি— ফীবম ফাবগী হায়বত্থু তারে। অহল লমন্না ফগদবা কোং-গাই থল্লগা হয়রিবনিনা ইনবদা তারেদনা। ঐমক্তী মত্তি অঙাং ওইনা লুহোংবা অসি কয়া পামজদে। ভারতকী মকম অতৈ অতৈদা নৌনা লুহোংবা অসি তোকনবা হোৎ-

নরকলি অদুবু মনিপুরদদি ইনৌ নৌনা চৎনখৎলকলি।
মসি এঙোন্দদা য়ামনা নুংাইজদবা ওইনা থোকই।

ব্রজ— লাইরিক লাইশু তম্বনা মতেং খরা পাংবিরক্রো হায়বগী আশাশিদা—ওন্থোকনা কন্না অহন লমন্না তকশিল্লকপ্রে।

মনি— হোয় মচুনমু খন্নদবা য়াদ্রবা রাকম অমনি করম্বা মতমদা হায়নরিবগে ?

ব্রজ— মেট্রিক পরিক্ষা হেক লোইবগ হায় অদুগী মথক্ত। য়েংবা চৎতবা য়াদেম্নু হায়রি। ঐদি ওন্থোকনা ইকাইনা থাকল্লে।

মনি-- হোয় মীনা তৌনবা থবক ওইবগী হায়রিবান। চৎমিন্নবা মতা চাজদ্রগা ঐমু য়াওজগে করি লমদান হায়বগে ?

ব্রজ— হাইস্কুলদা চন্দ্রহাস বাবুগী মচানুপীনি হায়।

মনি— ও—অদুদি—ঐখোইনা নাহান মিটিং তৌখিবা মফম অদুদ- নিদনা—

ব্রজ— হোয় মফম অদুমক্তদনি।

মনি— হোয় খংজরে—ফগদবা মওংদা চৎথাবয়

ব্রজ— ঐ য়ামনা নুঙাইজরে—লাইরিক অমুম পাবিহৌরগেরা— ঙাহাক হরা চাবা চৎথোকপিগদ্রা ?

মনি— চৎপদি চৎথোকচগদবনি অদুবু ঙহাক্তং মরূপ অমতং ঙাইজ- হৌদবা য়াদ্রে—করম তৌশিগে।

ব্রজ— অদুদি ঐ হপ্পরগে—লাইরিক অমুম পাবিহৌরে।

মনি— করে অদু মঙাইরে লেংও। ( ব্রজমনি থোকখি )

মনি— করে অহুঙাইরে ল'ও। ( ব্রজমনি থোকখি ) ইবেয়াইমা ব্রজমনিদা থাজবা তরবা - ব্রজমনিগী ভাগ্য আকাশদা থোকপা মপুংফাবা থাজ ওইনা ঙানবা তাপ্রবা ঐগী থমোই মুংদা য়েকল্লি'বি— মথো'ৎ কারকপী চীংলেমনা লেপলিবী নিংথিজবিসে মতমগী ঈচেন্না চামথোক্কুনা মুৎচখিগদ্রা— করিগুম্বা মুমিৎ থাদা মাহাকপু কাওথোকচবা ঙমলখিগদ্রা ? ( মনিহা'র ব্লাবা থাংই )

গৌরহরী—( চংলকই ) চৎলসিদনা ঙল্লিবরা ?

মনি— তোকঅ স চৎলমুশি।

গৌর করি তৌবে নংবু চন্নুনা চৎতবা ঙমলগদ্রা ?

মনি— ঙমদবা য়াত্রবনিনে মরূপ।

গৌর - অদুবু করি তৌরগে মবোন'দ অমুক্তা তাসিদনা।

মনি- মাহাক ব্রজমনিদ থাজব্রে। হৌজিক ম'গী মনাক্তা হারোই হারোই চৎনুরগা ঐখোইগী করি তোংজগনি। অচুম অরান অফক্তাগী য়াংমা ল নবা তারবস্নু মরূপ অমা হাৎপগী পাপ পুরে'ইদ্রা অদুগীসু মথক্তা পাবুংনা ঐবু ঙাকপীগনি হায়বা থাজদে

গৌর— নৈনা নিংবদ খনবু ওইরবস্নু অমবু ওইববস্নু মাহাক্তা পুক্লিং হোদোকনরগা লেপকদবনি—নত্রবদি মতম অমদা য়ামনা নিংঙমদবা লাক্কনি। নংগী থমোই অসি লাওনা হাংদোকউ হুরানপোৎকুম লোৎকনু মুংশিবা হায়বসি হুরানবা নত্তে।

থাদোকপা ভারবস্থ চিংনব অমকপা য়াওনদনা কাঈনগদবনি। ঈম্নুংবুংদা লৈতুন শুম্থখিবগুম করম্না তুম্মিন্না ভোকথোক্লদৌ-রিবনে? কিবগীদমক, ইকাইবগীদমক নত্তোমদা থমোই পোমজুনা জীবন মাংহন্নবা থৌরাংলিবনো অন্নানবা পুকচেল থাদোকউ নিপা ওইনা লেপ্প, ঐথোই অস্তুক য়াম্বা লৈরি কনা লৈজদ্রবগুম হীকথজুনা চিন্তা ভৌজুনা লৈগনু। তৌগদবা থবক্তা নিংজিং মাংজিংজুনা লৈবা চুমদে। মুংশিবা হায়বসি লৈব-য়োনবগী কৈথেন্দা থোকপা পোৎ নত্তে।

মনি— অজুমকপু ঙসি হয়েং অসিদি ঐস্থ থনখিগে নংস্থ অমুক্তা হন্তনা থনবিথো অজুগা ভৌগদবাপুম্বা লেপনসি। অস্তুম কোইথোকপা ওইনা বৃদ্ধ উন্নবিরম্ব হংগদ্রা য রবৰ্দ মাঙোন্দা চিঠি অমভংদি পীবিরমউ।

গৌ— কৈ পাইখিগে (চিঠি হাপচিল্লি) নথস্ত থাকচবা লাজ্জা নথস্তা থুজনবা হোৎনরমু। (থোকখি)

মনি— পাবুংনা ঐভোন্দা কয়াদা আশা তৌরি। ইপাগী থাজবা য়াবা মতিকচাবা মী ওইননবদি থক হেৎনবা ঙমদ্রে। মপাগী পেন্নবা হোৎনজুনা গুরুগী সেবা ভৌবনা ইহান হাব্নবা মচা ওইবগী ভৌকম থোকপা থবক নত্রনে। ওস্থোকপনি থল্লুবদা কয়াদা অন্নাবগী মশকনো? ঐগী থমোইনা নংবু মুংশিজবগী মতম কুইরবা রারি অসি নোংম নোংম য়ৈথোক-লিডৌং পুন্সি অসিদদি লীলা কংথিদবা তারে। মনিহার থমোইমুংদা রাখলগী ইথক ইপোম কয়া হৌরমলগা কনামু থংবিদনা কনাস্থ উবিদনা মত্তোমতা ঙমথৈনাইদবা মতমগী

অহাংবদা তিঞ্জখিবা তারেদকে। ( পোৎচৈ থৈদোক থৈজিন তৌদুনা লৈকম চাক্ষম থংদনা লৈ )

কালাচান্দ –( চংলকই ) মনিহার নং লাইরিক তম্বা তোকলনিদনা অরেম্বদ পরিক্ষাগী ফী পীরুইদা - নংগী ওঝানা ঐবু অঙাং রারক্কে হায়দুনা কয়াদা ভাংলকপ্রে। নংনা লাইরিক তমলগা ঐনা শেংরোক চৎপা য়াদ্রে। টেক্ষ্টতা সবজেক্ট অনি ফেল ওইরদুনা নং লৌখৎনবা হোৎনবদা রারুমুংজু থোক্লপ্রে হায়রকই যুমদদি পশ ওইরবনি হায়দুনা ফুটানি তৌরবা শারি লাইরিক্তা থরা ওরাইরবাদ কদাইনো হায়সিরা হাযববু –যুমদ লৈরে ইশৈ থরা শক গ্রামাফোন থরা থোং অতুদগী রাকি নি হায়দুনা চৎখিদনা নোংঙাল্লমদাই য়ৌদ্রিবা মখৈ হল্লক্কে নেংথাই ইতু অহিং তাইবং খাঙদনা রাকিং চংলু হায়দুনা তকলকলিবা অসিবু কনানো – মুপারা মুপীরা ? পবু পংলবদি কনবনকা কান্নবা রা নত্তে। শামু অকনবা অত্থু মী অশংবনা ফাত্তুনা শিজিন্নরিবা অসিনি। শামু কাটি অমনা তেংহননি বতা তৌহল্লিবা অসিনি। সঙ্গ করিবনি হায়দুনা –পু-পা শুবা রারক থোনাইবা অমতা হেক তিন্নদ্রে কদাট কদাইনগীনো খংদে নং লাইরিক তমখিনি তমলবেই হায়বা অমা ঐঙোন্দা খংহল্লু – অপংবা লাইরিক লাইশু হৈত্তবা মীগদি শমন নংদে—নংনা হৌজিক তমলিবা মতম অসিদদ তনবা য়াররোই।

মংন – ঐ নিংখিনা হোৎনজরগে।

কালা– কৈ –নং ঙাংকী মচানি—মুপামচাগী জবান ঙাকউ। নপা নপু চেন্থহনবা য়াদে।

লাইট মুৎপা।

২বা শরুক ১শুবা ঊৎপা

## ইবেয়াইমাগী য়ুম।

( মুমিদাংবাই মুমিৎ তাওবা মতম )

ইবেয়াইমা—( ইবেয়াইমা তৌকম খুদন কোইচং চৎতুন )
মপা মমানা মচানুপীবু থাজবাবা মতমদা মচাগী পুক্নিংগী অপাম পামদ অমত হংদোকদবা অসিবু চৎনবী হায়বত্তরা? পুন্সি চুপনা লৈনিন্নবা অরা মুঙাইবগী খোংবু ওইত্তুনা লৈমিন্নগদবা মীবু অফ মত্তা খঙবা যাওনবা খুদোংচাবা অমতা পীবিদবা অসিবু ধর্ম্মর? মুপীস্ত নীমি মুপীগীস্থ থমে ই পাল্লি। শা ষণ লৈব যানবা নত্তে। মপু মনাইগী রাক্ষম নত্তে। পুক্নিং অনি তিন্নবা অপাম্বা চিন্হাও মন্নবা অমনা অমগীদমক কংথোকপগী, অরাবা খাংবগী, অকিবা, পামুবা লৈতবা—মশা মশাগী অমদি সমজগী অফবা ওইনবগীদমক খনবিগদবনি পরাইয়ে অদুবু হক্চাংবু লুহোংবিরগা লুহোংবা অত্তগী তোংজবা পনথুবু কদাইদনো? লুহোংবা অত্তনা অববগী মশক ওইব পুন্সি অমগী অহোবা মুমিৎ ওইহনবিরগা। লাইনা ওন্নি মরাইবকোনি হায়ত্তুনা য়েলহৌং থাবিরগুম থাদোকপীবা চুম্বরা? ( বাকুল চংলকই ) তদ নহাক চৎপদি চৎপীরুবরা?

বোকুল—ওসিদি সন্ধ্যারাইদা লাক্কে হায়ত্তুনা লৈরমলিবনি শোয়দনা

লাকনি হ.য়হৌই। পরিক্কাগী কোলদি ইবেমনা হেন্না থংকম থোকই হায়রকই।

ইবে— ত'দ ঐ চসি শোইদনা মাহাক্কা লোইননা চৎপ্রগে— বা অসি হায়দোকলবদি ঐবু হাংপা পাপ পু।

বোকুল— মহুবু—ইবেমা—ইবুঙো মনিহায়না—য়াগনি হ'য়বসে ঐদি থ'জদেদা - মাহাকনা ঐঙোন্দা রা'রি তে'রকপনি— মমা মপানা করিগুম্বা মতমদস্থ মচা'গী মাংনবা শিনবা হৌনদে। ব্রহ্মমনি হাযবসি ১পোক ময়ি য়া'মনা ফবা মীনি হায়। শোইদনা মতম অমদা মশক নাইবা মুপা অমা ওইরক্কনি। মা'হা'ক্ক লোইনন ইবেমগী পুসি শোহদনা মহৈ য়ানগনি হ যং'হ

ইবে— লাইবক ফব মুপা ময়গ' লোইনন ফুবা দলন্দা হৌংউবা য ই ড'মক্ষপু অরাংপা পেন্দ' ঙমদি অস্তমক মাপোক ঙ সমগী লহৌবগদ'ন। যুম্বান কৈবান মুঙ'ই য়া'ইফবনা পুক'ন.না খো'ইদা'জবা, লৈতানা মুঙাইবা, থমোইগী পেজ-ন'দ পীবা ঙমলোই মা'হা'কপু কাঙ্গনবগী অরাবা চরৈ মু থুমননা মীনা উদনা লে'ৎপা ঙমজদরে। মীনা ওক্কবীনিস্থ হাযরসস্থ তৌবা ঙদ্বীস্থ কৌরসস্থ - ঐনা শে'ইদনা মতুং ইন্দ্রনা চৎকনি। ক্ষরাইবকপু নংনা থুগাইজবা তারবস্থ ত'জরসস্থ। ( ইবেযাইমা চ থি )

বোকুল— করমনা থোকলগবা ঐবু ফাওবা মৈচেন্নবা তারেদকো।

চন্দ্রহাস— চংলকই ) বোকুল ! নচন অহুবু চাকক্বা চাত্রবরনে ?

বোকুল — চাত্রিমাল্লে খুরাইবুঙো !

চন্দ্র— ইহে করি তৌরে হায়বগে — করিনো মানা চানিংবা হংহুনা চাকঈশিং থোংনবা থোরাং তৌবিরুরে। হায়য়ু। ( বোকুল চংখি )

নিংঙান পোকপা মুঙাইফম লৈতেদকো করম মনিং থুংদবা অমা লৈরহুনা তৌরিনো নত্রগা চুমনা ইকাই মুংশি য়াম্রহুনা মঙোজবা ওইরিগদ্রা ? অহুক হয়াও তয়াম্বা - মচিল মথা দ্রো দ্রো লাওপ্রবা মিৎকি কুম্মে ওইজবা ইচানা—মুংওক মুংজাননা পোল্লে পোল্লে লৈবসে উবদা পুকনিং অসি পোখা-ফম থংদ্রেনে ঐবু। মাগী অউন পোংনি হায়হুনা অমুক য়াম্বা লাংইব. - হোৎনরিবা অসি মমিং মিৎচিনক্কাওবা হেক যেংদে। বোকুল নচন অহুবু কদাইদা লৈবগে ? চাকা পীজনবা তৌবিরবরা ?

বোকুল — হীপুনা লৈহৌই খুরাই ইবুঙো— চালুক মপান্দা অহুক ফমলমই হায়বহুমঙাই লুখাক কোম ফুম্নবদা ভাশিল্লকলবনি।

চন্দ্র— মহাক্কা অসি য়ৌনা খোইজেং মুংজেংবগী মরম অসি করিনো খনবদা ঐ লাম্বা ফংদে—.বাকুল নং খংব্রা ?

বোকুল— থোইদোকপা খ জদে খুরাইবুঙো —

চন্দ্র— নংদি শোইনা খংফম থোকপনি। নচন অহু অমুক্তা কৌবিরকউ। ( বোকুল থোকখি ) ওঙ্গোক্বা কোক অসি চাওপ্রেদকো। ( ইবেয়াইমা বোকুল চংলকই ) ইবেমা মীনদি

ওরং ওরং হেক তিনথৎলক—নংনদি নশম ননা ইকা হেক ফা—য়েংবা কয়া মুণ্ডাইতন উরে। ইবেমা নংবু পুকচেল থাগদু ইপাবু লৈগাক মধাংসিদা ওস্তোকনা ইকাইজরে। নহাকপু ইপানা হায়বা টনবী পুকচেল ফজবী ইপানা শীনবতনা অথোই-বনি হায়না খনবীনি থাজরুবদগী ইপানা ইনিং তমনা নংগী ফনবনি হাযন্থনা শীনবনি মাতু লাল্লমলে। ইপাবু রাক্সৌগত্ন। মসিতা হায়গে কৌবান ফরে চৎলো। পোখাজরুরো ( ইবে-য়াইমা থোকখি ) মনিহার অস্থবু ওসি ওরা লাকপরেনে?

বোকুল— যামনা কুইরে মন্দি লাক্খিদ্রে খুরাইবুড়ো

চন্দ্র— য়ামনা নিংজিং মাংজিংনশরেদা— করিগুম্বা চেনখি চোংখিবা থোকলবদি লৈবাক মমাংদা চংশি শিরেদো—জ্ঞান লৈত্রিবা অণ্ডাংগী পুকনিংনিনা করিগুম্বা ফস্তুনুংদা থোকলবদি মাং-ভেদো বোকুল নংদি নাপশাল ফংফম থোমপনি করিগুম্বা টঙ্গিৎ অমত উংলমলবদি ফরমগদবনি। অতুগীসু মথক্তা ইমান টমানবদা টগান্নুপী পীজগে হাৎদুনা কোইহা হাজবা চৎকদগেদো—মানা নিংবা থুংজগ্রসন্নু হায়রা করমনা ঐমকনা টচাবু লমকেৎ লমচাংগী রারক থৌনাংদবগী লমচৎ চৎহন-গনি ঐনা করমনা মা লমজাওদা মাই পুত্থনা চৎকনি। ইচাগী অরাবা য়েংওমদে হায়ত্থনস্ত থবকনা রাইশিনগ্রবনিনা হন্দোকনবা উপায় লৈতে।—বোকুল অণ্ডাংগী রাখল হায়-বত্থনি হৌজিক হৌজিক খরা অত্থক মথরাই মুণ্ডাইজদে হায়ত্থমওাই হিংনবগী হাকথেংনবা থবকনা মরম ওইত্থনা পুরমক

ফজখিগনব ভাক্তনি। ঐনা পাঞ্জি গোনোক্তী য়ামনা চেকশিন্না য়েংলবনি লুহোংবা অসিমা মাগী ভুংগী জীবন্দা ওইজবা কান্নবা ওইরকনি। বোকুল নমিৎ ননা শিংনা চেকশিন্না লৈরমউ ঐ ভাগাক চৎথোক্কবা য়াজে। (থোকখি) শোইনিকো—
( মপান ওইরপনা )

বোকুল— ওথোকপনি ঐগী কাথক্কা সনজিংনা নল্লেদকো।

ইবেয়াইমা— (চংলকই) শোইদন। লাক্কনি হায়রকই হায়রবদাই তদা—রনা থাইথ্রেদা—হৌজিক ফাওবা লাক্কুবা অসিবু করিননো ?

বোকুল— ইবেমা লাকইবসি মানবু মাঙ্গি (বোকুল চংখি)

ইবেয়াইমা— খরা থোক্কনা লকউই) ও- লাকএদনা— করিনো পাঙ্গিবিরা অহনা।

মনিহার নংগী পোৎপাংনি হাযতুন ফা মচা অমতা লৈরকই— লাঙ্গিরবনিনা করিগুম্বা মশক নাইবা অমতমু পাবা ভমজদে রারোগমুকো ইবেয়াইমা লোই ফা ময়োম অহু হাং- দেক্কনা তিংথোকমিন্নৈ ইবেয়াইমনা ইনশিল্লি )

ইবেয়াইমা ঐ মাসি য়ামনা পামই পক্নরবা অমুক্তং য়েংবিয়ু।

মনিহার— ঐগী পুকনি নদি পকচগনি নিংতুনা য়ামনা পামনা লৈরকপনি। নংনা হরাও হরাওনা তৌবসিদা ঐ য়ামনা মুত্তাইজরে। রাখলভদা ফজবা মিৎনমু উরে। ঐদি চৎলগে—

ইবে— করিগী নতোমদা চৎখিগদৌরিবনো ? নংনা ঐথোন্দা পকভ- গনি নিংতুনা থানবীবা কীরেল ঐনা পুন্সিচুপ্পা শেৎচবা

ফংহনবীয়　ঐবু হুম্মোকসমহনা চৎখিগন্নু। পুনসিগী অন্না মুভাইবদা তংন-থানবা লৈত্রবা—খোংবু ওইহনসিয়ু।

মনি— মহুতনা পুনসি অসদা খ্বাইদগী হেন্না পামজবনি ঐগী পুনসিগী লাইনংনি। অদুবু লাংবকথীনা এতমনা হাপ্তিখিবনা অরেম্বা মং ওইথরে। ঈশ্বরনা নংবু মতম পুম্বদা থৌজাল বিসন্নু—মুঙাংঙ য়াংফবা পুনসি তাপোইনা পানববু পীনবিসন্নু লাইবক ফবী নাচুন্দা অসতদি হায়জব ফজুনা নিংচমদবা মৈচাকপু কোকচবা ফংববা য়েংগে হায়তুনা য়ামনা অশা তৌনা লাকচরিবনি

ইবেয়াইমা - চানবিদৈববা পুকনিন মঙ্গোল অশীর্বাদ পীবিরি। নহাক য়াওদবা—নহাক্কী রাখল ফাওগ, মরি লৈনদবা পুনসি অহু করমনা লম্নুশিগে খল্লবদা পুঙমদব অন্নাবা ওইথরে। য়ামনা রান কাওথোকচঞ্ৰবা— পুনসিগী চহিনা খজিক্কা ডাইরিদৈদ নেকলা নোকনা শাম্নমিন্নরম্বা—তংন-থানজ্রব রাখনবু অমুক নৌহৌননা নিংশিংহন্দুনা—করিগী অনৌবা অন্নাবা হাপচিন্দুনা পুকনিংগী অইংবা থুগাই-বিবগে? মুপা ওইনা লেপ্তুনা ঐ লৈ হায়তুনা করিগী প্যাম্বোম তিংবা ঙমদবগে? মীগী থম্মোই থুগাইববু শান্নবা ওইনা খনবন্না? ঐনা থাজরমই নহাক্কনা নিঙোলগী থম্মোই-মুংদা চাকলিষা মৈচাক মুৎপিগনি। নতনা মুজাগী থম্মোইগী অমম্ববু ঙালহনবীবা পুনসিগী মতম পুম্বগী ওইবা ইংলবা শরৎকী থাজ ওইবিগনি। ওম্মোকপনি মথুৎনা

থাগৎপা নিঙোলগী থম্মোই মুংদা চাকলিবা মৈ মসিদা অতৎপা লৈতনা ঘী হৈজিল্লরি।

মনি— ঈশ্বরগী খুংশেমগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না নিংথিজবা মচুতনা মাগী পাকলবা সংসার অসি শান্তি ওইনা পুন্সুনা থম্বা ঙমলিবা— অমকপা য়াওদ্রবা মুংশিংগী খে'ইথুমননা ইংলবা ফজবা মঙাল অচু নংঙনা মরম ওটরহুনা ঐগী পুনসিগী অয়ুক্তা ফাওহনাখ। ফজবচু ঐগী থম্মোইদা তুংহনা মতম চুপ্পগীদমক লৈহৌগনি। ঐগী থরাইনা খোইদাজবা নংগী নিংথিজরবা চেংলৌ শকুমসে—ঐগী থম্মোইদা চেৎনা ইরাৎচরিবনি। ঐগী হকচাংগী শিংলি খুদিংদা চেল্লিবা ঈ অসি নংঙবু পামজবা— নংতবু খোৌরাংজবা ঈনি। নংগী মুংশি কোলোইনা অহিং মুংথলঅনিদা পাথংগী লাইশোন হশোন। মগাকী মাইয়োক্পা পাংগল থৌনা, শেল থুম, ফজবা শক পুন্নমক অয়েন্বা ওইরবা পাঙ্গল কল্লবী মতম কৌবী ঈচেলনা ঐগী মুংশি ইখৌ লাংবা থমোইধু মচেং সিশিং লিশিং থোকনা থুগাইবিরে।

ইবেয়াইমা— নত্তে নত্তে— অসুম্না মমল য'মলবা ফংঙদ্রবা মতমবু মাংহনবা চুমদে। 'মৎকুপ থরাগী মতুংদা খুদোংগাবা অসি অমুক হন্না কংলরোই ছৌজিক হৌজিমক পুনসিগী ওইবা চৈহক নাইবা মতমনি।

( ইবেয়াইমনা মনিহারগী খুৎ পাইহুনা মাং থাহুনা চৎ ল— থরা চৎলগা মনিহার লেপই )

মনি— ইবেয়াইমা! মাসি ধর্ম্মগী ওন্নতৈনবা মীওইবগী লমচৎকী

য়াংমলাল্লবা থোদোঁ ওইরোইত্রা। ইমুং অমতাগুমনা পাঞ্জবা মৈতৈ সমাজদা মুংশিনবা, মপুক মরাতপ্পবু, থৃগাইননবা মরম ওইরোইত্রা। নহাকতি সমাজগী ফীদমনিঙাই ওইবীনি মপা মপু জাৎ নাইব। মচানি থাংহৈবা গুণ পুন্নমকনা লৈতেংবীনি। ঐগুম্বা শমবু চানবিবা, মুংশিবীবগীদমক অশুক য়'স্বা মীগী নিংবা কাইনবা মমাই ফীরুক খুমনবা লম্বীদা চৎথরগমু। যম্মগী মশক ওইনা -চৎনবী অম'দ ধর্ম্ম' কাঈদবা নংগী লুহোংবা অতূদা—ঐগী যৌবন জীবনগী মুঙাইবা অউনপোৎ ওইনা কৎথোকচরগে। ইবেয়াইমা নংগী ঙাকপীহৈবা নগুন্না ঐবু ঙাকপীয়—মতমনা কনবা হেনখি-বনা নংগী মুংশি লমনশিংবা ঙমক্তে্র— ঐবু য়'রোঁগমু—পুন্সি অসিমা মুংশি লমন তে'ঙগে ঐখোই পুন্নমক থানদবা মরূপ ওইনা মতমকুইনা হি মিন্ন'স। মীওইবগী য়াইফনবা — অমদি ইরৈব'ক্কীদমক অফবা থবক কয়াদা খোংবু ওইনা নোমফিন্ন'স। বিদাই—ইবেয়াইমা বিদাই— ( ইবেয়াইমগী মথুৎ পাইত্নুনা মনিহ'রনা তপনা চুপই ) ( তপনা তপনা থোকখি )

ইবেয়াইম—নত্তে—নত্তে—অমুক্তা ঙাইবিখো- শিরগা ইহে হায়ত্নুনা তোক্কদবা মীও'বগী পুন্সি—অরেম্বদা কদাইদা ইশৌলাংগ্রবা

বোকুল—( চংলকই ) ইবেমা ইমাশিজনা অমুক্ত চংলকউ হায়রিয়ে। ইবে— ভাদা ঐ ফাদোকম'ক্তি নত্তে অতুক কুপনা শেন্ন'বত্রবত্ন য়াগনি।

বোকুল—হোয় হোয়—শেম্নবা নত্তে। অহুমকপু চংলসি। ( ইবে-য়'ইমা য়ামনা মুঙাইতনা চংখি ) ওস্থোকপনি ঈশ্বর নং শিনবা —ঐগুম্বা পুপাং গুদবা—শেংপা চাবা ফংদবা লাঙ্গৈরবগী শেপাইরবা থাংপোক শংদা লৈবা—গস্তি লৈজন্দ্রবা মীশিংতনা রাবনি—মুঙাই য়াইফবা অচৌ অশাং মচাশিংদি অরাবা মশরুক থুংদে হায়ন। থাজরম্বা—অরানবনি হায়বা তশেংনা খংলে লাইবক থীনা পো'কপনিনা মীনা খা বা হৌনবা অরাবা খাংলু'র। মীগী অরাবা উরগা রাদবা ওমজদে। ঐসু হল্লগে—ইম্ফালগী কেথোক মৌথোকপা অসি পামজদ্রে। ঐগী লায়র খাংপো'কশং অহু মপু পান্দবা ওইরক্তনা রাম্না রানা ঐবু ঙাইতুনা লৈরমলগনি পো'ৎপু ল'গোল লেংবান্দা থোংত্নুনা নিত্তিগী লৌবুক্তা চংকনে কালেন মুংশা থাংপনি ইভ'গী নোংসু থৌওইরোই লাংবন মুংশাসু িরবোই—রাকচৌংগী উনসু নিন্দা তৌররোই ঐগী পুনসিগী পুংজা খুদিংদা ইথুঙ্গা ইপীগা লোইননা অরা অনা. মুঙাই য়াই-ফবগী, শরুক য়ামিন্নগনি—হর'ও তযামমিন্ননি। মুমিদাং-রাইনা ওইরকপদা— মুমিংকা মশেকনা য়ৈবদা— লৌবুক লমজাও অচৌবদা অশংবা ফৌনানা কেজবা— সনা মচু মাল্লবা অমুনবা ফৌগী লৌবুক। রাইরাই—রাই রাই হায়রিবা —অহুক হম্না য়েংলুনি। চীংয়া তময়দা চত্তুনা পুকনিং হকচাংগী অরা পোত্থোকচগনি। চী'জাও নাপোমতা হৌবা —উয়ুং পরেং পরেংনা অনৌবা য়েম্লিং মুন্নকপদা লমজাও মুংশিং অকনবনা য়ৈবদা শউম চাওনা হায়হুমলিবা শাথেক

শুরবা তপোইগী মশক ওইবা অচৌবা শকত্তমগী ফজবদো অমুক হন্না য়েংলুগনি। লমগী চেকলা খিবিকক্তা শৈহেক শৈদা ভেমশিংনহুনা খোঙ্গেঙ্গ হৌনা শকলুগনি তাইব মপুগী কোলোইবু। চংলগে ঐ চৎলগে—পোকনফম লমদম মুংশিবী মাগী মশাইকোন্দা চীকনা পুনসি লেল্লুরগে। (বোকুল খোকথি)

ইবেম্বাইম—( অভোপ্পা নাকল্লা চংলকই বৃন্দরণী মখোদা ) হেমা—বৃন্দারাণী! নিত্তি খুদিং সন্ধ্যাগী মতমদা নখোং সেবা তৌজবা—ধূপবত্তি কৎচবা থংহৌদনা মুমিৎ মশিং শুথরে নিঙোন ওইনা পোকপীনে নোংদম থীনা তম্বীনি—নখুয়াদা চংজরি। পুত্তমদবা মুজা থমোইমুংগী অরাবা মৈচাক অমুক্তদি কোকহনবিয়ুগবা ইমা! হে! বৃন্দে হে থৌজাল হৈরবী। (খুরুমই হৌগৎলি) ইভা! লৈরাং চান্নবী পীশক পীক-লিডৈদগী লোয়নরকলবা—নিঙোনগী মতম কুইরবা রাধনগী মরূপতো ভসিদি পুনসি অসিমগী ওইব অরোইবা বিদায় পীরনহুনা হনথরে লৈরাং মুংশিবী ঐস্থ নঙোন্দগী বিদায় নিজরি। খাবন্না কবোক পোকলবা অহিংদা নংগী ফুগাইনা শাৎলবা অঙোবা লৈরাংগী মপৈনা—খোইথুমন ইংলবা—নংগী লৈনমনা অহোইননা রারবী মুংশি মু'শন্না থল্লবী নিঙোন্না ইশৈ ঙংল ঙংলহুনা অহিং কেংগাই লেনথি। ভসিদগীদি— অমুক হন্না লৈরাং চান্নবী নংগী অচিকপা থুগাইবা লাকলরোই। করিগুম্বা মতম অমদা মুজা থমোইগী মরূপতো — লৈরাংনাক্তা লাকলবদি— নিঙোনগী অরাবা

ৱাসি চিথদনা লিবিয়। ইকাইথীবিনি হায়ছনা মাহাক্কী মতুংইন্দুনা চৎপা ওমহৌদৱে। ফিজি পাইছনা য়ান্নহৌদৱে। ঐবু হন্দোকপীৱমছনা চৎখৱে। সত্তী সাবিত্রীনা— চহি অমদগী হেন্না পুনসিৱৱোই হায়ৱবা সত্যবান মনাক্তা কম জঙন্দা, উনাগী থাংপোকশংদা মপুনসি লেন্নবা— নিংথৌগী কোন্নুং ফুৱাদলান সনা লুপা, হীৱা মনি মুক্তা পুন্নমক থাদোকলমছনা চৎখি। ঐদি মিংদা থীবী ওইৱনি কীবনা কপনা কপনা লৈহৌৱে।

লাইট ওফ।

২শুবা শরুক ৩শুবা উংপা

## রাধেগী য়ুম।

নুংথিল নুমিদাংরাই

রাধে— ডাদ শাওরবা হায়বহুরা অমুক্তা লাক—লাকখিদ্রেনা—

বৃদ্ধ— নুঙাইত্রা রাচশংজররিনি। নখোইগী ইনেদি হরাওবনা চোং-জররিনি হরাওদ্রা ?

রাধে— করিবু হায়না নুঙাইজরুগবনো ? তৌজবা শা'রবনি।

বৃদ্ধ— ঐনা নাহান্না অমুক্তং চংলক্কে তৌবনিসে অহুদা নখোইগী ইনে ইবেমা চন্দ্রিকা অহু উন্নরিংমন্দহুনা অহুম হেক হেক হল্লে। নাহানরাই নং এম, ডি, ইউগী লীলা য়াওরুবরা ?

রাধে · য়াওরুই।

বৃদ্ধ— মনিহারস্তু লীলা যেংবা চং'ল হায় অহুদা মতা চাদহুনা রা অমতা ডাংব ফংলক্কে—ঐবু অমুক্তং উন্নহুনা নংগী অক ফত্তা অরা অনা করি লৈবা অমুক্তা থংলকউ হায়। ম'খোইগী পাবুংনা কোইহুনতা লৈ হায়হুনা চৈবনা থোং থাংদোক্কুনা চংথোকপা য়াদ্রে হায়হুনা চিঠি অমা ইরকই।

রাধে— চিঠি অহু অমুক্তা য়েংনা য়াগদ্রা ?

বৃদ্ধ— নঙোন্দা ইরকপা চিঠি নত্তেদা—

রাধে— অহু ওইরবসু অমুক্তং পাজগে।

বৃদ্ধ— সে - য়ে উনেসে — নঙোন্দা পীরকপা নত্তে হায়রবা মক্তদা—
(পী)

রাধে— ( পাই ) মাহাক্কী মশক মতৌ ফজবা রাঙাং রাতা মুংশিবা মীকৌ মিরম ফজবা অমুতনা ঐবু অতুক হাকনা মাঙোন্দা পুকনিং লুপহনবা মত্তে। অয়াম্বদি মাহাক্কী জগোই ইশৈনা ঐগী পুকনিংদা মপান মরা তাবা অকুপ্পা রাথল থলহল্লি। অঙকপা থৌইনশিন অমনা মাহাক্কীদমক, মাগী থবক্কীদমক অকনবা মতেং পাংনিংবগী পুকনিংদা অচৌবা রাথলগী মং অমা মংহল্লি। কয়া থুনা কদাইফাওবা—পাংথোকপা ঙম-গদগে মাহুদি খংদ্রি। মতম থরদি মরূপনা চানবিহুনা মাহাক্কী অফ-ফত্তা থরা কুপনা য়েংবিরমউ। পদ্মিক্কা লোইদ্রিবা অসি ফাওবতদি ঐ চৎথোক চৎশিন থরা য়াদবা তারে।

নহাক্কী মরূপ
মনিহার সিংহ।

বৃদ্ধ— পারেদনা—ঐ লাক্কুনা নংবু য়েংলবা অসি য়াদ্রহুনা লাক-ত্রবনি। কুইশিল্লকলবা অসিদা অহু মঙাইরে হায়রহুনা লাকলবনি।

রাধে— অমা ঙইরবসু অমা ঙইরবসু লাকপিয়ু করি তৌবগে—

বৃদ্ধ— ফরে রাধে ঐ চৎলগে কুইনা লৈনিংদে—নংনা দরকার ওইবা মতমদা হেক্তা লাওথোরকউ। চৎলে চৎলে (থোকখি)

রাধে— মীশিংসে ঐঙোন্দা নম্রবদি চাওকম লৈখিদ্রেদকো। (বৃদ্ধ থোকখি)

বিধুমুখি— ( নাকল অমদগী চংলকই ) ইবেমা কনা লাকলমই।

রাধে— তাদ বুদ্ধ চংলকদমই।

বিধু— কদাংদগী পাইশিল্লকলমইবনো ফাদোক অপাইবী ওইনা হেক তৌরভুনা-শৎ হেক্তা লিৎশিল্লমই— ফনম্ন খীনা মাহাই ইকাইবা হাইবসি মাগী শরুক থুংলমত্রবনি। ইমা কৈথেল্লা ঙাংাক্তং শৎ য়োরুগে—চানথকনবা খজিক্তং লৈরুগে— নতোমদা লৈবা মুঙাইত্রগা কনানো ননাওশিং অমা কৌরগা লৈমিন্নরমউ ননেখোইদা লৈগে লৈরমউ। হায়মা!—নংগী তাইবুঙোসে ফিদাকা থাও—খরা লুনা তৌসে—মীকক অমত্তা লোয়নরক্তেনা ইবুঙো ঐস্ন কৈথেল ওহাক্তং য়োরুগে- চ'ককক্ষা চাগ্রসিকো ওসিদি ইচিক চিকলভুনা ফনবু মুঙাইরে। (রাধেনা ফিদা থাই- ইবোচৌবা ফমথে) য়ুম শংহনবা ওইনা থোক্তুনা মুঙাইররোইদ্রা ?

ইবো— ঐবুদি শংজগে হায়ভুনা লাকচরিবনি—থাজবিগদ্রা ?

বিধু— করিগীনো অদুক য়ামনা কোইবিরিবা অসিবু—ঐখোইতনা ইত্তিক ইপা ওইজদবগী তৌবনি— নখুত্তা লোইনা শিন্নজরি- বনি- ইবুঙোতনা খোওইবিদবগী তৌবনি।

ইবো - ঐদি ঐখোইমা খঞ্জনা হেল্লমাল্লে হায়ভুনা লাকদবা কাওবা ইকাইজরবনি।

বিধু— কান্নদে কান্নদে ইবুঙো ওহাক্তং লেংশিল্লমউ ঐ শৎ হেক্তা হল্লকনি। ইমাগী লাইবক অসিবু চন্দন য়াওরিবরা ?

ইবো— য়াওরি য়াওরি। অদুদি ঐ অস্নুম ফমভুনা ঙাইজরমগে।

বিধু— হোয়নে ২ নয়ুমনি ফম'নংবা মফমদা ফম্নমউ। (বিধু থোকখি)

রাধে— ওহোকপনিদকো—ইমাগী কৈথেল অসি চৎথ্রেদকো নোংমজং কৈথেল য়েহৌদবদা শিগদবতু মঙাই। তামো কক ওইনা পুথোকচরকউস্‌' মোরা অহুনা অতম মুঙাইবিরিবরা—

ইবো— করে য়ামনা করে—অতুগা ওসিদি রাবু অমতা হায়জগে।

রাধে— হায়বিয়ু তামো করি রানো—

ইবো— রাধে নহাক ঐবু মুংদি মুংশিবাদনকো—

রাধে— হোয় য়ামনা মুংশিজৈয়ে—ইবুং-ইপ্‌বা, মরূপ •পাং পুমনমক ওইবিরতুনা অসুক য়াম্বা উপায় তোবিরিবা অসিবু কনানা কাওবা ঙমগদগে ?

ইবো— মসিগী অশম্বা অর্থবু করি হায়রিবনো ? ঐবু মুংশিদে হায়রিবরা ? অসুক কুইবা অসি নংনা ঐবু মুংশি হাযতুনা থাজবা মাসিবু লাল্লবরা ? মংগা লোইনবা পুনসিগী মুঙাইরব। আশাগী মং করা শাগৎলিবা— পুমনমক কায়বা তারবরা ? অতু ওইরবদি করিগীদমক শা'লবা পুনসিগী মতমবু হেল্লোইনা পুবিবগুমনা—নংগী হৈশিংলবা রাঙাংনা, লৌনম্বা মীনোকনা অরেম্ব আশাগী ঈপাক্তা তাওতুনা শান্নহল্লগা করিগী ইমুংবুংদা ছন্দোকপীগে খনবগে ? নংগী খোইখোইবা মিৎমানা নিংথিজবা হকচাংগী কায়াৎ খুদিংনা পাখংগী পুকনিং হকচাংবু পুন্দুনা করিগী থম্বিবগে।

রাধে— পুকনিংগী অপুনবা থৌরী কোঙ্গে'ই ওস্নিদগীদি লৌথোক·
·পীরো। ঐদি ফুরা দলানসু পামজদে—মীনাই মীশন্না সেবা তৌবিবসু হৈনজরোই—ইতিক ইপাম্ব ওইজদে।

ইবো— ঐনা হায়রিবা অসি অরেপ্পনি। ঐবু লংনরগমু—নংবু ফংনবা হোৎনবদা ঐগী পাম্মবা লৈতবনি শেল, মতম, ইজৎ, থরাই কাওবসু পাম্মরবনি।

রাধে— তামো—নংবু—ভাওরবরা? ঐগুম্বী লোকমাইদা হাপ্তনা কোইমা হারিবি লাইফদিবীবু অচুক থরাই য়াওনা নুংশি-বিরুরিবা অসিবু।

ইবো— অচুম্বনি অঙাওবা ওইরবনি। লৈব ফংবা ওইরমলবদি মন্থিকনদনা লৈরগদবনি।

রাধে— শক্লনা পোন ওইবা—তোংনা কুপশিনবা হকচাং অসিদি লৈব য়োনবা য়াগনি অতুগা অশেংবা থমোইবুদি শেল্লা শুমহৎলাং ওইদুনা ফাবা য়ারোই।

ইবো— ঐনা নংবু ফংনবা কয়া কল্লা তান্নরি—নংনা ঐঙোন্দগী লাপথোকনবা ভানবা ফংদনবা কয়া কল্লা চেল্লি। ঐনা রাবনা লৈমাইথক্তা হাধথুদুনা তারবা ফাওবা হন্নমক্তা য়েংবিদে।

রাধে— মৎনা উবা মপানগী ওইবা—হকচাং অসিবু নুংশিবিরি—কল্লকপা অপাম্বা—মিহৌবা মিত্তানা খৌরাংলি। ইশাগী ওইজবা থিদবা মতম পুম্বগী ওইবা—থমোইনুংদগী চেম্বরকপা নুংশি ইকুৎ অতুতমা—মীওইবগী পুক্নিংবু পুনবা ওম্বনি। মপানথোংদা উৎপা ফজবা লমচৎনা—শেলথুমনা—ফজবা শকনা মতম মতমদা মীবু শুম্নাংপা ওমলবসু—থমোইবু পুন্দুনা থম্বদি ওমলোই। ঐ অসি থাংগৈশেংনা লাইবক থীরবিনি। মীনা চিংনিভাইগী মশকনি—হংগোইনফম ওইরবিনি।

অহুমকপু ঐনা ঐগী মুংশিজবা মাগী মকমদা— শেংলবা পুন্যগী মশক ওইবা লমচংতদ্দি চংচনিংই। মানা হংগোই-রবস্নু থী ওইবিব্রবস্নু মাহাক্তগীদমক্তা পুন্সি অসি হিংজনিংই। নচনবু রারৌবিগমু—মরূপ মপাং, মচিন মৌপ্না ওইনা পুনসি চুপনা চানবিয়ু।

ইবো— ওস্থোক্লা রাংনা নোংমদে'ন য়ৌনা পুখংপিরগা ওস্থোকনা লাইনা লংথ'বগ্রেদ। ওস্থোকনা তমথিগ্রেদা মুপীগী থমোই।

রাধে - ভাইবুঙো ইমানদি আশা কয়া উংলস্ব। য়াই—ঐঙোন্দস্নু য়ামনা হায়। ঐখোইগীদমক তৌবিবা উপায় রাবিথিবা পুমনমক অাসগী লমন করিনা শিংশিগে হাযহুনা তংতনা খঙ্গরিনি! ঐগী পুক'নংদি কনাগুম্বগী বন্দা ওইগ্রে—মসি মচেক ময়'না তংতনবু উংচরিবনি।

ইবো— অঙকপনি পুকনিং চৌজক ফাওবা নংনা ঐবু মুংশি—ইকাইহুনা ওইনজবনি হায়না থাজরি।

রাধে— ঐবু রারৌবিগমু—মসি ওইনজবা নত্তে—চিনবানথোংগী রা নত্তে। ঐগী থমোইগী অথুপ্পা রা তাকউবা লৈতনা মথক্তা হায়দোকচরকপ'নি।

ইবো— রাধে নংনা মুপী ওইবমুক ঐস্নু মুপানি। ঐস্নু চোপ্পা রাবা মুপা নত্তে।—ঐবু থিংবিনবা য়েংপিনবা মী মনিপুর অসিদদি তাংগদবনি। অহুক উশিন্তনা তরাই তরাইনকাদি থনগমু। ঐবু ফত্তে হায়নি—তাকপীরনলিবা অসিনি। মরিনলৈবা চোংথোকসকলবদি নোংমৈনা কাপথাইগদবনি।

মাংবগী মাংবা পুল্লপ মাংমিন্নরগা লোইরে। খল্ল—ওসিদি খল্লমউ নংনা তান্নগদবা মী মথৈ তান্নরমউ।

রাধে— তানো নংনা অচুক য়াননা নতিক নখোৌনা উত্তুনা পামবোম তিংলিবা অসিবু কনাগী মমাংদনো ? নোংশানা শক্তি অমোমবু লাকপা ওমই হাযতুনা নোংশাবু শাগী নিংথৌনি হায়নবরা ? ঐগীদি তান্নফমম্ম লৈজদে-কনবিনবস্থ লৈজদে—নখোং পাহত্তুনা হায়জরিবনি—নচনগী আশা অসিদদি কাইহনবিগম্ম।

ইবো— মৈতৈ মচাসে য়ামনা নান্নাংগ্রে—শোরোক ময়াইদা খুংগোইবা ওম্বা নীনি হায়বা খংদবাশাই—(থোকখি)

রাধে— ওস্তোকপা লাইবকনিদকো ইমানা মরোল অমা মৈ চুরখিনিদো—

(মৈ মুৎথৎপা)

## ২শুবা শরুক ৪শুবা উৎপা

## য়ুম - মনিহারগী কা।

( চৌকী অমদা ফমলগা ঙাধহনা লৈ )

কালাচান্দ—( চংলকই ) মনিহার! ( মনিহার হৌগৎলি মরু লুকথনা লেপই ) করিত্তোরে চংথোক্ত্রবদি চংফম লৈত্রবরা? লাইরিক তম্বা তোকপা তারবা নথোনা অসি য়েৌনা শংলবা মতম অসিদদি—চংথোক'নংদ্রবরা? চংদ্রু লেপকম্ব চংপা তোকপা য়াদে। মীওইনা পোকলবনিনা হীংনবা হোৎনবা অসিনা খ্বাইদগী ইহান হানবনি। লাইরিক মীনা তম্বা হৌনবা থরা তমলে। হৈনদ্রবনিনা করমত্তৌনি? মীনা পামদবা হৈনদবা থবক্প নমহনা তৌহনবা হৌনদে। মতম মাংই শেল তিংই করি কাংগনি। মানা মানা পাম্বা হৈনজবা থবক্পা চংথজগদবনি। লাইরিক হৈরে হায়রহনম্ব থবক্তি হেক শুনিংদ্রহনা মীনা তৌবদা ফৈগা ফত্তেগা—তুকা থিরহনা চিন কাংজৈদা চিনফেন ফহনা তোক্কদবগী শরুক—থবক্কা লোইনবা জ্ঞান তানশিন্নবা শুবা চংপা কয়া হোংরো। তাইবংপানবগী ঐপু শ্রীকৃষ্ণনা থবক্তনা অথোইবনি হায়বা তাকননবা যগ শেল্লি—শংগোম শুমহই মীগী মথোং হাম্বগী থবক ফাওবা তৌখি। থবকনা মরম ওইহনা অচৌ অপীশক থায়বা নত্তে। সম্রাট আকবরশাহ ইবা পাবা ঙমদ্রবম্ব নোংমবা কনবনা মরম ওইহনা—তারত্তা

পানথিবা সম্রাটশিংগী মন্ত্রীদা খাইদগী অথোইবা ওইনা শিং থানরি। যথ গাড়ি চৎকরা—ফুট তানগেরা—চুকানবা চাকর ওইগেরা—হুরাপাড়ি চংবা য়াওগেরা মুং থুগাইগেরা করিনো অফং অফবা থবক তৌরুরো চৎলো—হৌজিক হৌরেং হায়রিবঙে পুন্সি হৌখিবনা হানগনি। নং হৌজিক নপাক্লল চাওরে—হিংবা ওমনবা হোৎনরো—মুপীগী লমচৎ—মুপাগী মরাইবক তম্বা ওম্বা নত্তে। পংনোম নোমই খুদি থিরুবা অমদা হেক মহৌবনি। নোম্বতনা সংসার অসিগী লেংদনা উপারি। সিদগীদি কোইগে ননিং, হননিং ননিং ননি তমনা মপামচা ওইনা পোকপগী থৌদাং তৌরো ঐনা তাম্নবা থম্বা দরকার ওইরগা তারা'স। নংগীদমক ঐনা তৌফম থোকপ অঙম্বাপুম্বক্ত অতুম মপাংগনি। (মনিহার তুমিন্ন থোকখি। মাসিনা তৌরিবা অসিবু কয়ম-বনো তাওতুনা চংখিগদ্রা হায়তুনা কশিল্লকলেনে। ঐনা হৌজিক তৌগদবা অসিবু করিনো?

বৃদ্ধ— (চংলকই) ও—(নমনা) পাবুং মানহারবু লৈবরা?

কালা— লৈতে টবুঙো করি হায়বগে?

বৃদ্ধ— করিম্ম থোইদোকপা লৈজদে—চুমনা উম্নজনিংতুনা তৌজবনি। অতু'দ ঐ চৎচরগে পাবুং।

কালা— ডাহাক্তং কমথোদনা টপাস্ম নডোম্বা রা থরা হায়নিই। (বৃদ্ধ কয়া হৈনিংদনা চৌকিদা কমথৈ) ঐনা হায়রিবা অসি য়ামনা মুগ্ন ওারতুনা হায়রিবনি। থুপকম্ম হৌজিক হৌজিক ক্রক ক্রক হে অঙম তানগে হায়ববু মাগী মতৌ

অসিদা করিগুম্বা কম্ব'হৌদি থোকত্রা হায়হুনা কিয়ে অহুনা খরম্ব লিশাং থারবনি। ঐনা কলাবিদ্যাবু নিন্দা তৌবা নত্তে। অহুমকপু হেলাং থাংহুনা ঝকমক তৌহুনা লৈবাক কুম্মৈ ওইহুনা লৈবী ইশৈ তৌবীমক্তি করমনা ইচা-ইমৌ ওইসিগেদো। নখোইনা খরা খন্থৌ ইপানা পামজদবা অসিং মক্তি থোকহনগনু।

বৃদ্ধ— হোয পাবুং—ঐগদি উন্নদবা য়ামনা কুইজরে—মাগী পরি-ক্ষ্যাগী মরমম্ব তাজনিংহুনা ল'কপনি।

কালা— মাহাক ফেল ওইরে হন্দকমুক্তি নখোই খ্বাই য়াওনা খরা শেন্নহুনা মী ওইনবা হোৎনসি। পরিক্ষা ওমত্রবনি হায়হুনা তৌরিবরা—মীনা ওাংইবা মখৈ নাত্রা শেন্দ্রানরহুনা অচাওবত্ত মঙাইগ্রে। যনমক ওইহুনম্ব মশা কে'ন্ননা শেম্বা থোক্তনা মাংহনবদি য়াদেদকো

বৃদ্ধ— হোয় পাবুং —ঐস্থ হঞ্জরগে – মাগা উন্নবরম্ব য়েংজগে। (বৃদ্ধ থোকখি)

কালা— অঙাং, অমবু মীওইনবা য়েকপা শেম্বা হায়বস থাংগৈ শেংনা অকবা থবক অমনি। মশা মশাদা য়াওজরকপা ঈশ্বরনা পীরকপা গুণ পুম্নমকপু ফোংদোকচনবা খুদোংচাবা পীবা—ফত্তাব শরুকপুনা লৌথোকনবা নত্রগা য়ামনা চাং হম্বহন্নবা হোৎনগনবনি। ফু চৈহুনা—র'রকালবনি হায়হুনা মীগী মপুকনিংগী অপম্বা, মথৌনা লোইনা মাংহল্লবম্ব কান্ন-দবা মীরেম ওইহৌগদৌরিবনি। রাদবদি ওমদা—শাওদবদি ওমদা ঐবু করম তৌশিব। মশা মথন্তবু মরম্নাই রাখনগী

বন্দি ওইহনা অফা অপুনবগুমনা থমজরি। ইচাদি পুক-চেল খোইজেল কজবনি—তৌখোকলকপদা য়েংবা মুঙাইবনি—শেংতোক চাথোকলকপদা ইপক্তা পকচবনি—মুপাদা মুপা ওইবা ইচানি। ইচাবু উবদা পুকনিং পেগ্রবা পোখা-নফম ওইবা ইচানি। করম্বা অরাবনো করি ননিং থুংব্বনো ইপানা লাম্বা ফংদরে। করম তৌরগা ইচাগী অরাবা অসি কোকলহনা হরাও হরাও অমুক্তা নোকহনবা ঙমগবা। মনি, ইপাগী মনি! ইপাবু তৌফম থংব্রে…।

লাইট অফ।

২শুবা শরুক ৫শুবা উংপ।

## রাধেগী য়ুম

সন্ধ্যা—

রাধে— ইশৈ শকলনই

### ইশৈ

লেংলকখোনে শ্যাম শকহেনবা ( বৃন্দ'বন্দা )
ব্রজপুরগী শংবানবা থাজও!
গোপীকাগী থরাই ওইরিবা ॥
মুইরনবী যমুনা তোর্ব'ন্দা
নিংথিজবা গো'বর্ধন তময়াদা
রাধা রাধা কৌরখো বাঁশিনা ॥
শাথেক অহুমনা কদমদা ঙাহ্ননা
মুরুপি খুৎগুৎ খুদিংনা
রাধাগী ৎমোই থুগাইরখো ॥
যাবত্রা পোকচবী ভানুগী মমোমলোল
নন্দগ্রামদা চাওরবী রাধা
মিংদা থীবী ওইহল্লখো।

( মনিহার ইশৈ শকলিঙৈদা চংলক্কুনা লেপই—রাধেনা কোম্না র ঙা শকই ) ও! নহান মথৈ অমুক কুইনা লাকখিত্রপদি করি খুদে''থীবা থোকপীরবগে? পরিক্ষা লোইরগা

লাকনি হায়বিরকপদাই । ঐদি—কৃষ্ণনা হন্দোকপীরমলবী—রারবী ব্রজগোপীকাশিং মত্তোগুমনা— খুৎ থেকলদুনা মুমিৎ থা পারদুনা, মহাক্কী লম্বী য়েংলদুনা—শাংল শাংলবা নো’ম নোংম কয়া—কয়া রানা রানা লেনগ্রবা — অঙাওবীগী মত্তোগুম—মুরুম মুরুম শোন্দুনা—ইশৈ শকলদুনা কপনা কপনা—কয়া কুইনা খাংলকসবা—

মনিহার— নংগী রাহৈশি’ অসি তাবদা—মিকুপ খরদং ওইরবসু পুকনিং অসি পোখ্রাবা ফংলি। অদুমকপু মীনা হায়নরিবা অসিগা নংনা ঐংচোন্দা হয়বিবা অসিগদি ওস্তোকনা থাপনরে ওস্তোকনা ওন্নরে।

রাধে— মীনা করি হায়নরবগে? ঐখোইদি পোকফম শাংনফম কস্তা’বিনি—জগোই ইশৈনা জীবিকা ওইবীনি—হায়রিবমখৈ পকচগান—য়ামনসু চী’ন’নিংঙাইনি। অদুমকপু ঐতনদি ইশাবু মীনমজদবী গঙ্গাগী ঈশিংগুম শেংলিবিনি নিংজৈ। করিনা চিংবা অদু কে’কনব’ প্রমান ওইবা য়’গদগে? ঐনা করিগুম্বা নত্তবা রাখল অমতং খল্লবা—সন্ধ্যাদেবীনা শাক্তি ওইসনু।

মনি— পুমনমক ওইরমু। মনিপুরগী সভ্যতাগী লৈকোন্দা শাংলিবী জগোই ইশৈগীদমক পীথোকলকলবী নংগীদমক ঐনা ইশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোক্কুনা অঙম্বা নত্তেং ওইগনি। নংগী জগোই ইশৈনা ঐগী পুকনিং লৈকোন্দা তৎতনা বসন্তগী ইথক হৌহনবিয়ু। ঐনা অহিং মুংথিল নাইদনা নংগী মঙ্গলগী-দমক নোমগনি—পুন্সি অসি নখুবাক্তা শিন্নরিবনি।

রাধে— ঙসি অসি ঐগীদমক য়ামনা লাইবক ফবা মুমিংনি। মৈরা চমত্নুনা থীবদা—ঐগীনি হায়বা কনা হন্ন য়েংবিনবা লৈত্রবিনি। ইপা—ইমা—ইচিল—ইপ্বা— মরূপ মপাং—পুন্নমক শক্তুনা নংগী নশাইকোন্দা চংজফম পীবিরগনিদনা—

মনি— ঐগী রাধেশিং অসি অয়েপ্পা ওইনা লৈরসমু। হৌজিক শ্রীকৃষ্ণ অত্থ লেংলকলে—শ্রীমতি রাধিকাগা উন্নরে— অত্থদগী শ্রীমতি রাধিকানা করি তৌখিবগে।

রাধে— হকচাং পুম্বা হরিচন্দনগী মনমনা চুরগা—শংবানবা কুচুনা মাহাক্কী ওইবা মোমোন মোমোন নোকলিবা স্না ফীগে থোনবা—লাইবক্তা কস্তুরী চন্দন খিনবা—বনমালানা ঙক-শমদা হায়রিবা— ভৃগু চিহ্নবু পুরিবা— কৌস্তুও মনিনা থবাক্তা ঙাল্লিবা মবুঙোবু উরগা শ্রীবৃন্দাবন্দা খংহৌদনা বসন্ত ওইখি— লৈ খিবিকনা ফুগাইনা শাংখি থোইমুগী মপৈ মপৈনা কোইপাই পাইখি— যমুনা ইমায় চোল্লা চেন্দুনা—ইথক ইপোম হৌখি। য়েংউ য়েংউবা মাইকৈদা পুকনিং হুবগী মশক ওইখি। নিংখিজবা ব্রজগোপীকাশিংগী মরক্তা—থোইনা নিংখিজরবি—শ্রীমতি রাধিকানা হর'ওবনা মথোই কাখিহনা রাসবিহারীগা জগোই শাখি। ( রাধেনা ইশৈ শকলকই—গীতগোবিন্দম ) (জগোইগুমনা খজিক খজিক ভাব উৎলি )

ইশৈ।

চন্দন চর্চ্চিত নীলকলেবর পীতবসন বনমালী,

কেলিচলন্মণিকুণ্ডমণ্ডিতগণ্ডযুগস্মিতশালী।
হরিরিহমুগ্ধবধু বিকরে, বিলাসিনি বিলসতি কেলিপরে।

বিধু— (বিধুমুখি চংলকই জগোই চশৈ চপ লেপই) করিনোনে ইবেমা চানা তৌবিরিবা অসিবু চাওরকসত্রুনা তৌরমাক্লে ইকাই হকি রাংম লানশিল্লকপেনা মী উশিংত্রিবা হায়বত্রুরা? (রাধে হন্দোক্লুনা লেপই) ইবুঙো ঐনা হায়রিবশি রারৌগম্ন ঙসিদগীদি ঐখোইগী অসিদা অমুক হন্না লাকপীরগম্ন ঐখোইগী বুঁদ লাইবক ফবনি অত্রুবু পামজ্জে হায়রুনস্ত্র শেবোৎ মরিদা মাইরেন পালহনবা য়াদে। ইবুঙোনা ইচাবু মুংশিবি হায়বস্ত্র তাজরে—অত্রুগা ইচানস্ত্র ইবুঙোবু য়'মনা পামজনা মুংশিনা খঙ্গে। অত্রুম অত্রুম ওইত্রুনস্ত্র অহল লমনগী আশা কায়গনি। বারকপা ইনদবা অঙাং তৌবা ঙম্বা তাগনি। ঐখোইবুস্ত্র তৌবঙম্বী অঙাং মাংনবা শিনবী তাগনি। মতুং অসিদদি হায়জহৌরিবা অসিনি হবুঙো ত্নপী তৌবা ঙম্বীনি হায়বা য়াদে। লেংও—লেংও - লেংও - রারৌগম্ন (মনিহার মুঙাইতনা চৎখি) করিনো ইচা ইবেমগী মতৌ আসবু— লৈবুংনা যণ শাবনি হায়বা খংই—মপান থোকনমুংশিদা—

রাধে— ইমা ন'হাকনা হায়নিংবা মথৈ পেন্নবা হায়বিস্ন—পুমনমক ননিংনি অত্রুগা রাইহে অত্রুমতদি পনবিগম্ন ঐনা পুবা ঙমজদে।

বিধু— খংই ইবেমা ইমানা তৌরিবসি কৈ মচা চাওনবা য়োকপদা তাগ্রে।

রাধে— ইমা—চাবা শেৎপা নিংবা থুংজদবা—ইরাইবক থীবগীনি—

অতুমক পাংবা ওমই। নহাকনী করি নতেং ওইগদগে হায়তুনা অওম্বা মখৈ হোৎনজবনি ওসিদি- তাহৈদবা পমোইদা তাশোন্না থীনবা রা ওাক্তা শিজিন্নবিখ্রেদকো — ঐবু ওন্তোকনা থীন নিন্দা তৌবেদকো — অসুক থোজানবিদনা লোইনবিগদবা লৈরবদি — করিগী অতুক রানা য়েং কপীবগে য়েংকপীনবা লৈততুনা মরুম ওইরিডৈদা মাংজখিবনা ফরমই। ঐগী নাওথী শাজফম লৈজদে হায়বা ওসিতা তশেংনা তংকপীর। ইমা— ঐবু ওাকপীয়ু - নহাকনা নিন্দা তৌগ্নি ঐনা হয়েংমুকী মপোক্তদি করি ওইরুগনি। মপোক কয়াদা মমাগী তম্পাক্তা চাওবা ফংউদবা তাব। ওসি কৌবা মুনিৎ অসিদগীদি ঐগী থমোই অসি মুংওনগ্রসনু - ঐবু য়োকপীনগী লমন শিংজরনলগে — পুন্সি অসিদা নোংমফাওনা পুকনিংগী অপাম্বা থুংদ্রসনু। ঐগী লাইবক ফত্তববু — মাগী লাইবক অফবা লৌতুনা হাপচিনবা য়াবরা? ঐবু নিত্তিগী লোকমাইদা হাপ্তুনা য়োন্দুনা চারবা ফাওবদা— সত্য কৌবা লাইনা সাক্ষি ওইরসনু ঐনা নিন্দা তৌজরোই।

বিধু— শক্তাদি রাইয়োং খুদোং হেক চাদ্রতুনা— হেক নরাকচবা শাই। ঐগী অসিদা খোঙ্গুল অমুক্তং তাররসু অতুদা মীগী মতিক খংলোইদ্রেদো — মাগী বৃদ্ধ হায়বা —মীনুংক্তং অতুনা খাবৈ খারা হেক শারতুনা —খোকহল্লিবা ওাক্তনি। লাকসনু খংগনিয়ে মসোকলাক্তনা হায়গে। মৈতৈ মচাসে মী উশিৎ তবা শাইদ—

পোৎয়োনবী—( চংলকই ) করি তৌরবগেনে ইবেমা নমানচা শুক

শুক লাওনয়ন্থ-া তৌরিবা অসিবু— ঐবু লৈব ঙমদন্থনা চংলকনবনি। নমানচাদা লৈজবদা করি মত্তৌনি হায়বগে।

বিধু　ইনম্মা ইবেমা - চাওরকপবনি হায়ন্থনা অহল অমা লৈরিকা হায়বা উখিব্রে।

পোৎয়োনবী — অত্থবু — লৈকাইগী কুম্মে ওইনবা — ইংখোল পোরোম-পোকপাএথে লাওনবগা করি ফজবগে — শেগা মাইগা চনিং-ভানা খন্নবগা অদু মঙাই।

বিধু— ঐসি চহি য়ামজরবনি ওম্মোকনা উরবা ওম্মোক-া তারবা মী হেক মীরো খংলবনি— উরিনা উনৌ পুনবগী ভাবত্তি তৌবিকরম্নু। নংগুম্বগী শক্তা মাইমু অত্থনা ইবোচৌবদগী করি হেনবগে— শক্তা হেনবরা— নন্দা হেনবরা— গুণদা হে-বরা? অডাং নংগুম্বনা ঐডোন্দগী হেন্না শিংবর? ভুংদা থোকলগদবা পুম্বা হোত্রোং উরগা শিল্লিবনি।

পোৎ— হোয়—হোয—চুমই। অত্থবু মীওইবগী পুকনিংবু কনানা র'রকপা ঙ-গদগে?

বিধু— ঙমদে ঙমদে ঐগুম্বনা রারকপা ঙমপোৎ নত্তে। (চংখি)

পোৎ— ইনে'চ ইবেমা মীওইবগী শাজৎ হাযবসি য়ামনা বুদ্ধি ভৌনা চংকদবনি নমাবুম্ন রারোইনবা য়াদে।

রাধে— মা ন ইনে ঐনা লানবা ঙাক্তনি। ঐনা ইশাবু খক পামু-জবনোই। শ' রক ঙামরক ওইত্থনা অস্তম মাংজপ্রসন্থু। ৬৭ দি মংস্ত কয়া মুঙাইখিদ্রে—খল্লুরগা পংকপ কপনিংই। ঐগী ইমান হায়ত্থনা মী ন হা, কুচ ঙোবী, তরু তত্থেনবী অমা কয়াদ মুংশিনা শিংনানবিত্থনা তীরমই। নং মন্দা

লৈবা মুডাইত্রগা ইমগা লৈক্সরসি হায়বুনা খুং শম্বীরহুনা মথাপাংনা হরাও হরাও চংমিন্নরমই। মমানা মচাবু মুংশি-বিবগী শকফমচু খোমলেন মংলান্দা হাকথেংনহনবিরমই। মংগী লৈবাক্তদা শকথংনখিবি ফিশেং ইরুতানা শেংপীদো মাগী স্বর্গগী মশক ওইবা তম্পাক অচু ঐনা কল্লকই। মাগী খোমলাং অমৃতবু ঐনা খোরাংজৈ। মাহাকনা মুংশি লাঙ্গোই চন্দুনা শেন্নবিববু ঐনা মপোক মপোক খুদিংদা পামজৈরে।

পোং— ইবেমা মুমিদাং মং লীহৈদেদা—মুংশিদা—নমা অচু শংশং হেক উইদা।

রাধে— মিংকপ হেক থোকপগা অয়ুক অঙনবদা ঐনা বৃন্দারাণী মথোংদা লীহুনা খুরুমই।

পোং— ফরে—ফরে— অচুদি ইমৌগী ফত্তবা পুম্বা কোকলসনু। নমানচা খবন চৈনগদবা অসিগী নমংদা ফাওরবনিদনা। তাইবং-মী ওইনা পোকলবনিনা ইমৌ অসিদি অমুক কপ অমুক নোক হায়বহুনি— থোইখা লিনখা থক থাগমু ( মপি ফিজিনা তৈথোকপী )। কপকমু—কপকমু—ইমৌসিদি কন্নিগী কশচক্লদগে—নমানু নংগী ফনবনি হায়হুনা মহাইরিবনি।

রাধে— মহাকী মনাক্তা লৈজহুন'—মনেম মকুগী সেবা তৌজরহুনা গুরুজন খিবিকি পেন্নবা হোংনজহুনা—পুপাং গুনা লাংগোন-বীবগী চাওথোকচবা পেঙ্গববু পামজবা ঐগী লাইবক্তা তমলমত্রে। ঐনা হিংহুনা লৈবগী কান্নবা অসি করিনো? ঐতা শিজপ্রবদি ওস্তোকনা রাই শংগ্রগনিদা।

পোৎ— হায়হৈদেনে ইনেগী ইবেমা— তাইবংমী হায়বসিদি চিন্দুং ইনবানি। লাওসে –ইনেখোইদা কোইরুশি–নংনা চানিংবা করি করি য়াওবগে য়েংউ—নংনা নিংবতা– সত্য—ইনেনা থুংহনগনিয়ে। ইমৌনা খোইজেং মুংজেংনা কপ্লসি উরপা ইনেগী থমোইসি কাঙ্গৈরে। কপলগনু তোকও— লাওসে চৎসি—হৌগৎলো—( মখুৎ শমহুনা খোরকই—বুদ্ধ চংলকই)

বুদ্ধ— ( চপ লেপ্পুনা য়েংই ) ইচনগী মমাই অস্নুক নিংথিজবসি পীনা পুমচোৎ চোৎপাসিদি – য়েংবা ওমজেদনা—ইবুংগী ইবেমা কপকমু নবুং লৈরিবসি উদ্রা— ইচনগীদমক থরাই থাগে হায়হনা লৌরবনি। ইচনগী মতু তুবুম অমা তেকহনবা ঙমগদবা কনা লৈবগে ?

( মরি মরি থোকখি )

লৈ মুংখিবা

## ২শুবা শরুক— ৬শুবা উৎপা

## লম্বী - অয়ূক

### খোংনা মখোংদা

গোঁরহরি— হৌজিক পামলিববু করিনো ? করি তৌসি হায়বগে ?

মনি— মাগী মমা অহুনা য়ামনা তরাক তরাক তৌরকপা অসিদা য়ামনা মুঙাইখিদ্রে — ঐনা খোরকলবা মতুংদা য়ামনা চৈ-থাংহুনা তৌহৌই। হৌজিক ক'র তৌসিগে হায়রু।

গৌরহরি— হন্দকী মতাংসিমদি মীগী রা অমতা খল্লরম্ - অফ ফত্তা বিচারকা তৌরুরমু—অত্তোনবা মীবু নুংশিবি-রিবনি—উপায় তৌবিরিবনি হায়না খল্লো - ক'র হায়বগে ?

মনি— ঐস্ অহুমনা খল্লি। য়ুমদগী তাংগ্লোকলকলবস্ তাংগ্লোক-চরকপা হায়বহু মঙাইরে। অহু - বৃদ্ধ থীরুশিরা — পোৎয়োনবী অহু উন্নরবস্ — হেক মখংগানিয়ে।

গো— অহুমকপু হৌজিক্তি মখোইগী অত্তরাইদা চারুবমুশি—মুমিদাং ওইনা চৎলসি—মীগী মমিৎ চাওনবান। ও—হায়রিঙৈ মক্তদা—অপাইবী অসি লাকলেসে - মতা য়ামন চারে।

বৃদ্ধ— ( চংলকই ) নখোই অনি কদাই কদাইদনো—অরুবা থবক চৎলিবরা ?

মনি— ঐখোই অনি নং থীশিরা হায়হুনা খন্নরম্বনি - নংনা অস্তুক তফিং তফিং ইপা-পাখৎলিবা অসি করিগীনো ?

বৃদ্ধ— অহু ওইরবদি ফরে নখোই শুনি ডাক্তর অমত্তং ফংনবা থীরগা খরা থুনা অমুক্তং লাকউ – রাখে অহু ওসি নোং-ঙাল্লমদাইদগী মখোং হান্বা হৌগৎলুবদগী মওং অমা তৌগ্রে হায়ত্না চেন্নরি—মৈতৈ মাইবনদি য়ারোইদৌরে। ঐ হন্নগে সবা লাংবা তৌবিনবা কনাস্থ গোইদোকপা লৈহৌদ্রে।

গৌরহরি— মখোইগী মমানদি ভান্থোকলকওইকো ?

বৃদ্ধ – হেবা মাগী থরাই খুবাক্তা হাপ্নুনা চেল্লকইবা অসিদা মতম মাংহনবা রা অমুক হৌদোকল ফলেদো—

মনিহার— অদুদ করম হৌশি হায়বগে গৌরহরী যুমদা চৎলগা ইমাগী লুপা ২০।৩০দং পীয়্ হায়দুনা লৌরুশিন্না নত্রগা একাগাড়ি অসি বন্ধান থমফম অসিরাইদা লৈগদ্রা—করিনা থুবা হেনগনগে ?

গৌর— অমা অমা চেন্নবা তারবস্থ গাড়ি অসি দ সুম মক্ষেদকো—

কালাচান্দ— ( ওফিস কারকই ) কবি তৌরগে ইচাপা নখোই অলম ওনশিনরদুনা অহুক লুনা ভান্নরমলিবা অসিবু !

গৌর— পাবুং অসিদা— নাগমপান্দা মুপীমচা অমা লৈ হায়বহু ছর শুনিদাদগী ল কনদুনা লৈরে ফাবন খর লুনা লৈরে হাধর—অদুদা ডাক্তর অমতং কৌনবা হোৎনগদবসি থেল থুম মতা চাগ্রদুনা করিনা ফগদগে খনরমলিবনি। মনিহারবনদি মাগী একাগাড়ি অসি ঐবু বন্ধান থমফম থীয়ু হায়রে খুম ভান্না চেন্নবা তারবদি মতম লিৎপ্রগনি হায়রি।

কালা— মনি! ঐভোন্দা হৌজিক লুপা কুনথক য়াওরি— সেসি লৌহৌরো—কোন্নত্রগা ওফিস ভান্না লাকউ—নত্রগা

নমাদগী হায়গে হায়রবসু হায়রু। অমা ওইরে অমা ওইরে য়ুমদা হন্দুনা চাক-ঈশিং চাথোকউ মুংশা অসিদা নায়েকনি— চেকশিন্নু। ঐবুসু করম তৌরবগে পাও তাহল্লু। ঐ চৎলগে ( থোকখি )

বৃদ্ধ— পোল্লে পোল্লে – চীরবা মতমসিদা ইচাগীদমকনি হাযতনা লেপ-পিবসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো ? মনিহার ঐ চৎলমলগে নথোই অনিনা য়ারিবমখৈ থুনা ডাক্তর অমা ফংনবা হোৎনরকও। ( বৃদ্ধ চৎখি )

গৌ — অদুদি ঐথোই অনিনা ডাক্তর থাংদা চৎলসিনে ( মনিহার বৃদ্ধ থোকখি, খরা মমাংদগী চাওবা অমুবা অতোপ্পা নাকল অমদা লেপতুনা তাই )

চাওবা— করম তৌসি হায়বগে—পরিক্ষাদি ফেল ওইরেদো—

অমুবা— ফেল ওইবা হায়বসিদি মশানা তাজবনি—অদুগীদি করিসু য়ানিঙাই লৈতেদা—

চাওবা— হোয়দা ঐথোইগুম্বা হায়য়ে—ময়াদা মৈ হৌরিবা ফাওবা যেল ওইহল্লকলবা অসিদা—অদু হৌজিক করি তৌসি হায়বগে অদুতনি থল্লগদবা—

অমুবা— ঐদি সিপাই থনবা চৎলগে হায়না লেপলে। আসাম পোলিশতা য়াওশিরা—হাকথেংনবা সীশাহি ওইশিরা অদু মঙাইরে থল্লগদবা—

চাওবা— সিপাই থনবা তারগা থানাদা য়াওবা ফংনবা নোমনা থোৎনতুনা য়েংবদু মঙাইদনা—

অমুবা— তৌররোই তৌররোই মাহুমা শুকতৌ তৌররোই। করি-গুম্বা মীরক তিনবা ওমলগা মণিপুরদা অমুক থোংকপা নত্রবদি অমুক হন্না মনিপুরদা থোংদাররোই ?

চাওবা—নংবু মণিপুর পুমথা থাদোকপা ওমগদ্রনে ?

অমুবা — মীনবু ওমদবা হায়বা লৈবরা ? মণিপুর খুবাকমুক পাকপা অসিদা নৈশিন্দুনা করি কান্নগনি। ঈশিং অচৌবদা চৎতুনা লাইবক য়েংউবনা ফবা তারে।

চাওবা— ইবুঙো—মীগী মচ ওরাংদা মণিপুরদা লাকপা লাই হেক্তা ওনখি লৈবাক অসিদা পোকপা ঐখোইনা তৌফম খংদে হায়দুনা লৈরক খুল্লক্তা তমন লাই শইদুনা হেক মরৈবা অহুদগী আসামদা চেন্দুনা সিপাই থনবা, চেক শাবা— মরু কেনলগা হেক মহুক্রকপা --

অমুবা — নংবু মখে'ইনা তৌরিবা অসি তৌবা ওমগদ্রা—ওমগনি হায়রগা অহুম মতৌ—ঐনা ঐনা হৈনবা—অঙম অঙম্বা থবক লৈনা মফমদা চৎনবা হায়বহুনি।

চাওবা· · অহুদি করম তৌবা তারি ?

অমুবা· শিলদা রিক্রুত্তিং ওফিস তান্না ২ৎলবসু চৎপা হায়বহুনি।

চাওবা · ঐদি ডিমাপুর ফাওবা য়ৌদ্রি—রেলগাড়িকা মশক উদ্রি।

অমুবা· ডেম· কিন্নার— মতম মতমগী ওমনবা চৎথরগা লোইরে।

চাওবা ·নংবু লোন্না চেনগদৌরিবরা—নত্রগা অহললমন তাকলম-গদৌরিবরা ?

অমুবা· চাওবা ভায় ঐখোইগী হান্নগী ঙাওরিবনি হায়দুনা—ইথত্তা থোং-খুৎ ককথৎচবগী রাখল অহু থাদোকলসি তশেং তশেংনা মাই মকালামনা থবক তৌরসি।

চাওবা—ফরে অদুদি ঐস্যু ইবাদা সেংনা তাকলমলগা চৎলসি। অদু ঐখোই চৎপদি চৎপা তারেকো ?

অমুবা—করি অমুক খল্লকলবগে ?

চাওবা—হয়েং—চৎপমথৈ চৎলগা মণিপুরদা হননিংলে—য়ুম মুংশিরকলেকা হায়দুনা কপলাওদুনা চেনখিগদবগী শরুক হৌজিক বুদ্ধি তোহৌবনা কৈ—অরেম্বদা থৈতৈমচা চেম্বহনবদি ফত্তে।

চাওবা—কৈদি লৈহৌররোইদা ভায-লান চৎপা তারবদি নতোমদা চৎলো হায়বা হৌনদেদা—

কাহ্নাই—( চংলকই ) ইনাওশা নখোইবু থীবদা শুরুরে—ওরাংদগী থীগৎলকলিবনি—কবিনো খরা চামিন থকমিন্নদুনা—রারি রাতাই শামিন্নগদবা র য়ামনা লৈরে—

অমুবা—তাকানহাই—তোরকলমু—ফিক্রি জাগ্রীকা তৌশিল্লরমু।

কাহ্নাই—করিনো থুনা শাওরকথ্রেদা ইনাওগীসিবো ঐখোই মথৈ খেংগাইনসি হায়রিবরা ?

অমুবা—শাওবগী রা নত্তে—মা বসি ওকলবা।

কান—অদুনিনে—মশা মশানা জ্ঞান তারকদবু মীনা মী মাংহনবা ওমবরা ?

চাওবা—তাকাহ্নাই ঐখোই চৎপা তারেনেহে হয়েং অমুকী গাড়িদা হেক্তা চৎখিবা তারে। আসানদা চৎলসি হায়রিয়ে—মতম খরদি ইচিল ইনাও ঐখোই কাঙ্গৈনবা তারেনে।

কান—করি কৌবা চৎকদৌরিবনো ?

চাও—করি তৌরুনি সিপাই থনবা হায়বদুনি নোংমৈ পোরগা চেল্লদৌরিবনি।

কান— অহুগী শরুকপুদি সিদা থানাদা য়াঁওরোদনা ঐ ফজবা অহুম হোৎনগে ইবোচৌববু শেলথুম কাহু খরা পুহোক-হনগে।

চাওবা—অহুবু মতা চাগত্রনে কনা কনা খংনবগে?

অমুবা—ভোররোই তোররোই তাকাহ্নাই মণিপুরদা লৈবগী থবক আসমা তোঙররোই। ঐখোই অমুক্তা চৎথোকউখিগে। ইমান্নবা মরক্তা তিনবা ওমগদবা লৈরগা অমুক হল্লকখিগে নত্রপা অহুম মাংজত্রেদনা —

কান— পুকনিংনবু চপ য়ুংলবদি ফৈদা অহুদি খেখিগদবস্ত লৈরে লৌরেল হুংদাং অসিদি চাক চরা অমতং চাক্নহুনা হরাও হরাও কাইনসিদনা।

চাওবা—ফৈনে ফৈনে তাকাহ্নাই অহু ফাওবদি য়াইনে পদাইদা—

কান — ঐখোইদস্ত য়াইনা করি হায়বগে? রাধে হায়দীহুস্ত লৌরুরগা য়াওহনসি মা ফুতানি থরা তৌরে হায়। ময়াম পুল্লিডৌদা ইবোচওবত্ত মনি অমুক্তং থুংহনবিরমসি।

অমুবা— অহমা ঐ য়াওবা ওমলরোই চন্দানগী থবক তোররোই। মমান মমান্নবা থেংনবগী নি হান্নরবদি থরাই থাদোকপীরবস্থ য়াই অহুদি নত্রহুনা—লুপ্তাবী মচা অহুনা থৌনা ফুদোকপী থুনেক য়াওবা ওমলরোই ঐনা মণিপুর থাদোক নিংজি-বসি অহুগীদমকনি। কাল্লবনি—ভাওরিবনি হায়হুনা—লম্বী লমহাংদা ভুত ওইহুনা লৈবদি পামত্রহুনা তৌরিবনি। ঐখোই লৈরমগনি হায়হুনা মীগী জীব চাওহনবা নৎত্রবা

ঐখোই লৈরমগনি খনবদা নিংদোন চেংগুন চেংগানরে—তুশোন মানশোনবা মীদি লরাই শাৎনরে। সিপাই খন্দুনা থরাই য়োম্বোকে হায়রিবসি অশোন অনা গতি লৈজদবা অতোনববু কনবগীদমক্তনি। মীনা পামজদ্রে হ'য়রব'দ কোক হেক তোকথোকলগা লোইরেদনা।

কান— ভায় অমুবসি ওসিদি হায়নরিবা মথৈ ইয়া য়াখিদ্রে—করি লাই চংলবনো—মুংশিব হায়বসিদি মী ভাওবনি।

অমুবা— হোয়নে--ভাওবিয় হায়রিবান—ভাওরবদি মুংশিগনবনি। মীগী মচানা রাধে শিব চংবা থংদ্রে অনাবা মুত্তাইত্রে হায়তুনা মপোৎ মচৈ বন্ধান থমতুনা ডাক্তর কোবা চেন্নরি—অতুগ নখোইনা ভাওরিবান হ'য়তুনা - রাধে - ময়ুম চংতুনা চিংউ'নি ফাগনি হায়তুনা মী খোমগৎলি হোৌরেল কুদা হাপ্তুনা পুথোক-লকপা মতমদা হেক মুল্লরো অতুনা ফরনি।

কানহাই—অওইবরনে?—ঐখোইদি তাদেনা—চরাং ফাওবদি করিসু তৌহৌদে হায়—

অমুবা— হোয়—কদাইদগী তাগদগে মুংশিবা হ'য়বসিদি ফুর্ত্তি তৌ-ফমনি অরা অন' ত'রবাদ কদাইদগী তাগনি।

চাওবা—ত'কাহ্নাই মুংশিবা—নংনা হায়দা সিমদি ওমলমদবা তারে রারোগম্নে (কানহাইদা চেৎনা কোল্লি) ঐখোইদি মণিপুর মা লৈবাকসি মতম থরা কায়নতুনা মী ওইরকপা ওমবরা য়েংউখিগে। ইমা লুপ্রাবী অসি ইহাক্থক্তা মরুকোকএ অমুকুং পেলহন্দুনা চমাগী সেবা তৌবা ওমবরা য়েংউখিগে।

কাহ্নাই—হায় হায় তুনিয়া!—ফরে ইনাওশা! মাগী মাগী জীবনগী

লম্বী য়েংনপ্রবা হায়বত্থ তারে। ওসিদগীদি মতম খরা কায়নবা তারেদনা ইনাওশা নয়াম্বদা চিঠি তোইনা ইরকউ। শেলথুম কাদি ভারা ওকনবা লৈয়বরা ?

চাওবা—ওমন-ছমনবা চোৎনখিবা তারেদনা। হা—তাকাহ্নাই—ভাও-শিন্নবা হায়বসি ইশাদা মাংজত্থনা তোকইনে।

কাহ্নাই—হৌখিবগীদমক চিন্তা তৌরুবত্থ মতম অস্থপ য়ামনা লৈরিবদবু চংউ চংউবা মফমদা ইথকথোংবনা য়ানবা থাজবিনবা চৎকদ-বনি। ইনাও অনিমক মঙ্গল ওইবিয়ু নমাই পাকনা মণিপুরগী স্না লমজাওদা লেংগোন্নত্থনা চৎমিন্নখিসি।

চাওবা— তম্বা মুপা অনি মণিপুর থাদোক্তুনা চৎখিবি—বায়—বায় মণিপুর পুমনমক বায়—বায়— ( অহমক থোকখি )

( মৈ মুৎখি )

.বা শরুক ৭বা উৎপা

## রাধেগী ইমুং

অয়ুক পুং তবারোম ভাবা মতমনি রাধে হিপর্লি—বিধুমুখি পোৎয়োনবীনা ফমশৈন্নে। মাজাওবা মাইবা ওইনা শংলি।

বিধু— ইবেমা! নমিৎ পাংথোকনিংদবরা?

রাধে— (তপনা) অং—য়ামনা রারে।

পোৎয়োনবী— করি হায়রবগে?

বিধু— য়ামনা রারে হায়রিয়ে। পোৎথাও পোৎথাও ইচা ফরন্দি।

পোৎ— (বৃদ্ধ চংলকই) ইবুঙো ডাক্তর লাকপীয়ু হায়বা য়াব্রবরা?

বৃদ্ধ— ঐ ডাক্তর থিবা চৎলুদ্রে—মনিহারদা শিন্নরমলে - শোইদনা পুরকলগনি

রাধে— ও! মহাক হৌজিক ফাওবা লাকথিগদ্রা?

বিধু— ইমাগী ইবেমা -ইচনা পানবদা হায়রু—ইমানা লোইনবা ইচগী নিবতা তৌগনিয়ে।

রাধে— ইমা নংনা নচাবু ডাক্পীয়ু—হয়েংমুক্কী মপোক্তস্ম মমা মশক খউদবা তারে।

বিধু— ইমাগী ইবেমা করিদমক অতুক য়ামনা পুকমেল পাওমেল্লি-বনো—ইচনা লানবনক্তা নৈরমলবস্ম পুমনমক কোকচরো—ইচনা নব হেক ফবদা ইচাগী নিংবা থুংনবা ইমানা শেইদনা তৌ নি মুডাইনা পোত্থাতুনা থুনা ফনবা তৌরশি।

বুদ্ধ— ( মনিহা'র চংলকই ) করি ত্তৌরে মনিহার নং জাক্তুর ফংনবা হোৎনবা ঙংত্রবরা ?

মনিহার— লাকলনি লাকলনি—গৌরহরিগা লাক'মিন্নবনি হাঁদাক লাংথক থরা হাম্না লে'ইনগ্রসি হায়ত্রনা হোৎনহৌরি। ঐনা ঈশিংকা থোঁর'ং ত্তৌবনউ হায়ত্রনা লাকলবনি থু লরগনি।

রাধে— সিদা অমুক্তা চং'বরকউ হায়য়ু—

বিধু— ইবুঙো সো'মদা অমুক্ত' চংবিরকউদো—

মনি— ( অনাবগী মনাক্তা চংই ফমথৈ ) ঐবু করি ত্তৌ হ'য়বগে—

রাধে— উম ঐ য়ামনা রারে—খুং অনিসি পায়য়ু য়ামনা হই। ( মনিহারনা মখুং অনি পায়ত্রনা শানবা হোৎনৈ মমাই মমিৎ নাম্বোকপী ) বুদ্ধ ফি থরা লুমনা ওমশিনবিসি মখোং ইংহনগনুশি—

পোৎ— ওমগে ওমগে ইম, ওমগে—ইমৌগী নুঙ'ইনবতা ত্তৌসিসে।

রাধে— নমাং থাত্রনা চৎচরি অত্রু—ঙসিন্থ ওইহনবিয়ু— ঐবু হুন্দোকপীগনু।

বিধু— করি হায়বগে—ইনম্মা—

পোৎ— হোয় ইবঙোদা হ'য়রিবনি মহাকপু থাদোক্কনু—মমাং থাত্রনা চৎচবী ওইজগে হায়রিয়ে। ইমৌগী নিংজবা অসিতদি থূংহনবীয়ুকো ইবুঙো ইমৌগী মরা তাবদা ইমাগী থমোই অসি কাঈরবনি। ( বিধুমুখি পোৎয়োনবী মপি তৈথোকই। )

রাধে— ঐ অরাবা পুমনমক থনমত্রনা পোত্থারগে—নংনা ইশৈ শকপা তাহনবিয়ু।

পোৎ— ইমাগী ইবুঙো—ইমৌগী অরাবা পোথানবা ইশৈ অমতং

শকপীয়ু। ইমৈগী নিংজবা থুংবদগী হেন্না পেনবা অতৈ করিস্থ লৈত্রে।

মনি— ঐ নেমনা শকংগে—ডাক্তর হুনখিনি বুদ্ধ অমুক্তা শেন্নবিন্নকো—নংনা ঐবু ডাহনখিবা গীত গোবিন্দগী ইশৈ মত্তেক অদু ঐ শক্কে তাও—

চন্দনচাচ্চতনীলকলেবরপীতবসনবনমালী,

কেলিচলন্মণিকুণ্ডলমণ্ডিতগণ্ডযুগস্মিতশালী।

হরিরিহ মুগ্ধবধূনিকরে, বিলাসিনি বিলসতি কেলিপরে॥

বুদ্ধ— লাকএ লাকএ ডাক্তর য়োঁরকলে।

স্না— মুভাইরেদা—ঐদি ওশাইনা লাকহন্নিংলবনি—ঐস্থ রা ভাংকম খংদ্রে—( ডাক্তর চংলকই ) লেংশিল্লকউ ইবুঙে অমুক্তা—উপায় তৌবিয়সে।

ডাক্তর— ( ফমথৈ য়েংই ) ও! মসিদি থোইদোক্লা কন্না মাংবনা ওাক তৌবা নত্তেদনা—

পোৎ— হোয়নে ইবুঙো—অমুক অনিরক মাংহ—খরা অদুক চাবগী থকপগী ওইরমগদ্রা হায়হুনা খরস্থ অমুক কোমথোকউরে।

ডাক্তর— হৌজিক করি তৌশি হায়বগে—ঐবু হীদাক অমা কাপচো হায়বরা? ঐনা ওম্বা হায়বব্ অদুমঙাইব তাই।

বিধু— ইবুঙোনা অস্থমনা ফনি হায়বতা তৌবিয়ু।

ডাক্তর— অদু ওইরবদি হিদাক অমতং কাপচরমগে মসিনা করিওম্বা কান্নফম অমা খংলবদি ঐবু অমুক হোসপিতালদা তাকপিরো নত্রব'দ ডাক্তর অতৈ কৌবিগে হায়রবন্থ কৌবিয়ু। অদুগা মৈতৈ মাইবদি থাদোকহনবিগস্থ কুপনা শেন্নহনবিয়ু।

মনি　হীদাক্কী মমলতং ওইনবা মসিদং কৎচগে ( লুপা মণ্ডাগী নোট অমা পী )

ডাক্তর— ইবুঙো ঐ লৌঙ্গরোই সেবা হায়বত্থনি
( মনি— থোক্কনা ইন্নে ) অতৈ অতৈ ডাক্তর কৌহনবিগে হায়রবস্থ কৈ । ঐমকনদি কহনবা ওমগনি হায়বা আশা উদে। ঐ চৎচরগে ইবুঙো থবক মখা চৎথবিয়ু (ডাক্তর থোকখি

মনি— মাইবাদি লৈরেদনকো

বিধু— লৈ—লৈ—ইবুঙো স্নাখ্বা লে শিল্লবা অসিনি।

মনি— অমুক্ত মিহুন থাহুন য়ে হনানিংই।

স্নাজাওবা— ইবুঙো য়েংগে য়েংগে ( চংহুনা কমই ) ডাক্তরনবু করি হায়রম্বগে ? ( স্নাজাওবা থোরক্কনা ) ঐদি মপানগীস্থ লোহশিনহনিংলবনিসে অহল লমন অঙ্কক নামশোনবীনবা ব্রাহ্মনককা অঙ্কক অমা অমা থৈরাং তৌগদবা পুমনমক হোৎনহল্লিংলবনি।

বিধু— স্নাখ্বা ইচা য়াররোইদরনে ?

স্নাজাওবা—ইবেমা ! তাইবংমীগী আয়ুনা লোইরবদি নাহা অহলগী বিচার লৈতে। ইবুঙো বৃদ্ধ নংনা অঙ্কক শীল্লুদনা—( বৃদ্ধ থোকখি )

বিধু— ইমাগী ইবেমা লাঙ্গৈরবী ইমাবু করি ওইরসিগে অপংবী হুপীনিনা নোংশি নোংদমদবা তাইবংনি খল্লুদবনা, অস্নুমনা তমলমগনি খংদুবনা, ইচাবু তাথী তাওইনা ভৌখরে। ইমাবু করি ওইহৌরসিগে ইমাবু খাংভমদরেনে।

পোৎ — ইমাগী ইবুঙো মুংশিবা—ইমৌগী সেবা অসিতদি মতোল-লোমনা য়াওবিয় ইকোক নোল্লা হায়জরি। ইমৌগী অৱাবা য়েংঙমদত্তুনা ইকাই ইকি হুন্দোক্ত্না ইমৌবু নঙোন্দা কৎচগে নিংজবা ইমৌগী পুন্সিনা তেনবনা মপোক অ'সদ দ ওইদরে। ইমৌগী অরোইবা মতম অসিদা নাজরন্বা ভিক্ষা অতুদদি পীর্নবিয়। খল্লু খল্লরগা থমোই অসি কাঈরে

মনি— পুকচেল ফজবী চানবী হৈবী পলেমও! পোকপা-হিংবা শিবা অত্তমমক মুংশি তাংথন্দা কৎচগে। চানবিবা রাহৈ-শিংতু পুন্সি চুপ্পা কাওজরোই। মচাদা মত্তিক মপা চাদবা পাপ ওইগদবা রাহৈদি পলেম নংনা ঙাকপীয়। এৗনা তৌগদবা পুম্বা পাবুংগী মচিন ময়াথং লৌজরগা লেপচগে।

বিধু— ইনেগী ইবুঙো নংদি -হৌনবা খংলবা—জানলৈবা য়েৎওই নাইবা—জাৎকী মচানি: নংনা ফগনি হায়না নিংবত্তু তৌনবা পুমনমক কৎথোকলবনি।

মনি— গৌরহরি! মরূপ! নহাকনা চানবীতুনা হৌজিক লৈরিবা মওং অসিদা এৗনা করি তৌগদগে হায়বত্তু অমুক্তা তাকপীয় হায়তুনা পাংবুংদা অমুক্তা হংবির খুৎলৈ খরা থুবিরকউ। মতমদি হৌজিক হৌজিকমক ওইরবনি।

বিধু— ইবুঙো শেলথুম পুথোকপীয় — য়ামনা চাওবা লৈথাক কুম্মৈ ওই-হনবিয় হায়বা নত্তে। পামজ'রিবা নংনা থাদোকপীদবা হায়বা অত্তু-তনি। এৗনা হায়খিবা অশাবা, ফজদবা রাহৈশিংবু নিংশিংতুনা ইচাগী নিংবত্তদি থুগাইবিগতু। হে সত্য—ইচানবু হিংলবদি নঙোন্দা কৎলগে হায়না খল্লবনি নিংজবা অত্তমদি ওইদবা তারে।

বৃদ্ধ— ( চংলকই ) ইবেমা—ইবুংগী ইবেমা - তাইবং পুম্নিগী আশা তাইওন্নবা মং ওইখরেদো ইচনগী ননিং থুংনবা নবুংনা করি পাংথোকপা ওমথিদ্রে - নবুংবু ষ্নারৌগনু।

কালাচান্দ—( মপান্দগী ) মনিহার। ইপাগী ইবুঙো! ইপা লাক্লিয়ে।

ম্নাজাওবা—লেংশিনবিরকউ হায়য়ুনে। (মুপীশিংনা মকোক খুমজিল্লি)

বৃদ্ধ— ( থোক্ত্না ) পাবুং লেংশিনবিরকউ শোমদা লেংশিনসি।

ম্নাজাওবা—বাবু লেংশিনাবিয়ু খংদ্রে তৌরিবসে—

কালাচান্দ—( চংলকই ফমথৈ ) ম্নাখ্না করম করম তৌরিবগে।

ম্নাজাওবা—হোয় বাবু হৌজিক যাত্রাগী মতম মওইরকলে।

কালা— মনি নংনা করি পামলিবগে ইপাবু করি তৌহননিংবগে?

মনি— পাবুং নহাক্লা নচাবু চানবিরবদি মাহাক্কী থরাই য়াওদ্রবা হকচাংবু ঐনা থাগৎপা যজ্ঞগী মৈদা কৎচবা নংগী য়াথং ঙ'ইজরি।

কালা— মনি ইপানা লাকলবসি নংগী চিংনবা কোননবগীদমক্তনি। চিংনব আকবা লৈতন ধর্ম্মগী মতুংইন্না বেদ বিধি কাঈদনা নংগী কম্ম মপুং ফ না পাংথোকপা ইপানা য়ারবনি। ইচাগীদমক ইপা লৈরি করিমু চিংনবা লৈরগনু।

পোং— পুকচেল চাওরবা ইবুঙো নঙোন্দা ইকোক লৈপাক তানা খুরুমজরি। ঐগী ইমৌসে লমচৎ ফজবীনি ধর্ম্ম কায়জদবীনি। মাহাক্কী পুকচেলবু খংহনবা নচা ইবুঙোনা ইমৌবু নুংশিবিবনি। ইনেগী ইবেমা লাইবক ফবী হে ভাগ্যবতী। ইনেনা নংবু লাইবক ফবীনি হায়গে হে পূন্যবতী অরোইবা মতম অসিগীদমক তাইবং মীনা দান ধর্ম্ম তৌনরিবনি।

**কালা**— মনিহার হৌজিক ইপা হল্লগে মরূপ মপাং, লাইগুরু- খিবিকা লোইননা নংগী নথৌবু পাংথোকউ।

**বিবু**— বাবু ইবুঙো নংনা হৎগোইবিরমগনি হায়বগী হেক কিবমক্তনা মরাল লৈজদবী ইচাদা লম্চৎ ব্যবহার ফজরবা নচা ইবুঙোদা নত্তবা ফজদবা রাহৈ শিঙ্গিন্নরুরে। খমুবদা থমোইদা তাশোন ওইরে।

**কালা**— নীংঙমদবা হায়বসি তাইবংমাগী পুন্সিদা ইথোক মথোকই। মনিহার ইপা চৎলগেদনা।

**মনি**— হোয়।

**ম্নাজাওবা**—বাবু ইবুঙো পেল্লে লৈবাকমচা অমনা ভোগদবা হায়ববু অসি মঙাইদনা অসিদগী হেনবা করি লৈরি।

**কালা**— হঞ্জরে স্বথ্রা ময়াম পুন্নমক লৈবিহৌরো ( কালাচান্দ থোকাখি)

**ম্নাজাওবা**—করে য়ামনা মুঙাইরে পুন্নমক ইনং হেক্ক নংলে লাইরিক লাইগু তানবা নাম মভেক অমতং শোন্নবা হোৎনরসি ফিরোন থৌরাং ভোরো হরে কৃষ্ণ রাধে গোবিন্দ কৃষ্ণ—

থাংমৈ মুৎপা।

২শুবা শরুক ৮শুবা উৎপা

## লম্মী, তুরেনগী মপাল

সন্ধ্যা মতুং

ইবোচৌবা— ( চংলকই ) থাজনিঙাই লৈতবা মীগা মরূপনি হায়দুনা তিম্নবা হায়বসি অসি ওইরে। চাথোক থক্তোকলমদাইদা মশা মশাগী কম্ননবা ঙারমদাইদা পুমনোম হেক মনোম্বা—দে-দে-মজৌবা—আত্মতায়ী ওইরকলবা মতমদনা হম্না য়েংবা উদবা—কৈ ঐগীদি ইরানননংনি তৌগে লেপপ্রবা থবকপু কিন্নুনা তোকপা হৌনবরা ? ঐনা থাং চিকতুনা রাশকপ লিবনি ঐগী থবক্তা হেক য়েৎলবা মথৌনা লৈবা শান্দুনা চোংথোকলকলবা মথরাই লৌগদবনি।

কহ্নাই— ( চংলকই ) করিনো ইবুঙো ঐখোইকা অমতা ঙাইরমপ্রবদি ঐদি খীষম খংদ্রদুনা করিগুম্বা হন্না চংলম্বা থোকলকপ্র হায়দুনা হেক্তা ফেল্লকলবনি।

বিধুমুখি— ( ফিরোন মৈ থাগৎলকই ) ইমাগী ইবেমা লাঙ্গরবী—ইমাবু লৈকম খংদরে—ইচাগী থরাইতদি কনবিয়্যু হায়দুনা লাইথোং খুদিংদা নিজববু খোইয়ুম লাই ফত্তবনা ওমদুনা পুখরে। ইমাবু করি ওইরসিগে তাইবং মালং অসিদা করমনা হিংদুনা লৈহৌরসিগে ?

ইবো— করিনোনে তৌরিবসিবু তা কহ্নাই—রাধে লৈত্রবরনে

কহ্নাই— অতুনিনে ইবুঙো ( অনিমক হন্দে,কহুনা কমথৈ )

বিধু— ইনাকখুনবশিংগী দি পোকপবস্ত্র শিরবস্ত্র কুম্মেগী কুম্মেমক্তনি। ইমা'দ করি পতি পৈজদবীনি - ইমানা ওমজবা হৈ-বৈ থরদ' মণ শেংনা ঈশ্বরদা কচ্চবা—নংনা অপেনবা ওইরুকো ইবেমা। ইচাগী কর্ম্মতদি লোইরমথিগে লমবোইহুনা চৎপগে—ইচা লৈ হায়বগীদমক্তা ইমানা হিংবগী মুঙাইবনি হৌজিকপু করি তৌরুখিগদগে।

বুন্দ— (চংলকই) লৈচিন নোংফাইনা কুপশিনবা থাজগী মতৌগুমনা মহাক্কী হায়নিঙাই লৈক্তনা নিংখিজরবা—থমোইহুংদা লৈভেং-লিবা গুণ পুমনমক উৎচরমনবগী খুদোংচাবা ফংদনা রানা শাগৎলকপা পুন্সি নিংবা কাইবদা লোইথ্রে। ঐনা মুন্না থংই চরোং চুমনা ফুগাইনা শাৎচবী মাধবী লতা কৌবী লৈরাংনা—অনৌবা ভোমালদা শিনবা থুংনা য়েৎচরগা মালংগী ঈথক ঈপোমদা হায়না হুমনা শান্নজনিংই। অহুগুম্বা বহস্যবু ঐনা চুপচনিংই। ইকাই ইকি রাংম লান্দুনা ইচনগী নিংব-ভদি থুংহনগে হোৎনববু নো'দমথোন থনখিবনা পুমনমক অরেম্বা ওইখরে। নংবু কায়নবগী মৈনা লোইবী চীংমাইদা চাকপা অথাকপা লৈত্রবা—লমজাওখোনবু ওইহৌরে। অভং অথম নাইত্রবা ঈফুৎকী মশক ওইরবা মিৎকী পিনা চোৎ-লবা মাইথোংদো কনানা মোমোন নোকহনবা ওমহৌত্রে।

বিধু— ইমাগী ইবেমা! ইমাগী রাধে!—থল্লু থল্লুরগা ইমাবু খাংঙম-দরে—রাথৈ চাকপহুমঙাইরে—থমোই অসি ওমচাকনরে।

পোৎয়োনবী — ( চংলকই ) ইবেমা বিধু চংলসিনে- মীগী মচা ইবুঙো মনিহার অসিদি মতোমদা চীকপক হুন্দোকপীরমলে—নংষু চণ্ডিলকত্রে বুদ্ধসু চৎখোকপ্রে—লাকও লাকও চংঙসি—পোকপা শিব হায়বসিদি ঐখোইগী ইখুত্তা লৈবা নত্তে।

বিধু— য়েংউ ইনম্মা নুংশিত্রা ! ইচা লৈরবদি থাবন অসিদা ইলাং লাংতুনা লৈত লাইর পুমনমক কাওখোকতুনা ইচাগী মতৌ য়েংতুনা কয়াদা নুঙাইনা মতম লেমিন্নগ্রগবা—ঙসিদি উন রাইমুক চিকখরে।

পোৎয়োনবা — অঙমকপু ইবেমা রাই হায়তুনা নুংবংনতুনা লৈখোকপা মতমদি নত্রে—মীগী মচা অসিমসু লৈফম চাফম খংত্রগা অমুক নারক য়েল্লকনিদো —

বুদ্ধ— ফরে ইনে চংলসি—সংসারগী অরাবা থাদোকতুনা চৎপ্রবা অরাবা লেনগ্রবা ইচনগীদমক রারুতুনা তোংজনিঙাই লৈত্রে। হৌজিক্কি লেত্রবা আত্মাগী মঙ্গলগীদমক্তা হৌনবী কর্ম্ম পুম্বা পাংখোকনবা চৎথরসি। চংলাসসে ইনে।

বিধু— ( পোৎয়োনবা · বিধুমুখি - বুদ্ধ মনিহার চংখি ) ইমাগী ইবেমা ইমাবু কাওগমদরেনে—( ঙাংন ঙাংন চংখি )

ইবোচৌবা— নহাক্কী থমোইদা ঐগী চংজকম লৈত্তে হায়বা হেক ঙাবদা ঐ অসি লৌখৎনিঙাই লৈত্রবা—কান্নত্রবা মীরেম ওইনা ইথত্তবু ইথত্ত কাওবনা হজোইজখি। শাওনা কুন্নবা নিংবা কাইবগী মৈনা মৈরিখোকনা চাকলবা থমোইদা লম্মন শিংবা

নত্তনা অতৈ অমা থনখিদে। নংগী নিংজবা পুনসিগী পামজ-বদো মতূপ মতুপ থোকনা ককথংকে থনখি। ঙসিদি ঐ মাইখিরে মপুঙফানা মাইখিরে। অশাওবা, কল্লক ঈথিন, য়েংথীবগী রাখন মরু ফুকতোকতুনা মাংহনগ্রে। ঙমথৈ নাইত্রবা তামল্লবা হাংলবা অহাংবা অমগী ময়াইদা ইথন্তা হুন্দোকপিরে। ঙসিদি নংনা মুংশিনিবা মুংশিবিদবা পুমনমক কাওথোকগ্রে। থংহৌদনা অরাবগী কল্লবা ঈহুল অমনা থংমোইবু ফুম্বংনহল্লে তাইবং অসিদা—নংবু অমুকহল্লা ফংল-রোই। শরৎকী থানিন্দা থেকনা নৌনা চংখিবী—মহাক্কী ফীজি ফীনানা থাবন্দা ঈথক হৌখিবী পাখংগী পুকনিং হকচাংবু পুনখিবী কল্লক মিহৌবনা—পাথাযম শংদনা ওমলাং চাংহনখিবী—মথোং কারকলিবী তুংয়ান ফজবা মুজা শক-হেনবী—নংগী নিংথিজবা চেংলৌ শক্তমদো পুনশিসিদদি অমুক হল্লা উররোই। শুপনগী ঐগী নিংশিংবগী লমাইতদা ময়েক লানা মুৎপা নাইদনা য়েক্কুনা লৈহৌগনি।

কল্লাই— ইবুঙো ঐস্থ মীস্থ তাইবংমী হায়বা অসিদি অশিবা মচানি। কনাস্থ অমর থুবম ফংবা নত্তে। করিগীস্থ পংরা রাক্সগদগে। হৌজিক ইচিন ইনাওবু কর ভৌসি হায়বগে? মনিহারগা বুদ্ধগা মথোই অনিস্থ লৈরম্বা তারে চংলমসি হায়বরা—অস্থম তুমিল্লা হনগ্রসিরা?

ইবো— তাদ অমুক্তং চংলগা মুঙাইতবা পেন্দবা পুস্থা শেংদোক-নরমখিসি—ঐনা অরেম্বদা মথোইবু ওল্লোকনা শাওক্লরে তৌহৈদবা রাখল ফাওবা থলুরে—অমুক্তং কোকথোকনরমখিসি।

কঙ্খাই— ইবুঙো মচু য়ামনা ফজবা রানি। অঙম অঙবা মতেং থরম্ন মপাংবিবম্ন মপামই। তাইবংমী হায়বসি ঐনা মীনা থোইবা নত্তে।

ইবোচৌবা— ফরে তাদ চংউরসি ( মথোই অনিমক চংখি )।

ইবেয়াইমা— ( ইবেয়াইমা ব্রজমনি মাইপৈ অমদগী চংলকই ) সিনেমা য়েংবদগীদি অচিকপা লম্বী অসিদা—থাবল ফবা অহিং অসিদা চৎপনত্রুম থোইনা মুংশগ্রে। তুরেলগী মপাল অসিদা চীকপক চীকপক চীংলেমনা লেপলিবা—খোংনাংগী পরেং পরেং অসি—থাবলা লিক লিক লাওরবা মনাশিংদা মুংশিৎনা রিরি য়ৈবদা পুকনিং তুংজুং হরাওনা ইশৈ ঙংবা মাল্লি—থল্লুহদা মুংশিদ্রা?

ব্রজমনি— মনিপুরগী ফজবা অসিদি শকপীনবতনা রাৎপনি। শেমগৎ শাগৎপীনবত্তা থোরকতবনি। করি অমুক হায়রুগনি। তারবরা মনিহার অচুবু করি করিনো মীনা য়ামনা ঙাংনৈ— অচুবু ঐদি হয়েং চৎনবগী হোৎনবনে অচুগীম্ন মথক্তা মানম্ন ঐখোইগা কয়া তিম্ননিংব্রবরা থন্দুনা থিরুব্রে।

ইবেয়াইমা— করি তৌরে হায়বগে?

ব্রজমনি— রাধে হায়বী ইশৈকা শকপী মুপীমচা অচু শিরে—মহাক্কী শ্রাব্ব মনিহারনা শোনগদৌরি—মহাকনা কিরা পুরি হায়। অচুবু ঐদি হংলম্বা ঙমদ্রে।

ইবে— ও! মুংশিদা—রাধে লৈত্রে হায়বসিদি মুঙাইতেদা—মহাক্না

ঐবু লাইবক ফবী নংশি মুংঙাইজরিনিদকো হায়দুনা চেংবা কোল্লমই—লাইবক ফবীদি নংনিনে হায়দুনা ঐনা খুমখি। মচু ঐনা থক কাওবা ঙমদে– ওস্তোকপনিদা মুংশিদ।— ঐদি মাগীদমক করি তৌবা ঙমগনি। মুপীনিনা করিস্থ পাংবা ঙমদবা তারেদো—চিনবানথোংগী ফজনবা মরূপতা তারে। অবস্থা চাদ্রবনিনা মরূপকী মুংশিজবা ফোংদোকপা ঙমদবা তারে। মহাকপু মুংশিজবশিংগী অরা পোথোক-চবদা য়াওবা ঙমদ্রে।

ব্রজ— মৈতৈ মুপী ওইনা পোকলবনিনা মৈতৈ মুপী ওইনা পুনসি লেনবা তাইদো ঙাকপি হৈবা মীমুংশি চাওবা কপম্নিন লাওমিন্নদুনা লেমবতনস্থ অথোইবা নত্তে। পুক্নিংগী অপাম্বা পুম্বা মতমগী ফোরোইদা তিনবতাই ইশাগী ইজৎ ঙাকচবা ঙম্বা ইশা ইশাগী চাওখৎনবা হোংনবা তসিস্থ লৈবাকী মঙ্গলনি। ( ব্রজমনি ইবেয়াইমা থাকখি )।

( মাইকৈ অমরোমদগী ইবোচৌবা কক্কাই বৃদ্ধ মনিহার তপনা তপনা মশ্নি মরি থোরকই )

ইবো— ম'নহার! মরূপ থাং অসি য়েংউ! ঐনা মরাল লৈজদবা নংগী নফমদা মাইথীরবনি খন্দুনা ওস্তোকনা ঙমখিয়বা রাখল খল্লুরে। ঐবু ঙাকপীয়ু হায়দুনা অমুক্তা হায়জরমগে হায়দুনা তৌবনি। পুকনিংদা চীংনবিবা তৌগমু। ঙসিদগী পাপকী মশক ওইরবা তমখিবা রাখল অসি থাদোকলগে—মসি মরূপ নঙোন্দগী নত্তে। মতম পুম্বদা মীওইবা পুম্বগী মফমদগীনি ( থাং লংথোকখি )।

মনিহার—কনানা পাপনি হায়রিবনো ? মৈগুমনা চাকলবা ঐনী থমোই অসি থিনগাইদুনা ঈ পুমনমক অসি লোথোক-পীদুনা থমোই অসি উনগুমনা ইংহনবিরবদি কয়াদা মমল য়ামথ্রবা থোজাগ্নো —

কাহ্নাই—ইবুঙো মনিহার ! ঐখোইবু উরগা মরূপ অমা উম্নকপী মুংশিনবা, মুঙাইবা অতু ফাওবিয়, ঐখোই পুমনমক চান্ন-চিন্নবা মুংশিননা হিংমিন্নসি। নহাক্কী কর্ম অসিদা মরূপ মপাং অত্তৈগুম্না ইবুঙো ইবোচৌবগা নয়াম্বগনা অডম অচৌবা কচ্চবদা হরাওনা লৌবিয় । লেংশিল্লো পোথাবিরুরো ইমুংদা করি করি পাখন থন্নরমলগনি। ঐখোইস্থ ইতৎতৎতনা লাকচগনি । লেংশিল্লো ঐখোইস্থ চৎচরগে।

মনি— লেংবিরো য়ামনা মুঙাইজরে।

( মনিহার বৃদ্ধ হক্তিনখি—ইবোচৌবা কাহ্নাই চংখি )

**Light Off.**

২শুবা শরুক ৯শুবা উৎপা

## টোটি মথোং।

### মুমিদাংরাই

( ইবেয়াইমা ষ্টেজগী মতাইদা তোটি ঈশিং য়ারি লাপ-লপনা মাইকতা মৈতৈ ঈশৈগী রেকোর্ড থোংলি )

**ইবেয়াইমা**—মুংশিদা মতম হায়বসি মথং মথং অসুম মওইখি। অসুমনা অসুমমক পুন্সি অসি লে'ইখিগদবনিদকো। —(ঈশিং মাপুন পুন্থনা খরা থোরকই ), কয়ানো লাকলিবা অসিবু মনিহার নত্রনে? মশম মনা ইফা ফারন্থনা মফিমরোয়া মোৎলিবা — অঙাওবন্থু মঙাইগ্রে - ওস্তোক্লা মকোক্তু চাওনা হিংলেদা— য়েংহৈন্দ্রেদকো তৌরিবসি।

**মনিহার**—( য়ামনা হরাওনা ) এঃ ইবেয়াইমা ! নং- ঈশিং শোক-লুরিবরা ?

**ইবেয়াইম**—হোয় ঈশিং শোকলুরিবনি।

**মনি**— নংগী ঈশিং অসি খজিক্তা নিহৌগেবা ঐগী থবাক অসি ওস্তোকনা শায়ে ওস্তোকনাসু চোকথরে।

**ইবেয়াইমা**—কদাইদা চৎলুরিবনো—কদাইয়ৌনা অমুক চৎখিদোর-বনো অঙাওবদোনা তরংদা য়েংন্থনা চৎলিবসিবু অরাবা শকফম পুন্থনা চৎলগা অরাবা কোকপরা ? ঐগী অরাবা মুঙাইতববু মীন উনবা উৎলগা করি তোংজবা লৈবগে ?

মনি— কদাইদা চৎলিবনো করি তৌবা চৎলিবনো—ঐসু খংদে—তাইব পানবা অসি ঐগীদমক তরংগী মশক ওইখরে। অচুম অরান অক ফত্তা অমত্তা থেন্নকম খংখিদ্রে।

ইবেয়াইমা—মিৎকি পীনা পোখোং ওইগ্রবা—করিসু নাচুংখিদ্রবা ঙসিদি লাইবক ফবা কনাগী কায়নমৈচাক ফোংদোকে হায়বগীদমক চন্তাগী মাংথোং পুরিবনো ?

মনি— ও:—নুপীনিনা ঐবু থিবা লাকপা ঙমদবনিনা—ঐগী অরাবা লাইংকথীবসি কল্লক পেন্নগদবগীদমক য়ামনা রানা ঙাইহনা নৈরমলবোরে। নুংশিবা হংয়বসি অসি ওইরবদি—নুংশিব মশুংলানগীদমক পুন্সি অসি অরেম্বা ওইহল্লমমোইদবনি। নুংশিবা হায়বসি মশাংতগী ওইজবা থীবনি হায়বা খংলম-লবদি [illegible] রাখন্দা—থমোই ফংহল্লমলোইদবনি। কনাগীদমক কনাগী পুন্সি অরেম্বদা কেমগ্রবগে হায়বা লাঙ্গনা কাওত্তসে মীওইবগী হোৎনশারা। নংবু উজবা মকুদা খংহৌদনা মিৎকুপ খরগীদমক ঐগী পুকনিংনা মকালামজখি। নংনা তরাম তরান কৌবিবা তারগা নংতনা ঐগী লেংদবা মরূপ ওইবিরি খল্লই। লুমখারবা নৈচিন্না মমলবা নোংলৈ নুংশিংনা কুপলবা ঈথক ঈপোমনা অকিবগী মশক ওইরবা—চাংজোনাইদ্রবা রাখনগী সমত্র অসিদা নংনা হিনাও শাবীহুনা অকিবা খুদোংথীবা অসিদগী লানবিবা ঙমগনি নিংলমই। অহুব ইখোংনা থোংনা ইমংথীবদা তাথরে। ইবেয়াইমা নৈোহৌরো ঐ চৎলগে ঐবু রারোগহু। নিংখিজরবা নংগী

নাইপক্তা কালি হৈশিনগে থৌরাংলমই হায় থন্দুনা ঐবু তাথি তাওইনা তুকচনা থনবিগনু।

ইবেয়াইম—করিগী চৎখিগদৌরিবনো ভাইখো ঐখোইদা চৎলূখিসি ঈশিংসু থকখো য়ামনা রারে হায়বদ ই ভাহাক্তুং পোখারগা হুকচাং থরা তেকথৎহল্লগা য়ুমদা হল্লো মকম মরাং থংদনা প'চৎ চৎলগা করি কান্নগদগে ?

মনি— ফরে ইবেয়াইমা ঐগীদমক নং মীরা মীশা তারগনু নংগী ঈশিং অসি থকলরোই পুনসিচুপনা থৌরাংহুনা লৈহৌরসনু পে'খাকম লৈতনা কাংভাওননা চৎপদা অতুবা মকমদা পুনসি লোইগ্রসনু লৈহৌরো চৎলগে।

ইবেয়াইম—নংগী চান্নবা মহৃপকী ময়ুমনি ঐগীসু য়ুমনি ভাহাক্তং পোখাক্রুখিসি। হুকচাং থরা তেকথৎলগা য়ুমদা হনবিয়ু।

মনি— ইবেয়াইম' ন'না ঐবু মু শিবিং অসিতনা অরেপ্পা ওইরবদি পন্থূংকম খংজবা ঐগী লম্বী অসিদা খোংবু ওইহুনা চৎ-মিন্নসি ননা ঐবু নয়ুমদগী য়েলহিং থাবগুম্না থাদোক-পীরক'গী অকিবহু ঐনা মাইয়োকনবা ভমলরোই।

ইবেয়াইম—ঐ কনা ওইরমই হৌজিক করি ভইগ্রে নহাক নিংশিভ্রবরা।

মনিহার—অহোংবাশিং অহুনা ঐবুদি হোংদোকপীরমজ্রে। মতম চুপ্পদা নংতনা ঐগী রাখলগী পোখানিঙাই ওইহৌরে।

ইবেয়াইম—নহাকনা হায়রিবাসিং অসিবু অমুক ওইথোকপা য়াবা রা ওইবিবরা ?

মনি— ওইথোকলরোইদবা— চুমই–শং'''ইস্নুংদা মুভাইনা য়াহীপ

তাল্লিবী লাইবক ফবাবু লমজাও লমহাংদা—নোংমুংশিং ময়ক্তা লেন্নুসি হায়বা করমনা য়াবিগদগে—ঐনা লাল্লে চৎলগে ইবেয়াইমা—

ইবে— ঐবু নিল্দা ভৌরিবা করিগীনো অতুনবু নংগী অরা মকোক-লগনি হ য়ুরবদি ফৈ— ফৈ— লৈরমউ চৎলমগমুকো—
( ইবেয়াইমা মমুমদা চৎখি মনিহার তুই খোংগৎলছনা মকৈ নিক্তনা লৈ—গৌরহরি চ লকই )

মনিহার—গৌরহরি মরূপ ঐগী চীরবা মতমদা নংতনা মরূপ ওইবগী মতেং পি বরি—ঐ ইথস্তা ভাইরে নিংবা অরাবা কোকলেদনা ইবেয়াইমা খোরকলগনি—

গৌরহরি—ওস্তোকপনিদকো মরূপ নংবু জ্ঞান অমা তৌরবরা ? নংগী ননিতদি মথুংলসনু হায়ছনা পাবুংনা ইকাই ইকি থাদোক্তনা শেল-থুম পুথোক্তনা অসিয়েৌনা হোৎনরিবা অসি নংনা হেঙ্গিল্লকপদনা মহেল্লি। অমগী রাথোক লোইবতা মভাই-রিভৈদা মৈ অমা অমুক চুৎলগেরা ? মীনা লৈবাক মমাংদা খুংগোইনবিভ্রিভৈদা হল্লসি। কদাইদগী ইবেয়াইমনা ভরাই ভরাই থোরকদগে অয়েম্বা ভাবকী লৈবাক অছু থাদোকলো তাইবংদা অমুম হল্লসি।

মসি— য়েংউ ইবেয়াইমা লামএ

গৌর— মরূপকীদমক্তা নশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোকপ্রবনি হায়বদাই। কৎথোকপ্রবাদান করমনা অমুক লোশিনগদৌরিবনো ?

ইবেয়াইম - (চংলকই খারা কিংলপনা হায়রকই)। চৎলসিদনা কদোমদা চৎশিগে শি পাইশিল্লু—( স্না পয়েনী )

গৌর— ( ফিংনা ) ইস — ইবেম্নাইমা নংস্থ ঙাওবা য়াওরবরা ? মনিহার শোইদনা থানানা কোইতান তান্নবা তাপ্রে— অস্থক য়াম্বা নরিক নকোন অসিন' করিগী পুথোরকলিবা থুনা হৰজিনখ্রো—লৈবাক নিংথৌ পাল্লিবনি—নখোই ঐখোই-তনা পাম্বা মথৈ তৌবা য়াদে। মাহাকপু লৈবাক মমাংদা খুংগোইনবা নং কয়ামুক য়েংনিংবগে ? মানা ঙাওরগা ঐখোই পুমনমক লোইনা ঙাওমিন্নগদ্রা ? নহাক্কী পুকনিংনা চপ্‌ংলবদি—পাবুংগী য়ুমদা হল্লো—নাথৈ অমা শেংদোকনবা তৌরো থবক পুমনমক ঈথক ঈরাংদা নত্তানা চনিংতানা চৎথসি। চংও ইবেম্নাই নং ঐবু ফত্তে হায়গনু। মৈমুংদা চোংশিল্লগা করি কান্নে।

মনিহার—য়াওনি-দ্রগা. কৌরগা নং হনখো সিদা নংগী নথৌ করি লৈ।

গৌর— ইথৌ হায়ববু য়াদে হায়বিবা অসিনি—নংন' পাম্বদা তৌবা য়াবরা নংনা পাল্লিবরা ? ( গৌরহরীনা মনিহার চপতুনা চীংতুনা পুথি ) ইবেম্নাইনা হলহৌরো—( মমুংদগী )

ইবেম্নাইমা—ইস কৃষ্ণ কৃষ্ণ করি মতৌনো তৌরিবা অসি ঐবু মংলা তাইবংলা ঐবু করম তৌসিবা মুং অনিগী মরক্তা হা ওই-রেদকো—য়ামনা রানা ফাজিনজরবা পুকনিং অমুকস্থ হন্না কাইহৌররি। থাবল ফবা অহিং কয়া হন্নাওনা নোকলুই। নিংশিংবনা খংহৌদনা মিত্তগী পি শিন্থহল্লি। হৌরকফমস্থ খংহৌদ্রে—লোইকমস্থ নাইদ্রে। কোকপা নাইদ্রবা রাথলগী

লাঈনান। ঐবু থমোই পোমহল্লে। রারিনবা য়াদ্রবা অরাবা পোৎলুমনা পুন্সি অমি লাইবক থীনী ওইহল্লে। নিংজবা আশা কাঈরবী নোংদমঙীবী মুজানা— থমোইমুংদা অতৎ অথম নাইদনা ত্তেংথা চৈশে শকলিয়ে—কনানস্ত তাবিদে—কনানস্ত থেমজিনবিদে। মুংশি ইপাক চাংজোসে পাংগল শোনশীনা—লানওমদে। ঈরানবিনবস্ত লৈস্তদে। ঈচেল ঈরৈনা পুহ্নুনা— লাই ইনুংদু হুদা—থোহুমুংবু ওইহুনা মাংজখিবা তারেদো। থোকলবা লাকলসমু ঐ চৎলগে লাইরাং চানবীনাক্ত। নিঙোনশী অরাবা রাসি লিজহুনা থমোই হীকনা কপচরুগে। ... ... ... ... ... ...

মৈ মুৎপা।

২শুবা শরুক ১০শুবা উৎপা

( মফম ওল্লি - তুরেন মপাননি খোংনাং মখোংনি )

অহিং অথেংবা মতম

মনিহার—ইশৈ নেমনা শকই ।

পশ্যতি দিশি দিশি রহসি ভবন্তম্,
ত্বদধর মধুরে মধুনি পিবন্তম্ ।
নাথ হরে সীদতি রাধা বাসগৃহে ।।

( গীত গোবিন্দম

ওসি ইচিক হুল্লবী অহিং অসিদা—মহৌশাগুমনা থরান-মিচাক খিবকনা তরং তরংনা থোকলি—মহৌশাগুমনা থাজ মাগী অমেংবা মণ্ডান্না মালেম লৈমবু থোইনা হেন্না নিংথিজ-হল্লি । লিকলাগী ইরিকনা লুমলনী অহিংগী অইংবা মুংশিংনা লুমনা তপনা শিংলক্কুনা উপাল রাপাল পুমনমকপু পোত্থা-জবা থুগাইরি । মীচিক মীরাওখোন তাত্রবরা অহিংগী অচিকপবু কোক্কেং হারোত্তনা থুগাইরি । অসুমনা ঈচিক হুল্লবা অহিং কয়া তাংথক নাইত্রবা থাবন্দা রারি রাতাই শাহুনা নিঙাইবা লৈতনা লেনখিবা—মতাকবা লাইবক্তা চোইনা তারিবা—হৈনম লৈনমনা চুরবা শমলাং শমজোই-লক্তগী কল্লপ কল্লপ য়েংথোকলকপা মিৎস্নাদো—হায়ক্কেং নোকপা মাইথোংদো—কদৌঙৈ কাওথোকচবা ওমহুনা তয়াং

তয়াংনা লৈজবা ফংলগবা ? হে অচিকপা কৌবী লাঙ্গ-রেনবী নংগী নতম্ব'ক্তা মিৎকুপ খরদং পোখাজবা ফংগদ্রা খন্দুনা--কোইনা অ'চিকপা থীব' চৎলু'র—অদুবু ঐগী কায়রবা মল্লবা, থমোই ম'ন্দিরদ' -পুনসি অসিমগীদমক চেৎনা থম-জরিবা—নিংথিজববী চেংপৌ শকতম—চিত্র বিচিত্র ময়াম শংশং শংশ উহন্দুনা অরাবা অসি চামরক হেনগৎহল্লি।—কদাইদা চৎলগা কনাদা লীরগা মতম কুইনগীদমক নত্রবস্থ মিৎকুপ খনগীদমক্তা পোথ্'জবা ফংগবা ?

গৌরহর— ( চংলকই ) ফ'লোই কদাইদস্থ ফংলোই চাকথেক্তুনা কেমগ্রবতদ' মথন্তা মুৎচখিগ'নি।

মনি— ( গৌরহবীদা চংশিন্দুনা চেৎনা কোল্লি। ) মরূপ হৌজিক ফাওবা নংনা ঐবু থাদোক্তনা শেন্নবিরিবরা ?

গৌর— মফম অসিদস্থ নংগী অচিকপা থুগাইশা লাকলি।

মনি— মরূপ নংগী লমন অসি করিনা করমবা মতমদা শিংবা ওমগবা।

গৌর— কাওবতা কাওনগমুসি— পো'কমিন্নবা মচিন মনাওগী মমুংদস্থ —হৌমিন কামিন্নবা মরূপ মপাংগী মরক্তস্থ—কনানা রাজ রাণী ওইখিনি কনানা কাংখ থাং ওইদুনা লেনখিনি। কৈগী মপান রাপীনা তাং নাপীগী মপান কৈনা তাং হায়বা পাওরো লৈ। মতম পুম্বদা কাওবতা কাওনমুসি। লৈখি-দ্রবশিংগীদমক লৈহৌরিবশিংনা তৌফমথোকপা সেবা পুম্বা লোইরে। হৌজিক অঙাওবগুমনা লৈকম চাফম থংদনা

কোঙৈনা চৎতুনা লৈরগা করি তোঃজবা লৈখিগদগে। ন'তবু ঙুংশিজবরা—ংংতগী মঙ্গলনা লাইনিং ওইরবা—নংতগীদমক রাশ্না চিনবার মথক মখা লম্বা ফংদ্রবা— মতম পুম্বা ণিম্বা পুতুনা লৈরবা- মুঙাইতবন মাইখোং কাহৎলবা মমিত্তগী পী শিম্বরতুনা হীকনা কপ্তুনা লৈরবা নংবু পোকপা পলেম পম্বৈগী অরা কোকহন্নবা মাখোইগী মপুক শিনবা অমুক হোংনবা মতম ওইরে - মনিহার— চৎলসি য়ুমদা হল্লসি ঐ থিনজিল্লমলগে— পাবুংনা নবু খারো লাইরো খংদনা থীহৌরি -চৎলসি - য়ুমদা হল্লসি।

মনি— ঐগী থমোংই অসি কয়াদা ইশো লাংথ্রগা? লোংলি পালিবা পুনমক ঙরেম্বা মং ওইথ্রে।

কালাচান্দ—( চংলকই ''কনা কনানা ইবুংঙ' গৌরহরী -

গৌরহরী - পাবুং।

কালাচান্দ —মনিহার --

মনিহার — পাবুং।

কালা—উম-- মনিহার— ভাইবং মীগী পুন্সিগী মতমদি অককনৈ— খবক্তি মপান নাইদে—মমল য়ামলবা পুনসিগী শরুক অসি অরেম্বদা মাংহল্লবদি - পুনসিসিম্থ অরেম্বা ওইরগদবনি। ইশা ইয়োমদোম লেপচবা ঙমনবা শেম শাবা মতম হৌথ্রগনি। অমম্বা, তম্বা ঙমদবা, মীওইবগী হিংনবগী লানফম অসিদা অরা মুঙাইবা খুদোংথীবা অকিবা পুমনমক মাইয়োকনবা তারবনি। অরাবা পুমনমকনা মরম ওইতুনা নোম্বদি লেপ্পা

য়াদে। পুনসিগী লানফমদা লানগুম ফীরান থেৎলম্বনা হিংবগী পান্নমফম ওইগদবনি। মীওইবগী পুনসি অসি থবকনি কপ্পা নত্তে। ত'ইবংপানবগী লম্বী তাকলিবা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অথোইবা অর্জ্জুনদা চিন্তা তৌহুনা লৈথোকপা অসিদগী হেনবা অথোইবা পাপ অমা লৈত্রে হায়না তাকপীখি। মীহাৎপদগী চিন্তা তৌহুনা লৈথোকপনা হেন্না চাওবা পাপনি হায়রি। হৌগৎলো মনি অমুক হন্না চিন্তা তৌরগন্নু। মহা পাপ অসি থাদোকলো। নখন্তগী অরাবদা লুপতুনা মীওইনা পোকপগী তৌফম থোকপা নথো পুমনমক কাও-থোকলবরা? হৌগৎলো য়ুমদা হল্লসি। ইপানা নংবু নিন্দা তৌনিঙাই লৈতবা তত্ত্বজ্ঞানী ওইবা, মী মরক্তগী অথোইবা নরৈবাক্তী নংগী জাতিগী, চাওথোকচবা য়াবা—গুণ থিবিকনা লৈতেংবা মপুং ফাবা নীপা অমা ওইহনগে খন্দুনা—নখোংথাংবা ফাওবা পান্নবনি। নংনা অত্থু য়োনা রারৌরবদি ঐ অমুক হন্না হায়ররোই। য়ুমদগুদি হল্লসি অতৈদি নংনা তৌনিংবতা তৌরো—

লাইবক ফবনা ঐনা মপোক মপোক্তা কয়ামুক পুণ্য তৌজরকপনা—পাবুংগী নচা ওইনা পোকচবা ফংলিবনি। পাবুংতবু কিবনা পাবুংতবু ইকাইজবনা—হায়দোকপা ঙমদ্রবা —পুঙমদ্রবা অরাবা পোৎলুমনা ননখিবনা—নহাক্কী নিং থিজরবা মমল য়ামলবা পাওতাকসু পুহুনা মঙম শান্না চৎচবা ঙমদরে। পাকলবা সংসার অসিদা ঐগী পোথাকম খুবাক অমা ফাওবা ফংজদরে। নচাবু ঙাকপীয়ু।

কালা— মনি ! ইপাগী মনি ! নং অসি ওস্তোকনা লাইবক কৈ—ঈশ্বরনা ওস্তোকনা থোজানবী কল্পকনফমগী মশকনি। অন্নক অঙাং ওইরিঙৈনা সংসার অসি মায়াগী মশকনি হায়বা খংহনবিরে। ইশাবু কাওথোকচরবা মপাল নাইত্রবা মুংশিবা অদুত্তনা পুণ্যগী মশকনি। পুণ্য চেনবশিংগী পুনসিনা মী-ওইবগী য়াইফনবগী মশক ওইবনি। য়োঁঙমদবা পুনসিনী পান্দমকম য়োঁনবা হোৎনবা মতম থিলহোঁরগনি। অচেৎপা সংকল্পগা লোইননা হোঁগৎলো মনি। ইপানা হায়বসি ভারিবরা ? য়েংউ চী থৈ।ফতুপ হুল্লকলে–তাও অমুত্তী উচেকসু থোংলকুলে। চৎলসি মনি হোঁগৎলো ইপাগী মনি [illegible] সি [illegible] খৎলি )

মনি— ইপা ইবুঙো—মীওইবগী সেবাদা থরাই হকচাং অমতা ওইনা কৎথোকচরবনি। শ্রীগোবিন্দজীগী থোজায়া গুরু থিবিকী অথোইবা গুরুনা তাকপীবা লম্বীদা চৎচবা ঙমজগে। নচানা লানথিবা পুমনমক ঙাকপীয়ু। ( মনি হায়না খুরুমই কালা-চান্দনা কোনখংপি পোঁরহরীনা কোন্দুনা চৎখি )

লোইজরে—